# সাহিত্যগী মনা



ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী

# সাহিত্যগী মনা

(খোমজিনবা ৱারী মচাশিং)

অইবীঃ
ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী

ফোংদোকচবাঃ
ক্ষেত্রিঃ তোমৈ সিংহ
টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স পব্লিসিং হাউস
ককচিং - ৭৯৫১০৩ (মনিপুর)

অহানবা খুৎনম - ১০/১২/২০০৬ ইং



কোপি মশিং ৫০০ ..........




মমল লুপা ৮০/-

নম্ফমঃ
টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স,
ককচিং, মনিপুর।

# ৱাহৈ অমা অনীদং

সাহিত্যগী মরমদা মমুৎ তানা খঙজদে। কনাগুম্বনা মসিগী মরমদা হংলক্লবদি "ঙাকপীগনী" হায়বা অসি নত্তনা অতোপ্পা পাউখুম অমা লৈজদে। পামজরুবা, খোয়দাজরুবা, ঙাওজরুবা হায়বদুনী। লাইরিক কয়া পাজরুবদগী ফংলকপা নুংঙাইবা অপেনবা কয়া অদুনা ইনীংবগী ইথিল তত্তনা পীদুনা লাকখি। মসিদসু নত্তনা সাহিত্যগী ওইবা থৌরম কয়াদা য়াওজবা ফংবগী খুদোংচাবা কয়া অদুনা অনৌবা ইনোৎ কয়া অমসু হাপখি। পুম্নমকসিনা মরম ওইদুনা ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক অসি মীয়ামদা খুদোল তমজবা ঙমলিবনী। খ্বাইদগী লুরিবদি ঐনা ঐগী লাইরিক অসি পুথোক্লিঙৈ মমাংদা অখঙ অহৈ কনামত্তা তানজখিদে। মসিগী মবম চাউনা লৈ। মদুদি ঐঙোন্দা অকিবা অমা ফাওখি। ইবগী চৎন পথাপ কয়া অদু ঐগী লাইরিক অসিনা ইনবা ঙল্লমদ্রবদি মীয়ামদা খুদোল তম্বা ঙমখিদবা য়াই। বানানগী মতাংদদী ইকাই খুম্নজরিবা ওজা ধনঞ্জয়, ওজা ওইবগী শিনফমদগী পোখারবা, ককচীং লাইথগোলদা লৈবগা মতেক মতেক ওইনা তানজখি। ঐগী পান্দমদি ঐগী ৱারী মচাশিং অসি ফোঙদোক্লবা মতুংদা মীয়াম্না নৈনবীদুনা ঐবু লমজিং লমতাকপীবা অদুখক্তনী। ময়াম্না নুংশিবীগনী, চানবীগনী হায়বগী অচেৎপা থাজবদু থমজরি।

ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী

# মনুং লমায়শিংদা

# চৈনা

“ইবেম্মা, থাজমানবী, নহাক ৱাখল লৌশিং লৈবীনী। মুন্না খল্লু। ঐখোয়না হায়রিবসি নঙবু নুংশিদদুনা, লৈহন্নীংদদুনা হায়বা নত্তে। সংসার অসিদা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তনা ‘ইমা’ হায়বসিবু মহুৎ শিন্দোকপা য়াবা নত্তে। কোয়না থিরুদুনসু ইমা মহাকপু ফংবা ওইথোক্তবনী। নঙবু মী ওইনবা হোৎনবদা মতেং খরা ওইগদরা হায়দুনা লম্বী অদুদা খোঙ থাঙজিনখিবনী। নমাবু অদুক লান্না খনবদি চুমদে।”

“বোবোক, ঐগীদমক করিসু ৱাবীগনু। ঐগী ইফমদা ৱাফম অদু অমুক হন্না পনবীরক্কনু।”

“পন্দবা য়াদবনিনে। হৌজিক ঐখোয়না হিংলিঙৈদদী ফৈ। হয়েং ঐখোয়না লৈত্রকান্দা নঙনা করম্বা ফীবমদা লৈহৌবা। ঐ খনবদা য়াম্না ৱায়। নয়ুম-নকৈ

পানবগী ব্রাসু পনবা য়াদে। ঐনা হিংলিঙৈসিদা নঙগী তাংদাঙবা মফম অমা খঙবদু পামই। অদুদসু নত্তনা নমাগা নঙগা পুন্না লৈহৌবদুনী ঐখোয়না উনীংলিবা।"

থাজমানবী মখা তারকখিদ্রে। তুমিন্না মথৌ তৌদুনা লৈ। মমা পোকপী মবোকসু ব্রা মখা তারমদনা থোকখ্রে। ঙসি ফাওবা হিংলকপদা থাজমানবীগী থম্মোয়দগী নৌনা কায়নখ্রবা মপাগী নুংশিবা মাঙদ্রি। মহাক্কা চহী তরেৎ হায়রকপদনী। গাড়ী এক্সিদেন্তা লৈখিদবনী। মহাক্কা স্কুল হল্লকপদা মখোয়গী ইমুং মাঙ্গোল মীনা পিক থল্লম্মী। ইঙক ঙক্কা করিসু খঙদনা চঙলকপদা মপাগী অশিবা হকচাং, নাকল অমরোমদা ডাক্তর অমদি মীয়াম চঙদুনা লাইকন্নরিবী, মপাগী পাউ তাবদা ব্রাস্তুখ্রবী মমা ইবেয়াইমা। তিঙক তিঙক অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তৌরম্লগা পংকপ্তা কপখি মফম খঙদনা।

নোংম নোংমগী মেনখৎপা ঙন্নরোইদবা অব্রাৎপা অমা অসুম অসুম লৈরকই থাজমানবীগী মফমদা। কুলচন্দ্রনা থম্বীরম্বা হাঙলবা য়ুম অদুদা কনা হন্না য়েংবীনবা লৈত্রবা ইবেয়াইমা মমা মচানা কয়াদ ব্রানা লেনখিবা। "ইচাগীদমক ঐ হিংখিগনী" মচাবু কোন্দুনা তত্তনা হায়খিবগা লোয়ননা অহিং কয়া কপমিন্নখ্রবনী। হিংলিবা পুন্সি মহিং অদুদা পুন্সি চুপ্পা লেনবা ঙম্বগী শক্তি নোংম নোংমগী ময়েং তারকই। মরমদি লুখ্রাবী অমগী মফমদা য়েংলিবা সমাজসিগী মিৎয়েং, নাইতোম তারবী পুন্সি অমগী মফমদা অরায়বা ওইদে। চানবীবা, নুংশিবীবা, তমথিবা, করেম্নবা পুম্নমক মহাক্কী মফমদদি হামুগী হামুনী। খেন্নবা করিমত্ত লৈতে। মরমদি মী অয়াম্বনা অচেংবা তানজা ঙাইদুনা মতু শোনবশিংবু তুহত্তুনা মশা মশাগী ওইজবা ফংনবা হোৎনৈ। মদুগীদমক থৌজাল, শক্তি, লৌনম্বা মখল কয়াগী উপাই শীজিন্নৈ। লেপ্পা লৈতনা হুন্নক্লিবা কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা কুইনা লেপ্তুনা লৈবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রমাল্লে। মপুরোইবগা অব্রা নুঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা, মরুম থুপ্না মাগী মখাদা লেনজরকখিবা য়ুম ইংখোল অদু মতম চুপ্পগী ওইনা তুংওইনবা তাখি। মতম অমদা শেংলবা মন্দিরগী মশক্কী খনজখিবা মফম অদু ঙসিদি ভূত প্রেতকী মকোন অমগুম মাগী মফমদা অকি তুজংবা পোকহল্লি। মীকুপ অমত্তা লৈতাহন্দে। ইবেয়াইমা মপামদা পুন্সিগী লেমহৌরিবা শরুক অদু পিক্লিবী মচাগী আশাদা হিংলগে হায়বা ফিরেপ লৌদুনা লাকখিবনী। মবুং মপ্বা, মনম্মা মচনশিংগী মরক্তা লৈখ্রে, হল্লকপী মিংথোলগা লোয়ননা। মখোয়বু ফত্তে হায়রুবদি য়াদে।

লৈমিন্নরবনিনা নোংমা ফাদোকসু করিসু নত্তবদা চিন্দা পাউদানবা, উংখৎনবা মতাং লাকখিবসু য়াওই। মদুমক্তা তুংকোইনা শাউনবা হায়বদুদি ওইখিদে। মরমদি মহাক্কী মবুং মপ্পাশিংদু নুপাদ নুপা ওই। ইবেয়াইমসু মীনা য়ানবা চৎপা হৈবীনী। মনম্মশিং মচনশিংসু মবুক লোন্দবী ওই। মমা মপাসু ইমুংগী সাসন হৈ। মনা মনিল নাইহন্দে। শোন্নে লৈকায়না "মখোয়গী মনম-মচনশিং য়াম্না ফজনৈ। মখোয়গী মতৌ তমজৌ।"

অহল অনীদি মুন্না খঙই। মমা মচাগী তাংদাংবা মফম অমা মখোয়না হিংলিঙেদা, নুংশিনরিঙেদা শেন্নীরম্বা দরকার ওই। নোংমা মচা মমৌশিং পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱাফম খরা হৌদোকখি,

"ইবোহল, নচল নুপীসে মরাইবক থীবী হায়বদু ওইরে। মথন্তা ওইরবদি ফৈ নমৌনুপী সিমসু য়াওরিদো। মহাক্তা চাউরক শাংলক্তুনা মাগী অরেপ্পা মফম অমা খঙদ্রিবা ফাওবদি ঐখোয়গী ইরক্তা মমা মচা অসুম হিংমিন্নবা তাবনী।"

"পাবুংনা তাকপীরিবদু অচুম্বনী। মখোয়বু য়েংশিনবা হায়বসি ঐখোয়গী থৌদাংনী। হিংমিন্নদুনা লাক্লি। হিংমিন্নখিবা তাবনী।"

মচানুপা অহলগী পাউখুম তাবদা মমা মপা অনীমক পেনজে। মখা তারকই,

"নমা ঐখোয় অনীসু অহল ওইশিল্লক্লে। লৈরিবা লৌ-ইংখোল পুম্নমক নঙগী নঙগী অতাবী খঙনা থম্নল্লগে খল্লে।"

"পাবুংনা সিনা ফগনী হায়বদু ঐখোয়গীদি ইয়া য়াজে।"

"লৌ শঙম অমগা য়ুমফম মচেৎ অমগা মমা মচাগী মিংদা পানবীরসিবা খল্লিবা" মচা মমৌশিং খুমদে তুমিন তুমিন লৈ। মমা মপা, মথক থোংবশিংদা থম্বা ইকাই খুম্নবা, থকশি খাশি ঙাক্লা চৎপগী চৎনরোল লৈবা ইমুং অমা ওইরুবনরা? নত্রগা য়েংলুবগী কান্নবা লৈররোই খল্লুবগী ওইরম্বসু য়াই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মমা মচাগীসু মপাম লমদমদা তংদু লৈতানা হিংবা য়াবগী খুদোং চাবা অদুদি ফংগ্রে।

"আদা লৈহৌরিবা হান্নগী য়ুম ইংখোলদুদি কমদৌবা তারে পাবুং?"

"অদুনী ঐনা খল্লিবসি। ঐখোয়না তোয়না চত্তুনা য়েংশিল্লুবসু ঙমদে। মপা মতোন অমা লৈদুনা য়েংশিনবীগনী হায়বসু লৈতে। মদু য়োম্থোক্লগা মমা মচাগী য়ুম মচা অমা শারগা লেমহৌবা খরদুনা তুং কোইনা হিংবা ঙমজনবা করিনোমা

তৌরসিরা খল্লি ইপানা।”

মবুক্লীংদা য়ানীংবা ব্রাংলী ইবোহল। মরমদি য়ুম অদু লৈবা মরম্না মশেননুপা কুলচন্দ্রগী নীংশিং মমি অদু মখোয়গী মফমদা অমদি মমা মচাগী মফম লৈরিবনী। মদু থাদোকখিবা নুমিত্তগী মমা মচাগা মফম অদুগা মতম চুপ্পগী ওইনা মরী তৎনখ্রগদৌরিবনী। অওইবমক ইবোহলদি য়ুম অদু থাদোকখিবা পামদে। থাজমানবীগী তুংগীসু য়াম্না খল্লী। মনাউশিংগী ব্রাখলসু ইবোহলদগী তোংঙান্দে। মরৈমক নত্রবসু মশাগী অনীংবা অপাম্বদুদি ফোঙদোকই,

“পাবুং য়ুম মচা অমা শাবগীদমক্তী ঐখোয় ময়াম লৈরি। খুদোং চাখিরোই হায়রগসু পুন্না অসুম লৈবসি করিসু কায়দবরা খল্লী।”

“হোয়, করিসু কায়দে হৌজিক্কীদি। অঙাংশিং চাউরকপা মতম হায়বা অমসু লাক্কনী। মী অমগা অমগা ব্রাখল মান্নদে। নঙ-ঐনা খনবা অদুমক মীপুম খুদীংমক খল্লূ য়ারক্তবা মতাং লাক্কনী।”

“ ব্রাফমসিদা ইবেম্মগীসু মত লৌফম থোক্তবরা?”

“ মাগী মত হায়বা করিবু লৈনী হায়বগে? মাগী ফনবনী হায়রিবসি। ইবেম্মা, পাবুংখোয়না শিল্লিবা অসি নঙবু য়ানীংদবরা?” মচানুপীদা ওনসিন্দুনা হংলুই।

“ পাবুং ঐগীদি করিসু থোইদোক্তে, পুম্নমক ঐগী ফনবনী।”

ইবেয়াইমা য়াফমসু থোকই। মাগী তাংজফম উপাই হায়বদু মখোয় নত্তনা কনামত্তা লৈতে।

মমা মচা য়ুম অমা শাদুনা তোঙান্না লৈপ্রে। মবুং মপব্রাশিংগা পুন্না লৈরিঙৈ মতমদদি অব্রাংপা থোইনা লৈরমদবগুম্মী। মাগী মফম খঙনা লৈরবা মতমদা হংবসু হঙ্গোইবা ফাওই। অহল অনীসু ইমুং মনুংগী ভার পুরম্বদগী মশা খরা কোমথোক্লা লৈখিবনা মখোয়বু মতম চুপ্পা য়েংশিন্দুনা লৈবা ঙমদে।

“পাবুং, সুম হিংবসিনা ওইদৌ মানদ্রে। কৈথেন থোক্নুনা করিনো উপাই অমা থিরগে।”

ইথা থাজদনা হায়রকখিবা ইবেয়াইমাগী ব্রাফম অদুনা অহল অদুদা চৈনাখোল অমা পীখি। খুদক্তা ব্রা ঙাঙথোকপা ঙমদে। তৌহন্নীংদে হায়দুনসু ঐগী ঐগী হোৎনবদা কনানা কনাবুসু য়েংশিনবা ঙম্নদ্রবা মতম অসিদা নুপী থোক্লা মীমান্নবা ঙম্নবা হোৎনরগে হায়না চোংথোরক্লবী অমবু থিংদুনা থম্বসু য়ারক্ত্রে। হংলকই,

"করি তৌগে খল্লিবা?"

"ইনে তুনানবীগী মতুং ইন্দুনা ঙা য়োল্লগে।"

"হোয়, হোয়, নবুংদদি হায়রবরা?"

"হায়রে। পাবুংগা ইমাগা তানৌ হায়।"

"ফরে ফরে।"

ব্রা মখা থোয়না শাংথনখিদে। মপুরোইবা লৈজরন্নবদি মনা মনিল নাইরম্লোই। লাইবক্লা তম্নন্নবা ফীবম হায়বদুনী। ইবেয়াইমা কৈথেন থোকপা হৌরে। ইমুংগী মীশিংনসু য়াই। মরম অনীদনী। মহাক্লা পৈশা খরা খরা থোক্লবদি থাজমানবীগীদমক কা হেন্না ব্রারুদ্রবসু য়ারে। অমরোমদা নুংশুক নুংজানবা, ব্রাখল লৌশিং থোক্তবা ইবেয়াইমাগী মতৌ অদু খরমখৈ শাফরগনী। ইথা থাজদনা নোংমা, থাজমানবীসু লৈ। নুমিৎতু মমা খরা থেঙনা হল্লকই। মমাগা মবোক্কা উংখৎনখি।

" নঙনে কা অমা হেল্লবনী। 'নবুং নপ্বাশিংনা শাউবনা মহা ওইরে। নাহনসু ননম্মদা নঙনা করি করিনো হায় হায়বরা?"

"মখোয়না হায়রিদুবু করিনো? লুপ্রাবীনি হায়দুনা ফকলাং মরিনা কোয়শিনবা কা অমদা কপ লাউদুনা লৈবা নত্রগা অঙাওবীগুম অফক অফাই চুদুনা লৈয়ু হায়রিবরা? মখোয় মখোয়দা থোক্তদুনা তৌরিনী"

অহোংবা শাজৎকী মমি তাবা ইবেয়াইমাগী পাউখুম্নী।

"হরে, হরে! করি ব্রাতা খোন্দানো? নঙ য়াম্না থীনা হোংলেকো। হান্নগীদু নত্রে। মীনা ঙাংনরিবা পুম্নমক চুন্নক্কদৌরি।" শাউবনা লুতোন থুমই।

"ঙাঙগে হায়বমখৈ ঙাঙনজসনু। ইমুংগী মীনা খিৎ মহেনখ্রে।"

"মীশিংসিনা নঙগী ফত্তবা করিসু হায়দেনে। হয়েং খজিক্তং শোয়বদা নঙখক্তনী মাঙজগদবা। নঙবু শোয়হন্নীংদদুনা হায়রিনী হায়বসে নঙ খঙদে। নঙ নচা নুংশিবকাসে খঙলোইদৌরি। নচা লৈরি হায়বসি কাউবগুম তৌরক্লে।"

"ইচাগীদমক্লী ঐনা থাংজিল্লিবা খোঙথাংসি। কনানা ইমা ইচাগীদমক পান্নোম তিংবীগনী। ইশানা ইশাগী লাইবক শেমজবা তাবনী।"

"ঐ নঙগী খনবদা য়াম্না ব্রায়। নঙনা অসুম্না ওইরক্কনী হায়বসি মঙদা ফাওবা খল্লুদবনী।"

ইবেয়াইমাগী অহোংবা ফিরেপ্লা ইমুংগী মীপুম খুদীংমকপু নুংঙাইহনখিদে।

অঙাংমক ওইজবসু থাজমানবীসু মবোকখোয়গী মীচংদা য়াওখি। পুম্নমক হায়জবগী ব্রানী কন্না থিংবসু ঙমদে। ইবেয়াইমা নহানী। নৌনা মপুরোইবা কায়নব্রবী। মহৌশানা মীওইবদা পীবিরম্নবা ইথিল মীপুম খুদীংমক্তা লৈ। অদুগীসু মথক্তা মহাক মশক ফজে। চুং ফিরাল চায়। পুম্নমক্কী কল্লক্লফমনি। কৈথেল থোকপদগী ময়ামগী কুম্মে, থৌদোক ব্রাথোক কয়া হকথেংননা থেংনরকপগা লোয়ননা নুংদা চাক্লম্বা মৈচাক কয়া নোংম নোংমগী অসুম অসুম হন্থরকই। তরক তরকপা পুন্সি মহিং অদু থাদোক্তুনা হিংবগী অনৌবা মহাও তংনীংবা ফাওরকই। অমরোমদা থাজমানবীগী মপুং ফাবা পুন্সি অমা শাগৎপদা মথন্তনা ঙমলোই হায়বা ব্রাখল অমনা মহাক্কী পুক্লীংবু খুদুম চনশিনখি। করম্না মহাকপু অসুক য়াম্না শোনজবী অমা ওইহনখিবনো হায়বদু মশা ফাওবা খঙজখিদে। থিংবা ঙমদ্রবা ব্রাখলগী নোংলৈনা মহাকপু হুমদুনা পুখ্রে। মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা পুম্নমক কাউরকই। মঙোন্দা কাইহৌরবা ময়ামগী মরক্তগী মবুক মপাউ ফবা, মরন লৈবা, অঙাং অনীগী মপা, পাম্ব্রা ওইরবা সনাতোম্বগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোংদামিন্নখ্রে। মতমদু থাজমানবী চহী ১১/১২ রোম হায়রক্লে। মবুবোক, মবোক, মাম্মশিং, মনেশিংগী য়াথং মতুং ইন্না মমাগী মনাক্তা লৈখি। থামুক লৈরবা তুংদা নোংমা লাকপদগী মমাগী মনাক্তা হল্লু হায়বা য়াখিদরে। ফনা য়াম্না থেম নৌদুনা য়েংই। মানা ঙমদুনা তোকখি। মমা ইবেয়াইমা অমদি অনৌবা মপা সনাতোম্বা অনী লাক্তুনা কৌরে। য়াব কৌব লৈখিদরে। কনামত্তনসু থাজমানবীগী ব্রাখল হোংহনবা ঙমখিদরে। ইবেয়াইমসু খঙই, মচানুপীনা চৎসি য়াদবগী মরম। অহলশিংনা হায়নবা চারোন্নবা লুই হায়বদু তশেংনা চুম্লম্লে। সনাতোম্বনা তম্বীবা খুদোলনা ইবেয়াইমবু অনৌবা য়ুম অদুদা ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বীখ্রে। মতম অমদা মহাক্লা খনখি পেনথোক্লরবদি য়াম্না নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা য়াই। অদুবু পুম্নমক অদু খনজবা, শোনজবগী ব্রানী, থবক্তা ওন্থোকপা মতমদা অদুক্কী মতীক লুই হায়বা খঙবা ঙমজরকখি। হন্দোকপা য়াদ্রবা খোঙফম অমদা মীকুপ অমা ফওবা পোথাফম খঙদনা হিংলি। ইনক নক্লা নুংশিরবী মচাগা অসুক য়াম্না লাপ্লখিগনী হায়বসি নোংমতসু খনখীদে। নৌনা ফংজবা মচানুপাগী নুংশিবনা অব্রাবা ব্রাখল খরা হন্থরবসু থাজমানবীবু মীকুপ অমা ফাওবা কাউবা লৈখিদে। মহাক্লা নকশিন্নবা হোৎনবগী মতীক মচানুপীনা মঙোন্দগী লাপথোকখি।

ঙসিদি থাজমানবী মপুং মরে ফারক্লে। য়েংবদা অউবা খুদীংমক্লা কল্লক্লা শোন্নবা মতাং ওইরে। পুকচেল চাউরবা মামশিং অমদি মনেশীংনা মহাক্কী অৱাংপা অমত্তা লৈহন্দবনা মহাক অৱাবা লৈতবগুম হিংলি। মেনখৎপা ঙন্নরোইদবা অৱাংপা অমনা পীরিবা খাঙওমদ্রবা চৈনাখোল অদু কনাগী মফমদা উত্তে। মমাগা উনদ্রগা ফৈ। মমা লাক্লম্বা নুমিৎ অদু মহাক্কী লাঙতক্লবা, খোইশাওনবা লৈতাফম খঙদবা হায়বদু ওই। ৱারৌজে, নিন্দা তৌজে মথন্নতা মাগী পুন্সিবু। মপুবোক, মবোক অহল ওইশিল্লক্লে। মখোয় অনীনা হিংলিঙৈদা মমা মচা পুন্না লৈমিন্নবদু মমিৎ পেন্না য়েংজনীংই। নুংগুম কনখ্রবা মশুনুপীগী থম্মোই অদুবু পেৎহন্নবা পাম্বে অমত্ত ফংদ্রবা অহল অনীনা মশুগী অনীংবদা অমুক হন্না য়েৎকে খনখিদ্রে। পুম্নমক্লা খল্লিবা ৱাখল থাজমানবী খঙই। মমাবু ৱারৌখিবনা য়ুম অদুদা অমুক হন্না খোঙ্গুল তাপ্তরোই হায়না চপ য়ুংনা লেপখ্রবনী। অদুগীসু মথক্তা মাবু পোকপা মপাগী কাউঙমদ্রবা শক্তম অদুনা মঙোন্দা অনৌবা থৌনা অমা হাপ্লীখি। মবোক্কী মফমদা পীখিবা পাউখুম অদু অপেনবা ওইবোই হায়বা মহাক মুন্না খঙই। অদুমক ওইদুনসু মহাক্কী ৱারেপ হোংলরোই খনখি। লাইরিক পাগে হায়দুনা চৌক্রিদা ফমথে। ইংলবা থাজগী মঙাল খজিক্তং থোংনাউদা লিৎশিল্লক্তুনা মহাক্কী মাইথোংবু অসুক্কী মতীক ফজহল্লী। মহাক্কী ফজবা মাইথোংবু মগুন হাপকৎলিবা মঙালদুনা মহাক্কী থম্মোইবু অসুক্কী মতীক নৌথোকহনখ্রে। থিংবা ঙমদ্রবা মিৎকী পি তৈথোকপীনবা কনা য়াওদনা হিক্লা হিক্লা টেবলদা উপশিন্দুনা পেন্না কপখি। হায়জনিংখি "ইমা নহাক্কী অনৌবা পুন্সি অদুনা ঐগী থম্মোয়দা খাঙবদা ৱারবা চৈনা অমা পী হায়বসি নহাক খঙদবরা? নহাক্লা ববাবু কাউথোকপা ঙম্লবসু ঐগী পুন্সিনা হিংলিবমখৈ মহাকপু নীংশিংদুনা লৈরগনী।"

অদুবু খনজবগী ৱানী, চীনবান য়ৌবা ঙমদে। থম্মোয়গী ৱাকৎ ওইনা ফোঙদোক্তনা থমগে খনখ্রমাল্লে।

***

# মায়থীবা

"বিধান সভাগী ইলেক্সন পাঙথোক্কদবা নুমিৎ তরানিখক্ত ঙায়শিল্লক্লে। পুমলাঙ লাঙই। ইনিলত নিল্লি। য়েংববু হৈরবা কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনী। কনা অমনা লৌগদবগী চেনবদা অৱাবা ওই। থৱায় য়াওবা মাগী মাগী ৱার্করশিং, কেন্দিদেতশিংনা থাদরকপা পৈশাশিং য়েন্থোকপা য়াবা য়েনথোক্লবা, লোইশিনবা য়াবা লোইশিন্নবা হোৎনবদা য়ুমগী থবক ইনখাং পূমকাউ কাউথোক্লে। কনানা অশিংবনো কনানা অপঙবনো খন্দোকপা ঙমদে। লৈবাক্কী সেবা তৌগে হায়না ময়ামগী লুচিংবা ওইনা চোংথোক্লক্লবা কেন্দিদেতশিং মীচম প্রজাগী মফমদা ইপঙ পঙশিল্লী। মতমসিগী প্রজাশিংসু পঙই হায়না লৌবদি লানগনী। মরমদি লৌথোকপা, চাথোকপা য়ানবা কেন্দিদেত পুম্নমক্কী ভোটর মালহনবা হৈরে।

লৈকাই খুদিঙ পরেং খুদিঙ চাকচা-হৈজানবা, ইশৈ, লিলানা পুমলাঙ লাঙই। ঙরাংত কেন্দিদেত অমগী চাক চানবদা য়াওহৌবশিংদু ঙসিনা অতোপ্পা অমগীদা। করিগুম্বা মতাংদা চপ মান্নবা শঙ্গোয় অমদা কেন্দিদেত পুম্নমক্কী চাক থোংলগা চপ মান্নবা সুমাংদা, চপ মান্নবা মীওইশিংনা চাক চাবগী চংনবীসু য়াওই। খেন্নবা হায়ববু নুমিত্তী পূনবা য়াদবনা নোংমা নোংমা পাঙথোক্লে। মকোক ঙাওই থম্মোয় শেংবা ব্রার্করশিং। মাগী মাগী কেন্দিদেতশিংগী অশেংবা ভোতরশিং মশক খন্দোক্লবা হোৎনবদা। কনা অমত্তনা তুংগী পুন্সিগী, লাক্কদবা মীরোলগী, লৈবাক সমাজগী ব্রাফম থৌওইনা খনজিল্লুদে। লাপ্পা তুংওইননা নাথৈদুনা থম্মী। ইলেক্সনগী ময়াই অদুক্কী মতীক কল্লী। নুপী-নুপা, নহা-অহল খায়দে, চপ মান্নে। নীংজবদা লান্নে হায়বদু হেক য়ৌই। কনানা য়ুগীদমক, কনাঅমনা শেলগীদমক, খরা অমনা মানা মানা পামজকবা পার্টিগীদমক অমদি কনাগুম্বনা নুংশিজকবা কেন্দিদেতকীদমক তূম্বা-চাবা কাউই। অঙকপনী মাগী মগুন, পোকমিন্নবা মচীন মনাও ফাওবা য়েংথীনহল্লী। ময়াম্বনা য়ুংলম্বা পামজবা পার্টিগী ফীরাল মনাও নুপানা ফুকতংলী। মকোক থুগাইনৈ। য়েংবা হৈবা কনাগুম্বগী মফমদদি কুইনা শাংনা চথবা নুংঙাইরবা কুম্মে অমনী।

"সান্তী ঈশিং খিত্তা পুবকউবা।" রিমসতা পুখত্তুনা থা অমরোম লায়েংলুরবা মতুংদা ময়ুমদা হীদাক চাদুনা ফগৎলকপা ঙাইরিবা কান্তনা ফমুংদা হিপ্না হিপ্না মাগী নুপী সান্তীদা হাযরকখিবনি।

"মোই ববা, হীদাক চাবা মতম ওইরে। চাশিল্লসি" সান্তীনা টেব্লেট অমগা ঈশিং গ্লাস অমগা কান্তদা পী।

"হন্দক্কী ভোতসিবু কনানা খরা থাজনা ঙাঙনবগে?" টেব্লেট অদু য়োংলবা মতুংদা ঈশিং হাপ্লম্বা গ্লাসতু সান্তীদা পীনা পীনা হংলকখি।

"কনানা খঙজবনোদা। কানীংবা অমা কাসনু অমনা কারবসু অমনবু কারবসু চপ মান্নে। অমহাগী অমহানী। কনানা ফরিবা, কনানা ফত্রিবা, খঙপোৎ নত্তে। ঐখোয়গী ইথৌ করিসু লৈতে। মাঙজবা নত্রগা তোংজবসু লৈতে।" শাওরঙ পেরঙননা য়াম্না পেনজদবগী মওংনী।

"হোয় অদুবুদি চুমই। অদুদা খঙনীঙবদি ফাওইদনা। খঙবদা করিসু কায়দে। নঙবু খঙনীংদ্রনে?"

মাগী নুপী সান্তীনা শাওবগী মরমসু মুন্না খণ্ডই। অদুবু ইলেক্সনগী ময়াই কাউথোকপা ঙমদবগী ব্রাঙাঙনী।

"খঙনীংদে খঙনীংদে। ভোত্তা নত্রা নঙগী ফীবম্মা অসি য়ৌগ্নিবসি? নঙদি মীনা নকোক কনবনী, য়ু চনবনী, ঙাওগন্দবনী হায়বদুদা মথোই কাদুনা হন্দোক্লা থক হনজিল্লা থক শিনীংচিত্তা হিংহৌবা নত্রা? ওজানসু ঙাওগন্দবনী অচেৎপা ব্রারী তানবা নুংঙাই, নহামচাশিং ফাবা হৈবনী হায়দুনা কান্ত কান্ত হায়দুনা... য়ুমগী থবকসু শীৎপা, নশাসু মাঙবা, পুমপেন পেনজরে পুমখা খারে ভোতকা।"

মখা শাংথনা ঙাঙনীঙবনী। কান্তগী ওইরিবা হকচাংগী ফীবম অদুদা কুইনা শাংনা ঙাঙথখিদ্রে। মমাঙগী হৌখিবা ইলেক্সন্দা কান্ত, ওজা তোনজাওগী য়াম্না থব্রায় য়াওবা ব্রার্কর অমা ওইখি। মহাক্লা রাজনিতি য়াম্না খঙলু হৈরুবা নত্রগা হয়েং তুংদা কেন্দিদেত অমা ওইনা চোংথোক্কে হায়বগী ব্রাফমসু নত্তে। নত্রগা ওজা তোনজাওনা ভোত কারগা, মন্ত্রি ওইরগা মাবুসু সরকারগী থবক নত্রগা ঠীকানচিংবা পীরক্কনী হায়বগী ওইজনামগী ব্রাখলসু মঙোন্দা লৈতে। লাইরিকসু হৈতে। ঠীকাগী কোকসু পান্দে, শেলসু লৈতে। মাগী হায়ববু মানা ঙাঙবা মীনা তানীংবগী মগুন অমদি লৈ। মাগী মগুন্দুনা মরম ওইদুনা ওজা তোনজওনা মাবু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোক্কে। কনাগুম্বনা তত্তনা হায়, 'কান্তনা লাইরিক হৈরন্নবদি ভোত লেপহনগদবনী।' মাগী অশোয়বা হায়ববু ক্লস আইত পাস তৌহৌদবা অমদি য়ু য়াম্না পাম্বা অসিনি। খরা হেনজিনখ্রবদি ব্রা ঙাঙবদা মতাং চানা হিন্দী ইংরাজীগী ব্রাহৈ থেৎচিল্লী। হৌখিবা মমাঙ ইলেক্সন ঙমজবী ভক্তি, অরৈবা শেন-থুম পাঙ্গল লৌশিং পুম্নমক অমত্ত খাক্তনা শীজিন্নবগী ওইরমান্নে, ওজা তোনজাউ ভোত কাখি। কান্তনা চাকখাউ, ফিরাক আ য়ৌনা শোকচিনখি। কান্তনা অসি য়ৌনা শোকচিনখিবসি ইলেক্সন মনুং অমদি কারবা মতুংগী হরাওবা ফোঙদোকপগী য়ুগী ঈচাউদা ঈরোইদুনা শান্নরুবগী মহৈনী হায়বসি সান্তী মুন্না খণ্ডই। মন্ত্রিসু ওইরম্বনী। তৌবীগে হায়রবদি পিওন খঙদে, মালি খঙদে চৌকিদার ওইরবসু সরকারগী থবক মচা অমদি হাপ্পীরম্বা য়াবনী। কান্তসু ওইনীংদবদি নত্তে। নোংমসু হাইফেৎ কাঙথোকখ্রবনী। তৌগে হায়রগা অদুম তৌখিদ্রে। বিধান সভা মুখৎপনা হানখ্রে।

কান্তগী অনাবা মরক মরক তোয়না হৌই। অহানবদা ফারমাস্দিগী হীদাক লৈদুনা চারম্মী। মতুংদদি সুম হেনজিল্লক্তুনা চৎথোকপা মপাল ইপাল থোকপা

ঙমলকখিদে। য়ুমদা খাঙবা য়াবা খাঙলবা মতুংদা ফীবম লুশিন্নকপদগী রিমসতা পুখৎলকখিবনী। রিমসতা পুখৎপা মতমদা কাম্ভ মীশক মীশা খঙবা ঙমখিদে। তশেংনা হায়রবদা মহাক হিংনা হন্নক্কনী হায়বসি কনা অমত্তনা থাজরুদ্রবনী। লাইবক ফবদগী শিবমক্তী শিহৌদ্রে। ফরগা য়ুমদা লৈরবনী হায়দুনা তৌরিবদু চেকশিন্দবদী য়াদে। হৌগৎ কাঙখৎপা মপুঙ ফানা ঙমদ্রিবনী। চাবা থকপা শাজেলনচিংবা চেকশিনহৌদ্রবদি ফীবম চারোইদৌরিবনী। মসি খঙনা সান্তীনা য়াম্না চেকশিন্না শোয়দনবা শেন্নজে। শোন্দুনা ফমুংদা লৈ হায়বগী ব্রানী কান্ত ইলেক্সন মতম্নী খল্লুবদা হৌগত্তুনা চেন্নীঙবা হায়বদু য়ৌববনী। ওজা তোনজাউগী ফীবম হংনীংবনা লাঙতক্লে। সান্তীগী মতৌদুদা হংবসু কি। মমৈথংদা অরৈবা থৌনা উত্তুনা কিরপ হংলকই।

"ওজাগী ফীবম্মু করম তৌরি হায়গে?"

"কনা ওজা, অদু খঙলগা করি কান্নদৌবিবা ঐখোয়দা, কেদৌনা নীঙশিংবীকবিনো? অসুক কুইনা শোন্দুনা লৈববু নোংমতা হংবীরবসু নত্তবা।" খোন কনলপ যাম্না পেনজদবগী মওংনী।

"মথৌ চিন্দুনা তৌবিনি। ইলেক্সন মনুংদদি চাবা থকপা ফাওবা ফংপোৎ নত্তে।" ওজা তোনজাউবু কনখৎপগী ব্রাঙাঙনী।

"নুংশিথ্রপোৎনী, নীঙজথ্রপোৎনী নঙনা মাবু নীঙজবসে। ঐদি মমি ফাওবা নেৎচনীংদ্রে।"

সান্তী মবুক্তা ওজা তোনজাউবু ব্রারৌই। মতম কুইনা কান্তনা নাদুনা লৈবদু মযুমদা নত্রগা হোসপিটালদা নোংমতসু লাক্কুনা হংলখিদে। মপুরোইবনা ওইথ্রিবা ফীবম কনামশুংলাংগীদমক্তনো হায়বসু মহাক মুন্না খঙই। অদুবু মহাক নোংমতসু ব্রাকৎলুদে। শক্লাইবদি শক্লাইবনী। অচৌবদি অচৌবনী। পুন্নমক মপুরোইবনা ইলেক্সন্দা কা হেন্না থব্রায় য়াওশিনবা অমদি কাহেন্না থকপা চাবা পাম্বদগী থোক্লিবনী হাবসি খম্ভজরগা মতোমতা পুক্লীং ফাথজে। ওজা তোনজাউগী ইলেক্সনগী লুরবা তানফম কয়াদা কান্তনা থব্রায় মাঙবা পাম্মুদনা চোংথোকখিবা সান্তীনা কৈদৌঙৈদসু কাউবা লৈতে। অদুবু ঙসি ব্রারবা মতম অসিদদি কান্তগীদমক মায়পুননা অব্রাবা শরুক য়ামিন্ননবা কনা লৈতে খন্না অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নাইদনা সেবা তৌরি। কনাগুম্বী পুক্লীং তয়াং তশোয়বী, মচীন য়াংবী নুপী ওইবম্লবদি

ইঙ্গিৎ অমা পীখিবদা কেন্দিদেত অতোপ্পগী মীনা কান্তখোয়দা অতৎ অথম লৈরোইদবনী। মদুসু খোক্লে। মরমদি মীয়ামগী অমদি কেন্দিদেত অতৈগী ব্লাখ্ন্দ মার্কা থেৎলবা ভোটরনী মখোয়। তোনজাউনসু লেঙদবা তশেং তশেংলবা ভোটরনী খন, অফাবা অচাইবা ময়াম অমা তাশিন খোমজিন্নবা হোৎনরিঙৈদা কান্তগী মনাক্তা নোংমতা লাকপা শংখিদে। অদুবু নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা কান্তগী থোঙ্গালদা কার অমা খান্লে। ওজা তোনজাউ খোঙলোই খরগা চঙলকই। লাকমিন্নবশিংদু মপানদা থন্নন্নগা ইমুং য়ৌশিল্লক্লে। হান্না কোইনদবগী মওংদুনী। কান্ত হিপ্পন্বদগী হৌগৎকে তৌই।

"য়রে, য়ারে অদুম হিপ্পু। হন্দক্তগীদি থকপা য়াদ্রে। য়াম্না থুনা ফগৎনবা হোৎনদবা য়াদবনী।" সান্তিনা পুখোরক্লিবা মোরা অদুদা ফম্না ফম্না হায়রকই। মখা শমথরকই,

"নহাল নন্দোমচা ঐখোয়নীসু হোস্পিটালদা চৎসি হায়নবনী। ইলেক্সনগী মতম খঙনক নকশিল্লকপসিদা ঙমখিদ্রে। হকচাংদি খরা নুঙাইরবরা? করম তৌরি?"

"হোয় ওজা, ঙসি ঙরাংসি খরা নুঙাই।"

"ফৈ ফৈ য়াম্না থুনা ফগৎনবা হোৎনগদবননী। অসুক য়াম্না চিরবা মতমসিদা নাব-লাকপা য়াপোৎ নত্তে। নঙনা হন্দক য়াওবা ঙমদবসি খুৎ পুমতেক তেকপগা চপ মান্নরবনী। ঙসি হয়েংমক ঙমদ্রবসু নোংমা নীনি ব্লাৎলিঙৈদা থোক্লক্তবা য়াদবনী।"

কান্ত মশাদু খঙকন হেক কনখৎপোই নীঙই। ইলেক্সনগী ময়াই কাউবা ঙমদে। সান্তীদি খঙই হায়দবা য়াদবগী হায়বনী।

"ওজা, ঐসু ফনিংবনা গ্লো খ্লো খোৎলবনী। ইশা য়ুমদা লৈজে হায়বগী ব্রানী থব্রায়দি ময়াম মরক্তা লৈখ্রবনী। মঙসু হাসু ভোত খোম্বা, ময়াম লাঙবা, লাউ খোংবা অদুতা উদুনা লৈরবনী।"

সান্তী কিবদগী মনীং তম্না ফোঙদোকপা ঙমদনা থম্মোইদা লোত্তুনা লৈরম্বা মশাগী অনীঙবা অপাম্বা ব্রাখল পুম্নমক তোনজাউনা থৌনা হাপ্পীরবদা মনীং তম্না ফোঙদোরকই।

"অদুনী, অদুনী তাঞ্জাসিদা নাদুনা লৈবা পকচদে। য়াম্না থুনা ফরদৌনী।"

ওজা তোনজাউগী ৱাঙাঙদা কান্ত পেনজগ্রমাল্লে মোমোন নোকচৈ। খুদক্তা হৌগত্তুনা চীংজাউ অমা ফুকপা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরবগুম খল্লী। অদুবু পুম্নমক্কদি খঙই, হন্দক্তি কান্তনা চেন চোংবা ঙম্বগী আশা লৈতে। মরমদি হান্নগী পাঙ্গল হনজিনবদা কুইনা চঙগদবা অনাবনী। মথৌ চিনবা কেন্দিদেতনী। মীতিক মীরৌ খঙবা কেন্দিদেত ঙাক্ত ওইবা অমদি ইলেক্সনগী নুংশিংনা শীংনীংবা মায়কৈদা শীংপা মরম্না মাগী ওইদুনা লৈববনী খঙলবা ফাওবদা চোইথোকখিদনবা কান্তবু নীশিংলক্লীবনী। মরমদি কান্তগী ইমুংদা সান্তীগা থারগা ভোত অনীনী। অমা হেনবদুনা ভোত কাখিদৌবিনী। অতোপ্পা হীরমদা সেকেন্দ তাবা ইকাই খুম্নে। ভোত্তা সেকেন্দ তাবদি কনানসু মশীং থানবীদে। কেন্দিদেতনসু পামদে। ঙাইহাক ফন্নন্নগা ওজা তোনজাউ চংনবা থৌবাং তৌরকই। ফুবিংখাউদগী চামঙা চংপী নোট অমা লৌথোকই। সান্তীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

"সে, ইবেন্মা, লুপা চামঙা সি মাগী হীদাক লৈবদা মপাং ওইনবা। ইলেক্সনসি নত্রবদি কদাই কদাইনো ঐনা পুরগা লায়েংলুবা য়াবনী। তানজা চাদবা হাযবদুনী। শোয়দনা থুনা ফগনীদা। ফত্ত ফত্তগা ইলেক্সন লোইরগা অমুক খন্নবা হায়বদুনী।"

কান্তদি খুমদে তুমিন লৈ। মাদি ওজা তোনজাউনা ঙাঙলকপা তৌরকপা খুদীং ইয়া য়াজে, ইপেন পেনজে। মলোম থমগে কৈদৌঙৈদসু খন্দে। অদুবু ওজা তোনজাউগী থৌজালনা থল্লবা ৱাহৈশিং অমদী লুপা ৫০০ অদুনা সান্তীগী থম্মোযবু জয় তৌবা ঙমখিদ্রে। তপ্না হায়রকই,

"ওজা পৈশাদু থম্বীবমগনু। হৌজিকমক্কীদি থোইদোক্লা দরকার ওইদ্রি। লৈবিবা খবসিনা য়ান য়ানবা শীন্নজখিগে।"

চিং লাউই ওজা তোনজাউ। মায় ঙাঙই। কান্ত ঙকচান্নে। সান্তীনা অদুম্না হায়রক্কনী নীঙলুদে। তোনজাউনা কান্তদা য়েংই। কান্তনা সান্তীদা য়েংই। সান্তীসু খারপ কান্তদা য়েংই। তৌফম খঙদদুনা কান্ত তোনজাউদা ওনশিল্লকই। কান্তনা করিনোমা হায়গে তৌই নংহৌদে, তোনজাউ ইকাই খাঙবা ওইনা হায়রকই,

"নখোয়গী লৈতে হায়বগী ৱা নত্তে। মপাং ওইনবা হায়দুনা পীবনী।"

"ৱারৌবীনু ওজা মমাংগী ইলেক্সন্না মাবু ফীবম অসিদা থম্বীরে। হন্দক্তী পাপ অমুক লঙশিনজনীংদরে।"

হন্দক্তী তোনজাউসু করিমত্তা হায়বা ঙমখিদরে। কান্তসু অদু মঙাই। পুমচিক চীকই। অসুক্কী মতীক দরকার ওইখ্রবা লুপা চামঙা চৎপী অদু করিসু মমল লৈতবা চেতৎ অমগুম কান্তগী ফমুং মচিদা তাদুনা লৈ। কদোমদগীনো খঙদে মমাঙথোঙদগী নুংশিৎ তপ্না হন্নকপদা পাইথরক্কুনা ওজা তোনজাউগী তম্পাক্তা লৈখ্রে। মমাঙগী ইলেক্সন্দা কেবিনেট মিনিষ্টর মায়থীবা পীবা ঙমখিবা মহাক ঙসিদি সান্তীগী মফমদা মায়থীরে।

***

# খোম্লাং লমন

"ননাও, ননাও, কদাই তানা অমুক চৎখ্রিবনো অসুক ইংখ্রবসিদা, তূম্লগে হায়দদনা? চনচন নঙসু ফমুংদা কাখৎলগা তুম্বা য়াবনী। ফক অসিদা, ইংবনা লোইরে তৌরিসে।"

মচানুপী অতোম্বী ফমুং মথক্তা থাঙ্গৎনবা হোৎনৈ ঙাঙ ঙাঙদুনা। ঙাঙজবগী বানী। নোং ঙানফাত্রিঔদগী চক ফুদিৎ খপ্পা খঙদে অমা খঙদে, অফং অফংবা থবক শূবা চৎপদা মচাশিংবু মপুং ফানা য়েংশিনবীবা ঙমজদবা অমদি মমাগী মফমদা কেজবা, ওইনজবা ফংজদ্রবা মচাশিংনী খল্লুবদা অকনবা ঝাহে খোন্দা থানীংবা ফাওদে অহনবীগী পুক্নীংদা। মচা নুপা অনী, নুপী অনী, মচা মরীগী মমা লুখ্রাবী অহনবী নোংমতা হরাও মীনোক তমজবা ফংজদে। খুবাক ময়িদা

হিংলিবী ইমুং পুবা ঙমুবা হোৎনরিবী মহাক্কী মফমদা নুপী ওইবীগী ইংতপ্পা মোংহাদবা গুন অদু মতম অমদা য়াওরম্লবসু ঙসিদি মফমদগী নোংদম্বনা মুনবীখ্রে। আশা চাউবী ৱাখল ৱাংবী অহনবীনী। মতম অমদা মপুরোইবগা শাগৎমিন্নখিবা, মচাশিংবু মতীক চাবা মী ওইহনবগী মঙলান নোংমা নত্রগা নোংমদি মঙফাওনহনগনী হায়না চপ য়ুংনা খন্দুনা লাকখিবনী। পুম্নমক অদু মঙলান ওইদুনা তোক্লগদ্রা হায়বগী অকিবা ফাওরকপা মীকুপ কয়া অমসু মাগী মফমদা লাকখি। মচানুপী অহনশাবীবুসু মহাক্কী অৱাবা ইপাক্তা নোংম নোংমগী অসুম অসুম চিংশিনবীদুনা ইরাকমিন্নগদৌরিব্রা হায়বগী মিপাইবসু পোকখিদবা নত্তে। তশেংনমক মহাক্না নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লৌবুক্তা থবক শুবা চৎপা ঙমজরিবসু মচানুপী অহনশাবী লৈরম্বগীনী হায়বা য়াই। ইমুং মনুংগী কুপ্লোম কয়াদা শরুক য়াদুনা মমাগী পাম্বোম নাম ওইদুনা লাক্লবনী। মতমসি অহনবীগীসু অশেংবা পোইনুনী। মহাক্না পোপ তুনা নাখিদ্রবদি নোংমগী নাম্থোকপা য়াদ্রবা শিন্থানা মহাকপু মতম খুদীং থৌনা হাপ্তুনা লাকখিবনী। ঙসিসু অয়ুক মমলিঙৈদা হৌগৎলগা মচাশিং হৌদোক্লুনা মাগী মাগী শিন্থা পীরম্লগা চৎখিবনী। হল্লক্লে অমম্বদা অমুক। মচানুপীনা থোং থাকপা লোইরম্লবা চাক য়েনছাং মচাশিংগা চাথোকমিন্নরবা মতুংদা ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিনবা হোৎনবদা মচাশিংগা ফম্মিন্নদুনা সেগা মাইগা তানবা ফংজদে। চাক চাবা তোকপগা থোকখিবা মচানুপা ননাও চঙলকই।

"কনাগীদা চৎলুরিনো? চাক চাবগী নখুৎ ফাওবা হাম্বা নংদে, স্বাই হেক্তা মাঙখ্রিদুবু? পরিক্ষা ময়াসিদা লাইরিক পাগেদি হায়দে। নয়াম্বগা নচেগসু লাইরিক তমহনবা ঙমখিদ্রে। নঙগা চনচনগদি উপ্তুনা খাঙলবসু হায়না অসুক কন্না হোৎনবসি নখোয়দি করিমত্তা খঙপোৎ নত্তে।" খোন কনলপ চৈবোই করিবোই ঙাঙলি।

"ইনে রাশীখোইগীদা লৈরুবনী" মরাল লৈরবা মীশক অমগুম তপ্লপ খুম্লকই ননাও।

"টি,ভি য়েংলুরি ওইরিনী। নঙ অমা হকমল্লবনী। হায়বা ঙাঙবসু তাদে। টি, ভি য়েংবনা থৌনা ফরিবা। লাইরিক পাবা হায়রদি নমিত্তু উইরক্কনী। ঐ ৱা য়াম্মা ঙাঙনিংদেকো।"

## সাহিত্যগী মনা



অয়ুক নুংথিলদা ব্বারক ব্বাতেম্বগী মতম ফংদ্রবসু মুখিদাং ঙাইহাক লোয়নবা ফংবা তানজাদা অহনবী মচাশিংবু শোয়খিদনবা চেকশিন্না শেমজে।

"নখোঙ নখুত্তু ঈশিং অশাবসিনা শেংনা হামদোক্লকে [illegible] অইরিক ঙাইহাক পারগা তূম্লবা।"

ঙাঙন ঙাঙন য়োংশুবী মথক্তগী ঈশিংকোন থাংথদুনা খুদেংদা ঈশিং হৈদোকই। ননাও তপ্না চঙলক্তুনা মমাগী মনাক্তা ফমথরকই। মখোঙ হাম্ল হাম্ল তপ্না হায়রকই,

"ইমা, দিদিকেগী পাউদা কুম্বীদা সিফাইগা নহারোলগা কাপ্লবদা মী খরা শোকই, অহুম শি হায়খি।"

"কাপকে কাপ্লরসনু, শিগে শিরসনু। খরা হকমনপ্রে। পুথাং ঙমপোৎ নত্তে।" মচীন্দদি করিসু খন্দবগুম ঙাঙথোকখি অহনবী অদুবু থম্মোইদা ফাওরিবা চৈনা, চোংলিবা মিহুন, তয়াং তশোইবা পুক্লীং মথন্তনা খঙই। ফমুংদা হীপুনা লৈরিবা মচানুপী অহন ইপা পাখৎনা ফুক হৌগৎলী। করিনোমা হায়গে খনবা মাল্লী। হায়বা নংহৌদে। ননাওনা হায়রকই,

"ঐখোয় দদাদু য়াওরম্লোইকো?"

"তুমিন লৈয়ুহে! মাগী ব্বাবু কনানা খঙবনো কৈদৌনা নীঙশিংলুরিনো, নঙসু মাগী মতুং ইনপ্রগে হায়রিবরা?"

তাইনফম খঙদ্রবা অহনবীনা ননাওবু চৈহৎখি। ননাও মখা তারকখিদ্রে। ফমুং কাখৎপ্রে। মমানা মপ্পা ননাওবু চৈহৎখিবদুদা মচানুপী অহনসু করিনোমা হায়গে খল্লম্বদু হায়দনা অমুক হিপথপ্রে। অহনবীসু লোইশিনবা য়াবা থবক লোইশিল্লম্লগা ফমুংদা চংপ্রে। তুম্লবা ফনা কন্না হোৎনৈ। তুম্বা য়াদে। নুমিৎ চুপ্পা থবক শূরুবগী পাঙ্গলগী অব্বাবদা ব্বাখলগী অব্বাবা পোৎলুম অমা অমুক হাপকৎলরে। ইংলবা নিংথমগী অহিং অদু মহাক্কী মফমদদি ওলাংথাগী খ্বাইদগী শারবা অহিং ওইপ্রে।

"ইমা ঐ ক্লাস টৈনফাওবদং তমখিগে।"

মচানুপা অহল রাজিবনা হায়রক্লিবা ব্বাফমদু য়াদবসু ঙমদে। অদুগা ইমা লৈরি হায়দুনা পাম্বোম তিংনবগী থৌনাদি লৈ হায়ববু ইমুংগী ওইরিবা ফীবম অদুনা মহাক্কী লৈয়েংবু ইফা ফাজিনবগুম তৌখি। চহী অহুম নাদুনা লৈরম্বা মপুরোইবগী

লায়েংবদা পূরুবা শেনফম শিংনবা হোৎনবা, মচাশিংগী মবুক থন্নবা, লাইরিক তমহন্নবা খরচ পুম্নমক মকোকথক্তা নন্দুনা লাক্লবনী। নোংমতা মীরক তিনবা ঙমদ্রবীনী। মচাগী মপুক্লীং হন্থহন্নীংদবা মতাং ওইবনা হায়খি থৌনা ফনা,

"নপুক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্লবদি করিগী তমহল্লোই। ইশ্বরবু কাউগনু। ইমা লৈরিসিনী।"

"ক্লাস টেন পাস তৌবগা সিফাই খনবা য়াওগে।"

"সিফাই খনবা য়াওগে হায়বা?" ঙকচানরপ হংলকই।

"হোয়, কেদৌরগে ইমা। ইমা লৈবাক্কী সেবানী। নঙসু ব্রাবা ফরনী। ননাওগা চনচনগসু লাইরিক ফজনা তমহনবা ঙন্ননী"

"ইমানা উপাই লৈমন্দবগী তৌবনী। ইনৌ নৌরিবা নঙনা সিফাই ওইব হায়বদু..." স্বর শাংনা হোন্দোকই।

"কেদৌই হায়বগে?"

"হোয়নে, হোয়নে, পুম্নমক্তো ঙাঙবখক্লদি য়ারোই। পাস তৌনবা লাইরিক কন্না পাবা তাবা।"

"অসুক কন্না হোৎনরিসিনী।"

তাইবংগী লিলানী। চাং য়েংলিবরা মীওইবনা খাঙবা ঙম্বগী শক্তি কদাই ফাওবা লৈবগে হায়বদু নত্রগা করম্বা মপোক্কী তৌজরুবা পাপকী মহে ওইরিবা? ক্লাস টেনগী মিংচনবা লাইরিক লৈবগী মতাং লাকই। ইশ্বরগী মপান নাইদ্রবা থৌজান অদুনা অহনবীগী মফমদগী নাথৈদুনা চৎখি। ইচম চম্বা লাইহৌদগী তাইফোইদ তাখিদুনা থাখাইমুক ফমুংদা লৈখি। ফরবা মতুংদসু শূবা চৎপা ঙমদনা ফনা কুইনা লৈখি। নোংমা মচাবু কৌশিন্দুনা হায়খি,

"ইবুংঙো, নঙগী মিং চনবগী মতম অদুবু য়ারিবরা? নখোয়গী ওজাশিংদা মতম খরা ঙাইবীয়ু হায়বা য়ারোইদরা?"

হায়জবগী ব্রানী। অমহাগী অমহানী। অদুগা অমরেমদা মমাগী অমদি ইমুংগী ওইরিবা ফীবম অঙাংমক ওইরবসু রাজিবনা মুন্না খঙই। খুমদে। তুমিন লৈ। নোংমা স্কুল চৎখিবদগী হল্লকখিদে। নোংমদগী চয়োল, চয়োলদগী থা অসুম মথং মথং হৌখি। মরী মখোঙ খঙদনা লৈখি। খঙনা চান্নবা মরী মতাশিংসু অহানবদা হৌ হৌ চোংদুনা মাগী খোঙ্গুল লীবদা থব্রাই য়াওবীরম্মী। কুইশিল্লরুবা মতমদদি

মাগী মাগী মথৌদা পুক্লীং চঙখিদুনা অহনবীগী অৱাবদা মতেং পাংবীনবা মী নোংমা নোংমগী মশীং হুম্বরক্লুনা মথন্তনা অৱাবা পোৎলুম পুখি। অহিং কয়া কপখি অহানবা ফংজবা মচানুপনা মফম খঙখিদবদা। নুংঙাইরবা আশাদা মঙলান কয়া শাগৎমিন্নখিবা মপুরোইববু নিংশিংজবা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা মচানুপা রাজিবকী ফোন লাকই হায়দুনা অৱাংগী ডাক্তর চাউবগী মচানুপীনা তন্নখি। মঙলা তাইবংলা অহনবী মফম খঙদনা মিহুন চোংখি। মশা পুম্বা চেংখৈবগুম নীকখি। হরাওবনা লুতোন কাখিদুনা নুমিৎ চুপ্পা থবক শূরুবগী অৱাবা পুন্নমক কাউপ্রে। ডাক্তর চাউবগী য়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদে। ঙাইহাক ঙাইরবা মতুংদা রিং খিংলকই। হৈবোই হৈতবোই পায়খৎলী। ময়ান্না তাকপীবগী মতুং ইন্না হায়রুই,

"হলো"

"ইমা"

পাক খুম্বা ঙমদে অহনবী, কপ্পুনা লৈ।

"ইমা, ঐ রাজিবনী।"

"ইবুংঙো..." মখা তাবা ঙমদে। স্বর ফুনগৎলকই।

"ইমা, ঐগীদমক ৱাবীরুরনু। ঐ ইমা লৈবাক্কী সেবাগীদমক চৎলবনী।"

"করি! ইমা লৈবাক্কী সেবা! করম্বা মখলগী সেবা?"

"রাজিব ঐখোয়গী ইরক্তা তিন্দুনা মীখা পোনবী ইমাগীদমক নীংতম্বা ফংদ্রিফাওবা লান্থেংননবা ৱাশক লৌখ্রবনী।" অতোপ্পা অমগী খোনজেন্নী।

" করি ! করম্বা নীংতম্বা ! করম্বা ৱাশক !"

" মহাক নীংতম লাম্মী ওইরে।"

"নখোয়গী মীখাপোনবা নত্রগা নীংতম্বা ঐ করিমত্ত খঙদে। ইচম চম্না হিংনবগী লানফমদা লান্থেংনরিবী মমা ঐগী ইচম চমজবা ইচানী মহাক। ঐ মাগা ৱারী অমুক্তা শানখিগে। রাজিব, ইবুংঙো..."

"ইমানা হায়বিনীংবা পুন্নমক ঐঙোন্দা হায়বীরকউ। মহাক শিন্থা অমা পাঙথোক্লবগীদমক মফম অসি থাদোকপ্রে।"

"নত্তে, মদু ওইবা য়ারোই। মহাকপু মমা ঐঙোন্দা শিন্নরকউ। মহাক্কী ঐগী পাম্বোম নাম্ম ওইগদৌরিবনি।"

"ইমা, মদুগী মতম হেনখ্রে।"

মমা মচা উনবা, ৱারী শানবদা মফম মতম হায়বা অমুক লৈফম থোকপরা? মাগী ৱাখল ঐ চপচানা খণ্ডই। মহাক ঐগী য়াথং কৈদৌঙৈদা হীক্তোকখিদ্রি। হৌজিকসু হীক্তোক্লোই। মমা লৈবাক্কী সেবা তৌবা ঙন্বা মপুং ফারবা মীওই হায়বদু ওইদ্রি। মমা ঐঙোন্দা ওইনজবা, নিঙাই তৌজবনা অপেনবা ওইজরিবনী। ইচাবু ফীগাও শানা নিজরি...।"

থম্মোয় শোক্লবা অহনবীগী তেংথা তাবীনবা কনাসু য়াওখিদ্রে। ফোন থমখ্রে। তিংখং তুম্মৈতনা থল্লবা লম্বী অমদা চৎখ্রবা, ৱাখল লৌশিং পাঙ্গল মপুং ফাদ্রিবা মচানা থেংনরমগদবা খুদোংথীবা কয়া খল্লুবদা জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা হায়থখি। শিরগে হায়বসু ঙমদবা হিংগে হায়বসু য়াদবা পুন্সি মহিং অমদা ওন্না থোইনা চহী অনী খাঙদুনা লাক্লবনী। মচাগী খোঙথাং মখোলতবু তানীংবনা লাংতক্লরবা অহিং কয়া তুমদনা হৌখ্রবনী। শজিবুগী অখাক অরাউ লোয়নরবা নোংথাং মঙান্দা মচাগী শক্তম উবরা তত্তনা য়েংজখি। মফম, মতম, ফীবম্না য়ারক্তবা অমদি পেন্দবা কয়ানা মরম ওইদুনা নোংমদি মচাবু লৎনখি,

"নহাক্কী নপাউ অমুক হন্না তাহল্লক্লনু। নঙ অমা লৈরি হায়বসি অমুক হন্না নিংশিংখ্ররোই। নহাক্কী পুন্সিগা ঐখোয়গী পুন্সিগা মরী শম্নদ্রবনী।"

অদুক কনবা য়াথং মচাগী মফমদা। মথন্তা নিন্দা তৌজে। তৌফমসু খঙদবনী। মহাক্লা মচাগা তোয়না ৱারী শানবনা ডাক্তর চাউবগী পুন্সি অমদি ইমুং মনুংদা শোক্লকপা য়াই হায়বসি মুন্না খঙই। মদুগী ইঙ্গিতসু ফংলবনী। চীন্দা লৎনখিবগী ৱানী। করম্বা মমানা মচা কনাবু লৎনবা য়াওখিবগে? মীকুপ অমত্তসু কাউবা লৈখিদে।

ননাওনা তম্লখিবা কুম্বীদা কাপ্লবগী পাউ অদুনা মহাকপু লৈতাফম খঙহন্দে। মচাশিংসু তুমখ্রে। কৌজেং হারৌগী খোনজেল নত্তনা করিমত্ত তাখিদ্রে। মপান অমুক থোকই। ইমুং চঙদুনা য়ুময়াইদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। ফমুংদা চঙদুনা তুমশিন্নবা হোৎনৈ। মমিৎ অনীমক উইশিনবা য়াদে। অসুম্না লাঙতক্লরবা অহিং কয়ানা মহাকপু ওত্তুনা লাক্লবনী। অসুক লূম্বা পুবা থাংবা ৱারবা পোৎলূম অমা মকোকথক্তা থোঙ্গৎপিরম্মী হায়না মপুরোইববু ৱারৌরকই। ঙসিদি ৱাবগী পনখৈ য়ৌরবমাল্লে। মপুরোইবা অমদি মচাবু নীংশিংলুবা মতমদা শিঙ্হুরকখিবা পি অমুক

হন্না শিন্থরকখিদ্রে। পিগী ইফুংসু কংগ্রমাল্লে। অমম অঙান শিন্নরকপদা হৌগৎলগা মচাবু অশোয় অঙাম থোকহনবীদনবা ইশ্বরদা নিজে। নোংমগী শিন্নগদবা থৌদা মচাশিংদা শিন্নরম্লগা নাম্থোক্কে য়াদ্রবা শিন্থা অদুগীদমক লৌবুক মায়কৈ পাংগ্রে। মহাক মথৌদা পুক্লীং চংলরোই। মরমদি কুম্বীদা থোকখিবা থৌদোক্কী অশেংবা পাউ খঙনীংবগী লাংতক্লবনা মাগী ৱাখল পুক্লীংবু খুদুম চনগ্রে।

***

# লান লোইখ্রতুংদা

"তৌরক্লদৌনী মখোয় মতৌ মনাওসে, ইকাইবা খঙখিদ্রপোৎনী। করি থোকএনা তৌজশারিনো? খরা থকচিন চাশিল্লুরগা খরা খিৎ হেনমনখ্রে। নুপীনেনা তৌরিসিসু য়াদে খঙলদি তুমিন লৈগে হায়দে, মচিনসি কবোক পোকপদু মঙাই। অদুনদি মনম চৈ চাবা তাবা।"

তুম্বা য়াদ্রদুনা ইবেমহনবীনা ফমুংদা মুরুম মুরুম শোল্লী। নুমিদাং পুং ১১.৩০ মুক তারম্লনী। অৱাংথংবগী রজনী মংলেম মতৌ মনাওগী লান অদু হৌরকই। চীন কাংজৈ য়ৈনরম্বদগী খুৎসু য়াওনরক্লমাল্লে। কপ্পা লাউবা য়াওনরকই। মচাশিংসু কপ্পরকই মীশি মীনা থোক্লমদৌ মানশিল্লকই। হায়শাবগী ৱানী ইবেমহনবী মিহুন দং দং চোংলকই। য়ুমলোন কৈরোন্নবশিং খাম্বা চঙনরকপগী শামিন ফংদে। মখোয়

অনীগী মওংদুদা, তোয়মনবদুদা পুম্নমক তন্নরবজাৎনী। ইবেমহনবী অমদি মপুরোইবা মনিসু অদু মঙাই। মনিসু তৃমশিন্নদুনা য়ুমথংনবদা শোক্লরিবা কুরুক্ষেত্রগী লানজাও অদু মথন্তা লোইশিনখিবা ঙাইরি। লোইশিনখিবদি লায়রদনা হেন্ন-হেন্নদুম কনখৎলক্তুনা মাগী ইমুং লময়াইদা শোক্লরিবোই নীঙলক্লে। "শিরে শিরে" হায়বা খোনজেলসু য়াওরকই। কনানা কনা হাৎলিবনোদি খঙদ্রে। কাইনথংদা নুংশা থীরক্লমাল্লে মনিনা ইবেমহনবীদা হায়রকই,

"নঙবু চত্তুনা খরা খামদোক্লুচো। শিনদনা তোক্লরনী। কনামতসু চঙবীদ্রমাল্লে"

"শিগে শিনরসনু। অশিবা অমা য়াওরকান্দা ফরদৌনী। নত্রিমখৈদি য়াররোই। থোক্ল-থোক্ল লাকচনী। য়েংলুবকা ঙমজররোই। মখোয় মতৈ মনাওগী খৎনবা খান্নবা লৈবদু মঙায়রে। খান্নুরে ফজনা হায়বীরক্লোইদৌনী নুপানেনা শকতাসিনা।"

শাউরঙ-পেরঙ হায়রকই ইবেমহনবী। চৎসু চৎনীঙদে। হৌজ কয়ারক মখোয়গী খৎনবা খান্নুবদগী মখোয়দা ওনশিল্লক্তুনা থা অমা কৌনদবসু য়াওখ্রে। ইবেমহনবীদি সুকচঙ হেক চঙনররোইসি হায়বনী। য়ুমলোন্নবা হায়বসিসু লুই। কৌনরোই, ঙাঙনরোই হায়বসু ঙমদে। মনিনা মখা তারকই,

"শিগে শিসনু হায়বদু চৎনবা য়াবা ব্রা নত্তেনে। শিবা নাবা থোক্লবদি য়ুমলোন্নবা ঐখোয়দা ব্রা তারক্কনী। খঙদে উদে হায়বা য়ারোইদবনী। অদুম চেন্নরদৌনী।"

"খঙদে, খঙদে, খামগে খান্বীরু। ঐদিনে সুকঙম হেক ঙমজররোই।"

মনি ব্রা মখা তারকখিদ্রে। মরমদি মানা ফনা কন্না ঈন্দুনসু ইবেমহনবী চৎলরোই হায়বসি মহাক খঙই। মরমদি মতম কুইনা পুন্সিগী অব্রা নুঙাইদা শরুক য়ামিন্নদুনা লাক্লবা লোয়নবীগী মগুন চপ চানা খঙই। মাসু হৌগত্তে। লান অদুদি লেপ্পা লৈতে। হিপচন্দুনা লৈবা য়ারক্তমাল্লে, মুরুম মুরুম শোল্লগা হৌগৎখি। ইবেমহনবীদি থোক্লুদে। অদুবু মনি থোকখিবদুদা করি থোক্লগদবনো হায়দুনা মনা থাংগত্তুনা লৈ। মী অতোপ্পা খরসু চঙলক্লমাল্লে খামদোকপগী লাউন-খোংনবা মখোল তারকই। কুইদে য়া য়া লাউরকই। "মী শিরে, মী হাৎলে" লাঙনরকই।

মনিনা লাউবগী মখোলসু তাই। ইবেমহনবী মপান্দা চেন্থোরকই। মংলেমদু ময়াম্না ফুবয়াও খাম্বয়াও তৌরম্মী। মনিদু নুপা মরি মঙানা শন্নগা পুশিল্লকই। মনিগী লাইবক্তগী চেন্থরক্লিবা ঈদু উরুবদা ইবেমহনবী দুর্গাদু মঙায়রে। খেক লাউদুনা মংলেমখোয় তম্না পাইশিনখি। মংলেমগী মখৌরী মেৎলুই হায়বরা, মমায়দা খোৎলুই হায়বরা, রজনীগা অমুক মশম ফোইনদুনা শেন্তোক্লবা হোৎনবদা খান্নিবা মী পুম্নমক অব্বাবা ওইখি। কপঙাঙ কপঙাঙ ঙাঙদুনা লাকই। চৈবা য়াবা চৈরম্মী মংলেম মতে মনাওদা। জগৎ সংসারদা লৈবা অথীবা ব্বাহে ব্বাতা পুম্নমক নোংচুবগুম অখেক অরাউগা লোয়ননা হৈথে। অশাউবদু অমুক ময়ুম চঙলক্লগা মনিদা ওনশিল্লী।

"ঐদি ঙসাইনা হায়জবনী মসি থোক্কনী হায়দুনা। অহে অপা শামনখ্রে।"

"ইতৈমা তোকপীরো তাদসি মকোকসু ঙাওই হায়, ঐখোয় তাদ পুরগা ডাক্তরগীদা চৎলগে, অথেংবসিদা কনাসু লাকপীয়ু হায়বা য়াররোই।"

ময়াম্না খেমজিনবা অমদি মনিগী ফীবম অদু উরুবদা ইবেমহনবী ঙাঙবা লেপখ্রে। অদুবু পেনজদবা থব্বায় ব্বাজবনা মমিৎ অনীমক পিনা পুমথন থল্লে। ডাক্তরদগী হল্লক্লে। অশোকপা মফমদু ফজনা ফোৎচিনবীরকই। তৈবা য়াবা মলম, কাপ্পা য়াবা হীদাক কাপ্তুনা, থোইদোক্লা নীংশা থীনঙাই ওইদ্রে। নোংঙানবদা লৈকাইগী অহল লমন অমদি ক্লবকী মেম্বরশিং পৃন্দুনা মংলেম-রজনী মতে মনাওনা মনি মতে মনাওদা ভক্তি তৌরগা ব্বা তেনশিন্নখি। মতুং অমুক হন্না খৎনরবদি মংলেমগী ইমুং লৈকাইদগী তাম্থোকপদা মশানা য়ারে হায়দুনা অনীমক্কী সহি তৌহনখি। অসুম্না ব্বাথোকসু লোইশিনখ্রে। লৈকাই কিবনরা মতে মনাওসু নোংমা নীনিদুদি ফনা য়াম্না জ্ঞান তাবগুম উরে। অদুবু মনিগী অশোকপদুদি নাই চাদুনা ফবদা খরা কুইনা চঙখিদৌরী। হুম হুম চীকই অশোকপা মফমদু। মনিনা হায়,

"ডাক্তরগীদা অমুক চৎলুদবা য়ারোইদৌরি। ঙসি অহিং চীকপনা তুম্বা য়াদে"

"ঐনা হায়জবদুনী, নুপী-ব্বা লৌবীদবগী দোষনী, করি থোক্লে হৌজিক্কী। খরা খিৎ হেনমনবা। লৈকাইগী মী অদুক য়াম্বদু কনামত্তা শোক্তে। নঙ নথম্তা শোকই। মাঙজিন থাবা হৈনবোই হেক তৌরদনা। অফবদা ওইরদি ফৈ।"
শাউনীঙবনা খম থেংবা, প্রোক প্রোক চাকপগী ব্বাঙাঙনী তাইনরুফমসু খঙদবা।

"খিৎ তোক্লোনে নঙবু জ্ঞান তাদবা, অপঙবা মখোয়গা মান্নবা য়াদেনে। মখোয়গা মান্নরদি ঐখোয়সু ঙাওই হায়নরোইদ্রো?" মনিগী থেমজিনবা ৱাঙাঙনী।

"হো অদুনবু হায়রিসিনী। হূই অঙাওবগী মনাক্তা চঙলূরবদি চীক্লকপা তাবা"

"ফরে ফরে তোক্লসি, ঐগী অশোকপা মফমসিনা মরোল অমা চীকপনে।"

"হোয় তোকপবুদি তোক্লগে। মখোয়গী মওং মতৌসিবু নুংশিদে হায়বা। ঐখোয়দা ওইরম্বগী ফবনী। মী অতোপ্পদকা ওইরন্নবদি মখোয় খঙগদবনী। নুপা অঙাওবসিনা অঙাওবা ওইরে। মাগী নুপীসিসু নোংমতসু করম তৌরি হংলদবা।"

"ৱাখল অদু লৈরদবু থৌদোক্তু থোক্লমগদরা? মদুগীসু মথক্তা নোংমগী চরা তান্নবা হোৎনবদা অৱাংবা ৱাখল চৎনরোলগী মরমদকা থিজিল্লুবা ঙমপোৎ নত্তেদা।"

"মখোয়গীসে ঐখোয় অনীগী কনামত্তা লৈতে হায়দুনা উশিত্তবা অমসু য়াওরি।"

"হেনজিন্নসু খল্লুনুদা।"

"নুংশিদবগী হায়রুরবদি চেকপল ৱাংনা খাগৎপা য়ারবনী।" মনিগী অশোকপদুদা মুন্না য়েংলগা মখা তারকই,

"নাই চারিবদু কুইথখরদি ফরোই। ডাক্তরদা য়েংহল্লুগনী হায়বদু হান্না চৎথোকপীরুরো।"

"ঙাইহাক লৈরগা চৎলগে। হৌজিক মথৌ চৎখিবদগী হল্লক্লমখিরোই।" ইবেমহনবী ৱা মখা তারমদনা ইমুংদা চঙখ্রে। মনি মতোমতা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈ। মংলেমগী ইমুংদা মপা, মচা, মমা, য়ায়া, নোকই, লাঙই। মচা য়াইমবগী মখোল মাল্লী,

"ববা, হোরেল হোল মনুংদা সিনেমা য়েংলিঙৈদা ঐগী কমলা মঙা লৈবীয়ু।"

"হোয় হোয় লৈবীনী।" মংলেম্মা খুন্নকই।

"ঐগীনা তরুক লৈবীয়ু।"

"ঐগী তরা লৈহন্দোইনী।"

"ঐগীসু"

"ঐদি ঙানু থোংবা চানী হোল মনুংদা।" ময়াম য়া লাউনা নোকই। নোক্লা

নোক্লা মংলেম্মা,

"হোয় হোয় লোইনা লৈনী, তামোগীসু, চেচেগীসু চনচনগী, ননাওগী, বুংঙোগী, তোতোগী, পেপেগী অপাম অপান্বা লৈবীদৌরিনী, ববা লৈরিসিদী।" সিনেমা য়েংবা চংকদৌবগী মকে শেন্নিবা রজনীদা য়েংদুনা মংলেম্মা হায়রকই,

"মমাগীদি অমত্তা হায়দে।"

"ঐগীদি করিমতা হায়জরোই, পচ্চাস অনীদং।"

"লৈথোক্কে অনীদা নত্তে, মঙাদুম লৈথোক্কে। শিগদবা মীওইবগী পুন্সিবু খরা নুংঙাইথোকসি, ঙসি শিনী খঙপোৎনত্তে। নোংমৈ পায়বসু শি, পায়দবসু শি। ফমুংদা তুমজবা মীসু মঙলাক্লে। লম্বীদা চৎচবশিংসু গাড়ীনা থোমগায়বী। লাইগী মগুন শক শোল্লিঙৈদসু বোম্মা পান্দুনা শি। তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে।"

মংলেম লৈপাক হোনবা চৎলুবগী শেল খরা ফংলকপা মাল্লী। মখোয়গী ইমুং হরাও নুঙাইবগী খোনজেলনা নীল্লি। ইমুংদা লাঙবা য়াবা লাঙলল্লবা মতুংদা মরী মরী থোরকই, সিনেমা য়েংবা চংকদৌরিবনী হায়দুনা। য়াম্মা হরাও তয়াম্মা মরাঙ মরাঙ তৌদুনা চৎখি। মখোয়গী হরাও তয়াম্বদু উরগা মনি পেনজে, নোকফেৎ তৌই। ইবেমহনবী থোরকই, মরী মরী তুংথা মাংথা থোকপ্রিবশিংদু য়েংলগা হায়রকই,

"শকশিংসিনা তৌজসারিসে" মনিদা অমুক ওনশিল্লগা

"ডাক্তর হল্লক্লম্বসু য়ারে। চৎথোকপীরুরো"

"চৎলদৌনী" তপ্পা হৌগৎলী। অশোকপা মফমদু চীকপা খঙহেন হেনগৎলী।

***

# ইথা থাজদনা

কুমসিদী কুম মখল অমনী। অহল লমনশিংনা হায়নবা, মীখুৎসু লাইখুৎসু অনীমক য়াওই হায়বদু চপ চানা থোকই। মহৌশা লাইরেম্বীসু তাইবং মীওইবদা ব্বারৌরিবরা, শাউরিবরা, লক্করিবরা, লাক্করিবরা, চাং য়েংলিবরা করিনোমা তৌরে। ভারতকী ষ্টেট খরদা ঈশিং ইচাউ থোক্তুনা য়ুম-কৈ তেকপা, মী, শা-ষণ কয়া শিবা শোকপগী পাউনা খবর, টিভি, রেডিও ফাওবা পাবা, য়েংবা, তাবা তল্লে। মদুগী ওন্ন তৈনবদা মনিপুরদা ইকং থোক্লে হায়না লাউথোকপীদবগী ব্বানী, থোকপদী থোক্লবনী। নোক্তুম নোক্লীংই ব্রহ্মামক্লা পোকওমদ্রবা মীওইবগী মপোক্লী হায়দুনা মীওইবনা চাউথোকচে। মহৌশানা পীরকপা য়ৈখায় থিনগাইবা কয়াবুদি ঙসি ফাওবা তেমশীঙনবা ঙমদ্রি, 'ব্বারেদা ব্বারেদা' শোন্নবা নত্তনা।

মরকসিদা খ্বাইদগী শাউনীগুলিবদি মীনসু লাইনসু ঙাকপীফম থোক্লবা মরাল কয়া মীওইবদা মীওইবনা লঙজরিবসিনী। কয়াদী কুইরে, থা অমা মখায় হেল্লবা ফাওবা মনিপুর মীয়ামগী পুকচাকখক্ত নত্তনা মখল কয়াগী পোৎলম পুথোক পুশিন তৌরিবা লম্বীশিংবু হেক থিংজিনবা। অমরোমদা ঐখোয় মঙায়রে হায়দুনা ফনজরিবা লাউজরিবা লমদমসিগী মীয়াম মীপান তাংদনা মরোমদোম হিংবা ঙম্বগী ব্রাখল শক্তি ব্রাৎলি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলী।

মংলেমজাউ মমা মপানা পামজনা থোল্লম্বা মিংনী। মচীন মনাও মথং মথং শিপ্রবা মতুংদা পোকপনী। খুরুমখিবা লাই ময়াম, মাইবা মাইবী ময়ামগী থৌ ময়াম, খঙ হৈরবা ডাক্তর কয়াগী পাউতাক, পাঞ্জি ময়ামগী পাউতাক মতুং ইন্না খ্বাংদা য়াল্লিবা যন্ত্রশিং, খুৎচোই অমা ফাওবা হাঙদনা শিরিবা মমল য়াল্লবা নুঙ হাপ্পা খুদোপশিং, মদুগী মথক্তা অখঙ অহৈ কয়া তানরগা থোনখিবা মিং, মংদগী লেপ্লবা মংলেমজাও, শীংথাবগী লোইবা নাইরোই। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা মহাক তশেংনমক অমরদি ওইফম থোকপনী। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা মহাক্তংদি ঙসি ফাওবা হিংলি। মথন্তা হিংহৌবা, য়াম্না তাঙনা ফংবা মচাগা ওইবগা, লৈকাইগী মচিনজাক চাবশিংগী মরক্তা মশীং থাবা ইমুংগা ওইবনে, মমা মপানা মংলেমজাউবু লাইরিক ফজনা তমহন্দুনা মশক থোকপা মীনা ইকাই খুম্নবা মীশক ওইহনগে হায়বগী ব্রাখল অসি তুংওইনখি। শাগে চাউবা, খুৎকন পাঙ্গলবা হায়বা ব্রাখল অসিনা মখোয়বু খুদুম চনখিমাল্লে। চহী কুনখক্তা ঙাইরিঙৈদা লুহোংবীদুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোংদাহনখি। মমা মপাগী অশোনবা অমনা তুরেলগী লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পী হায়নরিবা য়ুম্বাল্লোনগী মরমদা মচা মমৌবু পুক্লীং চিংশিন্নবা হোৎনখিদে হায়বা য়াই। তশেংবদি মীশীং হেনগৎহন্দবা হায়বা থৌরাংবু তেমশীংনদুনা শাগে চাউথোকপা অমদি খুৎকন পাঙ্গলবা ইমুং অমা শেম্বা হায়বা ব্রাখল্লোন অসিনা মচাগা মমৌগা অনীবু লমজিংদুনা পুখি। মদুগী মহৈনা মরূপ মপাংশিংগা ব্রারী ব্রাতাই তৌবদা ইতৎ তৎতনা মখোয় অনীদগী তাবা ফংখিবা ব্রাহৈশিংনী "শেলদি পূরুবা ফংই। মীদি পূরুবা ফংদে।" মখোয় অনীনা খঙজদবগুম তৌই, মখোয়না মীমান্নানা হিংবা ঙমদ্রিবগী মরম চায়াম পোকপী মমা মপা ওইরুবদগীনি হায়বসি। মীনা ঙাঙবা হায়বসু কয়া লৌনীংদে। লৌ মরাক অমগী মপু ওইদুনা নীংথিনা শেম্বীবা ঙমদ্রবা

অঙাং ময়ামগী মমা মপা ওইজরবসু মংলেমজাউ অমদি কৈনাহনবীগী মফমদা মতম অমদা মমা মপানা নুংঙাইনা পাল্লম্বগী মমিদা নাপলগী মনিল লৈরি।

কুমশিদি ময়াম্না হা হা কানরবসু মংলেমজাউগী চৈ কাবা চহীনী হায়বা য়াই। লৌ মরাক অমা উবদু ইথে মচীন ওইবনা ফৌদি ঙম্না তাবা য়াখি। মহাক ইকংগী অব্রাবা য়াওদে। ব্রোকেদনা মরম ওইদুনা হার দরকার ওইরকপা মতমদা ফংদবগী ব্রাথোক মহাক্কী মফমদা নুংঙাইরবা কুম্মে, লিলা অমা ওইখি। মরমদি মমাংথক্তা অমুক্তা পাঙথোকপা ঙমখিদবা থবক অমা কুমসি মহাক্না পাঙথোকপা ঙম্লে। কৈনাহনবীগী লুপা য়াম্খ্রে পুবী মরুপ অমা ফাওই। তশেংবদি সনা ষনখাই অমত্তং লেপসিনগে অদুগা অরেম্বদুনা চেঙ খরা ব্রানশিনগে খনবনী। মদু তৌখিদ্রে। চহী খুদীংগী হার মতম চানা চাইবা ফংদবদগী লৌরোন্নবনা লৌরোক পাম্বাদা উশিত্তবা অদুগী খল্লুবদা অমুক্তংদী হায়দুনা শীঙদুনা লাকখিবনী। হার চাইবা মতম য়ৌরকপা খুদীংগী ইমুং মহী লাঙখিবনী। কনাদগী পূরুসিগে, হংলুসিগে খন্নবদা অহিং কয়া তুমদবা য়াওখ্রবনী। লান কয়া থোকখ্রবা মতুংদা চাওখৎপগী মঙাল লাকপগুম খৎন খৎনরগা লাউন লাউনরগা মংলেমজাউ অমদি কৈনাহনবীসু য়ুম্বাল্লোনগী অকুপ্পা পারা খরা খরা ফারকপগী মমি লাকপা হৌরকই। মসিনা মরম ওইদুনা হন্দক চহীদা মীয়াম অমনা অব্রাবা মায়োক্নরবসু মখোয় অনীগী মায়থোংদা নুঙাইবগী মমি তারিবনী।

নোংমা নুমিদাং অমা লৌরাং শুরুবা হল্লক্লগা মংলেমজাউ মখোঙ মখুৎ হাল্লি। কৈনাহনবী চাকশঙদা চাক থোংলি। মচানুপা পাখং অহুম মমান্নবশিংগা চৎথোকখিবদগী হনজিল্লক্ত্রি। মচানুপী অনীনা লাইরিক পারি। অমনা মমাগী চাক থোংবা মতেং পাংলি। খরা পীক্লিবা মচা নুপা অনী অদু করি করিনো শান্নরি। অমুক খৎনৈ, কপ্লে।

"মংলেমজাউ, কনা কনা লৈবগে? নখোয়বু কনামত্তা লৈতবরা?" মপান্দগী থাবল্লেনা কৌরকই। লোয়ননা ইমুংদা চঙলকই। মংলেমজাউখোয়গী য়ুমদগী য়ুমলোন মরি মঙা চৎলগা অব্রাংদা থাবল্লেখোয়গী য়ুম লৈ। মহাক্কী মপুরোইবা, সরকারগী হায়স্কুল অমগী হেড মাষ্টর ওইবা ওজা চাউবগী মঙালদা কেনা নৌনা হাইনা হুম্না পানজবীনী। ওজা চাউবগী তলব, শেন্দোই, লৌশান , মশানা উজরিবা লৌদগী লাকপা ফৌ, ময়াম অসিনা লৈকাইসিগী মনুংদা মচীন

চৎপা ওই। অনা অয়েক য়াওদবা, মপা মপু কৈরাক থাবম্বা, মথন্তগা পোকপনে, থাবল্লেনা হৈজ-শিংজবা, ওজা চাউবনা কুপচবা চেকশিনজবা পুম্নমক অসিনা মখোয়বু ইনাক খুনবা ওইহল্লী। ময়ামগী অব্রাৎ অপা মখোয়দা হংফম ওই। তৌবতবু অরায়বা থাবল্লে নত্তে। মীশক য়েংলগা শেল থংই, ফৌ পুখোকই। শোয়দনা শিংলক্কদবা মী, শিংলক্লোইদবা মী ফজনা খন্দোকপা ঙস্মী। ওজা চাউবগী ইমুংদা অব্রাৎপা হায়বদু লৈতে। অদুবু "নিংথৌদসু মৈতান ব্রাৎলী" হায়বদু ওজা চাউবদসু কুমসি থোক্লরে। মাগী ইমুংদা য়াম্না দরকার ওইবা পোৎ অমা ব্রাৎলে। লৌ অয়াম্বা লৌশান থাপ্রগা লৌ পরী অমা উই। মমাঙ চহীশিংদি কুম অমগী চঙগদবা হার, তীলহীদাক, নাপী শিনবা হীদাক্লচিংবা পুম্নমক অমতা চিথ্নদনা মাঙজৌননা লৈশিন্দুনা থস্মী। হন্দক্তী থাবল্লেগী থৌশিন থৌরাংদা অশোয়বা খরা য়াওখ্রমাল্লে। পোৎলমশিংদু লৈবদা চঙগদবা শেন অদু থা অমা শেন্দোয় থাদোক্লগা খরা হেন্না কান্নগদবদু খল্লুবদগী শোয়খিবনী। নেসনেল হায়ব্রে অনীমক্তা ব্লোকেদ লাউথোক্লবা ফাওবদা কয়াবু কুইনা তৌগদবা ব্লোকেদনো হায়না থৌশাহৌদবগী মহৈনা ওজা চাউবসু হার ফংদবগী অব্রাবা মায়োক্লরে। মীনা তৌবা থবক্তা মশীং থাদবী, মীপুম খুদীংমকপু ব্রাখল লৈতে হায়না চৈদুনতা লৈরম্বী থাবল্লে শোনজে "ঐসে পঙখ্রেদা।" অমুকসু ওজা চাউবদা তাইনৈ। "ঐনা হন্দক শোয়খিবদা অদুম শোয়রিবসিনী। নুপানী, ঐ ঙাইদ্রবসু থোকপা থোকপা শীনবিরম্বা য়াবনী"

ওজা চাউবা খুমদে। মহাক মুন্না খঙই। খুন্নুরবদি লান মচা অমা শোয়দ্রে। থাবল্লে মীনা ঙাঙনবা তায়, "হন্দক চহিদি মঙলেমজাউগী চহী ওইরে। ঈশিং ব্রাত্তবগা, হার ব্রাত্তবগা, লৈবাক্লা ব্রানরিবসি মাদি য়াওদ্রে। হৌজিকসু অরোইবা চাইনবা হার লৈরি।"

থাবল্লে অহিং চুপ্পা খল্লী,

"মংলেমজাউদা হার খরা থাইয়ু হায়রুসিরা? য়াম্না ঙম্বী ইকাইবা খঙদবী তারদরা? কৈনাহনবীনা ঐবু করিনী হায়না খনখিদগে?"

খনবমখৈ খল্লুরবা মতুংদা থাবল্লে হংলুরগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। মমাঙথক্কী ব্রাফম কাউথোক্লগা ইকাই ইকি থাদোক্তুনা, থৌনা পূম্বা খোমজিল্লগা মংলেমজাউগী থোঙজীন্দা ঙসিদি থাবল্লে লেপ্লরে।

"ইতৈমা করি থবক্কী?" ঙকচাননা হংই মংলেমজাউনা।

"সুম কোয়থোক্লকইনি। নখোয়দা লাকপসি য়াদবরা?" কোচি কোৎলদুনা হায়রকই।

"এ! এ! করি ব্রানোদা ইতৈমা, সুম থাজরুদবগী ব্রানী। ইমুংদা চঙবীরকউ। ননাউসু চাক থোংলি। করি ব্রাফম তাকপীগদবা।" তুংথা মাংথা চঙমিন্নরকই। মোরা অমা পুথোক্লুনা থাই। থাবল্লে মোরাদা ফমথে। মংলেমজাউ চাকশংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌরকই,

"বেনাও, নমাদু অব্রাংলোমগী ইতৈমা থাবল্লে লাকই।"

"য়ারে, য়ারে, কৌথোক্লুরনু। মথৌ অদুম তৌজসনু। নঙোন্দা ব্রাফম অমত্তা হায়গে লাকপনী। নঙনা য়ানীংগদবা ব্রাফমদি ওইদ্রবনী ঐগীসে।"

"হেক্তা হায়বীয়ু কৈদৌগে ইতৈমা, ঐনা ঙম্বা শক্তিগী মনুংদা লৈবা ওইরগদি করিগী য়াদদগে?"

আশাগী মমি উরদুনা থাবল্লে নোৎশিল্লকই,

"ইতৈমগীসি তৌফম অমা খঙদ্রদুনা নঙগা তানরুরগে হায়দুনা লাক্লবনী। খনবমখৈ ঐসু খল্লবনী। নঙ নত্তনা উপাই লৈত্রে ইবুংঙো। নঙনা উপাই অমা তৌবীদবা য়াদ্রে।"

"পঙহায় হায়বীরে। ঐগুম্বা অমনবু ইতৈমখোয়গুম্বদা করি... উপাইদি ইতৈমখোয়না ঐখোয়দা তৌবীগদবনী। ওন্ন তৈননা, ওহ্লোক ওহ্লোকপা।"

"মতাং মতাংগী হায়বদুনী। হন্দকসি নখোয় ওজাগা ঐখোয় অনীসু খুদোংচাদবা হায়বদু ওইরে। নঙগা তানরবদি অব্রাবসি খরমখৈ কোক্কনী থাজে। নখোয় ওজানদি চৎলুনু ইকাইজৈ হায়বনী। ঐনা অতোপ্পা কনাসু নত্তে করিসু কায়দে হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা লাক্লিবনী।"

"তাকপীগদবু অদুম তাকপীয়ু। ঐনা ঙমজগদবা ওইরবদি অঙম্বা পাংজগে" ব্রাকোই শুবদু হৈনদদুনা মংলেমজাউনা শমজীল্লকই। অশেংবা ব্রাফমদু খঙনীংবগী লাঙতক্লবসু ওইরম্বা য়াই। অমরোমদা খঙলম্বসু য়াই। মহৌশানা ব্রাকোই শুবা লৈশি লৈথোনবা ব্রাহে ব্রাতা কয়া হৈজদে। লাকপগী নামৎ মাঙলরোই খঙলবা থাবল্লেনা অশেংবা ব্রাফমদু ফোঙদোরকই,

"সুম তৌবনী, নখোয়সু খঙলিদুনী, হন্দক ব্লোকেদনা মরম ওইদুনা হারগী

অচৌবা ৱাথোক অমা লাক্লিবসি। ঐদি হায়জবনী হার খরা ঙন্না লৈশিনহৌসি হায়না। নখোয় ওজানা হয়েং হয়েং য়েথোক্লিঙৈদা শোয়খ্রিবনী। ফৌ লোকপা লোক্তবদুনা অমনী। ফৌ পাম্বীশিং অদুনা মচিনজাক ৱাৎপগী শোক্লবা ফীবম উবদা ইতৈমা চাক য়োৎপা য়াদ্রে। মবুক থন্না পীজবা ঙমদ্রবা অঙাংশিংগা অমহা ওইরে।"

মীয়াম থেংনবা, পৈশা পায়বগী হৌনবা মীগী মবুক পেৎনবা হায়বা হৈ। থম্মোয়গী অশেংবা ৱা ওইরিবরা, ওইদবরা হায়বদু মহাক মশানা মুন্না খঙই।মংলেমজাউসু চাক চারিবনিনা পুম্নমক খঙই। অদুগীসু মথক্তা থাবল্লে লৈকাইসিগী মীনী। মাবু খঙদবা কনাসু য়াওদে।

"ইতৈমনফাওবা অদুক য়াম্না পুক্নীং শোম্বীরবদি ঐখোয়দি করম হিংগনী? লৈবাক চৈরাউবনী। ওইহন্নীংদে হায়দুনসু ঐখোয়না শীল্লুবা ঙন্বা নত্তবনা খরা মাঙবা তাবনী।"

"হোয় চুম্মী, অদুদা...।"

মায় ঙাঙলপ তৌই থাবল্লে। হায়গে খন্না লাকপা ৱাফমদু পাক হায়দোকপা ঙমদে।

"লাইনা চানবীবা হায়বদুনী। কুমসিসি ননাওগী ওইনদি খজিক্তং শাফৈ হায়বা য়াই।"

"অদুনী, অদুনী, হন্দক ইনাওশিং চৈ কারি হায়না তায়। লৌসু ঈশিং ৱাত্তে অদুগা হারসু ওক্লবা থমহৌরে হায়নৈ" তানজা চানা খুদোং চাবা লৌহৌনবা হোৎনরকই।

"অহোয়, মপা চারুবা হায়বদুনী।" ইতিং তিংনা থৌশাদনা হায়রকই।

"নঙনা হোৎনজবগী মহৈ হায়দুনী। নঙনা তৌজবনা নঙনা ফংজবা, ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা।" থেম্বোই, থাগৎপোই তৌবা ৱাঙাঙনী।

"অদুদা তাইয়ে।" কংনোক নোকই।

"নঙগী হার চাইবা লোইখ্রবরা?" মরু ওইবা ৱাফল্লোমদা পুশিল্লক্লবা হোৎনরকই।

"অমুক চাইগদবা ৱাৎলি। ঙসি নোংমা নীনিসিদা চাইশিল্লসিরা খল্লিবা।"

থাবল্লেনা হায়রক্কদবা ৱাফম অদু মুন্না খঙলবা মাল্লী। হায়রকপা ঙমদনবা শমজীনবসু ওইবা য়াই। মরমদি লৈবাক ইরাং ফত্তে। শোয়রগা মাঙজগদবা

মহাক্তনী। পুন্নমকসিগী মথক্তা মহাক্না থাবল্লেবু ব্বারোঁই, গেন্দে, হৈসু হৈনদে।

"নঙগীদি অনীরক চাইগ্রে। ফৌসু ফজনা কারি হায়নে। ইতৈমখোয়গীদি অমুক্তসু চাইদ্রি। নঙগী লৈরিবা খরদু পীরো হায়ববু করি খল্লিবনো?" মাগী হৈনবী নমহায়দু তৌরকই।

চাক লোইরবা মতুংদা থোরক্তুনা ব্বারী তাবা হৌরকপদা ঙায়রিবা কৈনাহনবী শাউনীংবনা মিহুন তীং তীং চোংই। পুক্নীংগী ওইবা ব্বাফম খরা চীনবান য়ৌদ্রিঙৈ মংলেমজাউগী পাউখুম্না মরক থংখি,

"হোয় ইতৈমা, তঙায় ফদ্রে হায়বনিনা লৈরিবা খরসি লৌবীরো। হয়েং অয়ুক ঙন্তা ঐ থিনজরক্লগে। ঙসিদি পোত্থারগে ব্বারে।"

মংলেমজাউগী ব্বাহৈশিংদুনা কৈনাহনবীগী থম্মোয়দা খাঙঙমদ্রবা চৈনা অমা পীখ্রমাল্লে। খাঙঙমদনা শউম কন্না ফৎ চঙখি।

থাবল্লে অঙকপা, হবাউবা, ইকাইবা ইয়ান য়ান্নে। মংলেমজাউগী মফমদগী অসিগুম্বা পাউখুম অমা ফংগনী হায়কসি থাজরুদ্রবনী। চাংয়েং ওইনা লাকখিবনী। অনীঙবদি থুংলে। অদুবু মংলেমজাউনা নাকোইননা পীরিবা ইকাইবা অদুনা মাবু মায় ঙাঙহনখি।

"য়াম্না নুংঙাইবে। করিগী নঙনা ব্বানা থিল্লক্কদগে? হয়েং অয়ুক ঙন্তানা মী থারক্লগে। নঙনা লৌনীংবা মমল লৌরো।" বেগ হাংদোক্তুনা শেল লৌথোক্কে তৌই।

"ইতৈমা শেল পীবিরমগনু। মবাং কাযনা ফংলবা মতমদা হার ওইনা হনজিনবীরো।"

"ইরাং মতাসিদা ফংখিদ্রদি কমদৌবা?"

"করিসু কায়দে।"

"ফরে ঐ চৎলগে।"

শোন্থাংননা হায়য়রম্লগা চৎখি। মংলেমজাউগী ফজথোকপা মতৌ অদুনা থাবল্লেগী শক্তি পুম্বা মাঙহনখ্রমাল্লে। ইকাইবনা ওইরম্বসু য়াই, কৈনাহনবীদা চৎলগে তাকলমদে। কৈনাহনগী শাউমদুদা ওইবসু য়াই। ওইনীংবা অমা ওইসনু ফিরাল মমায় চুমদুনতা লাকখিবী মহাক্তু মশাগী ওইজবা খরা ফংলগা মায়থীরবা লাম্নীগুম্না হনগ্রে।

অমরোমদা মশাগী ওইজবা খরা শিংলগা লানঙম ফিরাল থেংপগী হৱাউ নুঙাইবনা থল্লবা মংলেমজাউনা লাউরকই,

"অবে, নমাদু ঙসিদি ঐগী চাক খরা য়াম্না হাপ্পু হায়য়ু।"

পেনজদবনা কৈনাহনবী খোয়শাউনৈ। মপুরোইবদা কন্না হায়জবসু ঙমজদে। মপুরোইববু নুং পান য়ৌনা খঙবীনী। মংলেমজাউসু পুম্নমক খঙই। নোকমি নোকমি নীংঙাইদনা লৈথোকই। মাগী মতৌনা কৈনাহনবীদা মৈচাক পীবা নত্তনা পেলহনবদি ঙমদ্রে। মচাশিংসু হনজিন্নরক্তুনা চাক ঈশিং হোৎনরবা মতুংদা তুম্নখরে। মংলেমজাউ তুমদে। ফমুংদা হিপ্লি হায়বগী ৱানী তূমদে। কৈনাহনবী থবক লোইশিল্লবা মতুংদা ফমুংদা চঙখি।

"সিদা লাউ।" তপ্না কৌরকই, চঙলক্তে।

"কৈনা" নমকৌ কৌরকই। মনা মনিল নাইহন্নীংদে অঙাংশিংগী মমাঙদা। চঙলকই তুং ওম্থোকই।

"সোমদা ওনশিল্লকউ।"

খাঙবোই করিবোই তৌই। লেংজুম পায়দুনা নমফুদা ওনশিনহল্লী।

ইঙক ঙকই। কৈনাহনবীগী থম্মোই অদুক হকচিন্না শোক্লমগনী হায়বা খল্লুদবনী। খঙলকই থম্মোয় শোকফম থোকই। সনা শাগনী খনজবা পৈশা অদুনা লৈখিবা হারনী। অদুদসু নত্তনা মথং মথং মাল চাং পুম্বা কায়বা লোইশ্লবদা অহলশিংগী নীংশিং খুদম ওইনবনী হায়না থমজরম্বা সনা মচাদু কায়খিবগী ইকাই নুংশি য়ান্নবা ৱারীসু লৈরি। চেংসু ফৌসু লোইখিবা য়াম্না ৱাবা মতাংদা মচা অতোম্বা নাশিল্লক্তুনা কন্না হায়জ নোনজরবা মতুংদা ফৌ লোক্লগা ফৌ ওইনা পীগে হায়দুনা থাবল্লেদগী লুপা লীশীং অনী লৌরুই। ফৌ ওইনা পীবা হায়বা ৱাফমদু য়ারবোই নীঙদুনা থা ফারবা ফাওবা শেন্দোই পীরুদে। নোংমা থাবল্লে লাক্তুনা য়ৌ য়ৌ তৌরে, খুদক্তা শিংদবা য়ারোই হায়দুনা। খরা লাউনখি। মীগী শেল পুরগা শিংনীংদবী চীনগনবী তাখি। নুমিত্তুমক্তদা মনাদা নপচরম্বা সনা অদু কায়থোক্তুনা শেন্দোই শেল্লেপ পুন্না শিংখি।

"কৈনাহনবী নঙনা পেন্দ্রিবা, ৱারৌরিবদু ঐ মুন্না খঙই। মদু পুম্নমক অশোনবা পুক্লীং, ৱাখল অমদি অপীকপা পুকচেলনা নঙবু পুদুনা চৎখিবননী। নহাকুম্বী অমনা অদুগুম্বা ফীবমদা লৈবা ঐ পেন্দে। পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইরিবা

পেন্থোকপা অমসুং ঙাকপী হৈবনী হায়বা অখণ্ড অহে কয়ানা থম্বীরম্বা ৱাফমসিদা ঐগী অচেৎপা থাজবা লৈ। নহাকসু লৈহন্নীংই, মরমদি নহাক ঐগী হকচাং তংখায়নী।" কৈনাহনবী খুমদে তুমিন লৈ। অচীকপনা মীকুপ খরদু লাঙ্গোই চনখি। অচীকপদু থুগায়দুনা মখা তারকই।

"নহাক ঙক্কা পুন্সিদা থাজদবা ময়াম অমা ওইদুনা লাক্লি। ঙসি ওইরিবা পুন্সি অসি ওইরক্কনী হায়বসি ইমা পাবুং লৈরিঙৈদা নোংমতা খনখিবা লৈবরা? অদুগা অমুক অচাউরম কাবী ইতৈমা থাবল্লেনা সুপ্নগী হার খজিক্তংগী নঙ-ঐগী থোঙজীন্দা লেপ্লগনী হাযবা থাজবরা? ঙসি ঐখোয়না মাগী মফমদা অচৌবা দান অমা তৌদুনা মাগী থম্মোয়বু জয় তৌথ্রবনী। ঐখোয় অনী ঙাকপীহৈবা, অখাঙকনবা অমদি পেন্থোকপা ঙম্বগী চাংয়েংদা মায় পাক্লে। অমম অঙান খাযরিবা মহাকসু উবীফম থোকই"

মতম কুইনা লোয়নরক্লবা মপুরোইবগী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দা খঙবা উবা ঙমদনা লোত্তুনা লৈরম্বা মঙাল অদুনা কৈনানবীগী পুক্লীং ৱাখলবু শেংদোকপীখি। নুঙাইবগী পিনা চোৎলবা মায়থোং মপুরোইবগী মথানুংদা লোৎচখি।

***

# অচুম্বগী শক্তি

সংসার অসিদা হিংলিবা মীওইশিং অসিগী মরক্তা হীরম খুদীংমক্তা নীংবা থুংলে হায়বা মীশক য়াওরমগদরা? ব্রাং চাউরবা ফুরা দলানগী মনুংদা মোল্লবা মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা য়াতারিবা অমদি মসিনা মহেল্লে, নীংথিরে, মফরে হায়বা পোৎশক কয়াগী মপু ওইদুনা অব্রাৎপা হায়বদু য়াওদনা হিংলিবা মখোয়বুরা নুংঙাইবা মীশক হায়রিবসে? চুমথাঙগী মখোঙবু কনানা মফমসিদা লৈরে হায়দুনা পুথোকপা ঙম্বগে? অতিয়াগী অরোইবা ঙমখৈ পুথোকপা ঙমদবগুম সমুদ্র ঈরোন্নুংদগী হেন্না লুরবা মীওইবগী পুক্নীং ব্রাখলবু কনানা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমগনী। ঐগী থম্মোয়নুংদা ওমদুনা লৈরিবা মৈগী চীং অসি করম্বা মতমদা পোকখায়রক্কদগে হায়বা ঐ ইশামক খঙজদে। পোকখায়বা ঙমদনা উং ওনখিবা নত্রগা ইশা পুম্বা চাকথেকখিবা মদুসু তম্বা ঙমদে। ঙসিদি সমাজ অসিনা ঐবু ইকাই খুম্নফম থোকপা মীশক অমনী হায়দুনা ঐগীদমক অব্রাংবা ফিদা অমা খাক্তুনা থম্লি। মোমোন্তা নোকপা মাইথোং, লূন্নপ তৌবা খোনজেল, চীংলেম্বা শকফম

অমদি মীপুম খুদীংমক্লা শোন্নরিবা আই:এ:এস অফিসার, ইমুংগী ওইহ্রিবা ফীবম কয়া অসিনা ঐবু নুংশিনা, কল্লক্লা শোন্নে হায়বসি ঐ খণ্ডদবা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা অবোক, ববা অমদি ইমুংগী মীওইশিংনা ঐবু নুংশিবীবা থাজবীবা কয়া অসিনা ঐগী অৱাৎপা অমত্তা লৈহন্দে হায়বা য়াই। ঐনা ক্লাস ফাইভ তন্নকপদগী ঙসি ফাওবা ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা মপান থোক্তবা ৱাকৎ, নিঙাই অসিবুদি ইমুংসিগী মীওইশিংনা অমদি সমাজসিনা খণ্ডবীদবগুম্না লৈরিবসিনা ঐবু পেলহন্দে। মেনখৎপা ঙন্নরোইদবা অৱাৎপা অমা লৈরিবোইতা খনহল্লী। অদুবু মরোল থোক্তবা থম্মোয়গী নিঙাই অসিনা মরম ওইরগা পুক্সিবু লৈখা তাহনগে খনবা মীকুপ অমা ফাওবা য়াওখিদ্রি। মদুমক্লা ঐনা ঙসি মীয়ামগী ইকাইখুম্নবা ফংলিবনী হায়বা য়াই। ঐনা পেন্দ্রিবসি কনাদনো? ববা, অবোক, ইমুং মনুং শাগৈ নাতে মরী মতাশিংদরা? নত্রগা ঐবু য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌবীরম্বী, ঐগী য়াইফনবতা খনজরম্বী, ঐবু হেক পোকচবী ইমাবুরা? ঐগী ৱাখল অসিদগী মহাকপু মীকুপ অমত্তং ওইরবসু লাপথোকহনখিবা ঙম্লবদি ঐগী পোত্থাফম খণ্ডদ্রবা থম্মোই অসি মীকুপ অমখক্তংগী ওইরবসু শান্তি ফংবা য়াই। ঐগী ৱাখল লাল্লে। ঐনা মাবু নীংশিংদবা শুকঙম ঙমলোই। নীংশিংবসিনা ঐবু নুংঙাইহল্লী। অৱাবসিনা ঐবু পোত্থাহল্লী। অদুবু মাগা ঐগা শেৎন-খাইনবা নুমিৎ অদুবুদি ঐনা নীংশিংদবা ঙমদে। খ্বাইদগী পামজদ্রবা নুমিৎ অদুগী থৌদোক অদুনা ঐগী ৱাখলদা লাক্কুনা তত্তনা ওৎলরি। মসিমক্লা ঐবু পিদোল্লবা অমনী হায়না ইশানা ইশাবু হন্থজনা খনজরি।

"ঐনা ফনমক য়াম্না লাল্লম্বা ওইরগসু নহাক্তী ঐবু ঙাকপীফম থোকপনী। হৌজিক্তী ঐ করি হায়গদবনো খণ্ডদে। জগৎ সংসার অসিদা লৈরিবা দন্দি পূম্নমক্তগী মসিনা মরোইরে হায়বা দন্দি অদু ঐঙোন্দা পীবিবদা ঐ করিমত্তা য়েৎচররোই।"

ঐ মীকপ খংথোক থোক্লকই। ইমানা কপ্পগী খোনজেল তারকপা মীকুপ্তুনী। করম্বা থম্মোয়গী অচেৎপা মরীনো, ফমুংদা থৈজুপ্না মায় কুপশিল্লগা পেন্না কপখি। ইমাসু য়াম্না কপখি। অঙাং ওইবগী হৌনশা ইমানা কপ্পদুদা কপখিবনী। অসুক য়াম্না নীংঙমদবা অমদি পেনজদবা মমা মচা লাপথোক্লবগী তাক্কক অমা নুমিৎ অদুদগী হৌখিগনী হায়বসি ৱাখলসিনা নোংমা ফাওবা খনখিবা লৈখিদ্রি।

"মতৌলৈবী, ঐনা নঙবু অসুক্কী মতীক থাজনা নুংশিনা লুনা খল্লম্বনী। অদুবু নঙগী নফমদা থন্নম্বা থাজবা পুন্নমক অদু ঙসিদি নশা নথন্তনা মাঙহনজরে হায়বদা নঙগী করি য়েৎনিংঙাই লৈরি? নহাক্কসু ঐবু মুন্না খঙফম থোকই। ঐদি চরক চহিং নাইবা পুন্সি অমদা শাংলবা মতম অসি নঙগা লেনমিন্নবা ঙমগনী থাজদ্রে। ঐহাক তরু তরুবা পুন্সি মরেন অদুতমক পাম্মী। ঐনা ব্রাফম অসি হায়বগীদমক নঙনা ঐবু ব্রারৌফমদি থোক্তবরা খল্লী।"

ববানা ইমাদা হায়খিবনী। নুমিৎ অদু ঐখোয়গী ইমুংদা মী য়াম্না তিনখি। ইমুং মনুং শাগৈ নাতৈ, ইমারোমগী মরী মতাশিং লোইনা শুনা তিনখিমাল্লে। কৈরোই লৈকাইগী মীয়াম অমসু কুম্মৈ য়েংবা লাকখি। ববাগী ব্রাফমদুদা কনানসু করিসু হায়খিদে।

"হায়বীরিবা ব্রাফমসিনা, ঐবু য়ুম অসি থাদোক্কনা চৎখ্রো অসিরা? মদুমক ওইবা তারগদি ঐবু য়ুম অসিদা লৈবগী হক সুকলৈমক লৈত্রবরা?" ঐবু পোকপী ইমা মীকুপ্তুদা য়াম্না পিদোনখি। মশামক্কী য়ুমদা লমলানবী অমা ওইখি।

"ইবেম্মা, নঙসে, করি হায়দোইনো খঙদে। নহাক্না ঐখোয় পুন্নমকপু চঙহাৎ হাত্তুনা...। ইমা য়াম্না পেন্দে। ঐনা নঙসে ইমৌনী খন্দবনী। ঐনা হেক পোকচবা ইচা নিংঙোলমক্কী খনজবনী। অদুগা নহাক্তী পুন্নমক অসিগী ওন্না তৈনবদা" অবোকসু য়াম্না কপখি ইমাবু পেনজদবনা।

"ইমাসু ঐবু...। নচা নুপাগী পুক্লীং ফাজিনবীগদ্রা হায়রগা অদুক য়াম্না লূম্বা পোৎলুম অমা নচাগী কোক্তা থোঙ্গৎপীনবা হোৎনবীরিবা করিগীনো? ঐসে ইচা লৈরবী ইপুরোইবগী মরুম থুপ্না হিংজরিবী অমনী হায়বসি খনবীদ্রিবা করিগীনো ইমানা?" নুমিত্তুদা ইমানা থম্মোয় শোক্লা কৎচখিবা ব্রাকৎ তাবীনবা কনাসু য়াওখিদবরা নীংই।

"মতৌলৈবী তাইবং মীওইবা ঐখোয়সে য়াম্না লানগল্লী। লান্দবা কনাবু য়াওবগে? অদুবু মদু পনখৈ অমা লান্ন চৎখিবা মতমদা সমাজদা অকায়বা য়াম্না পী। মদুমক্কনী চৎনবী, নীতি মীয়াম ময়াম থমদুনা কাহেন্না মনীং তম্নীংবা মীওইবগী লীচৎপু ফাজিন পুনিশিন্নবা হোৎনরিবা। নহাক্কী কা হেন্না নীংতম্বা মওংদুনা ঐ, ইমুং মনুং শাগৈ নাতৈ অমদি সমাজদা অকায়বা থোকহনখ্রে হায়বসি নহাকসু য়াফম থোকই। ঙাকপীবা অমদি মসিগী মহৈসু ঐ চপ চানা খঙই। অদুবু মসি

মফম, মতম অমসুং ফীবমগী মখা পোনফম থোকই।"

খনখিবা ব্রাখল, লৌখিবা ব্রারেপ হোংগন্দবা ববাগী চপ য়ুংবা ফিরেপ লৈজে হায়না উৎপা ব্রাঙাঙনী।

"হায়বীরিবা ব্রাফম অসি ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে। করিনো নীংবীরিবদু ময়েক শেংহনবীয়ু।" কপ্ল। কপ্লা ইমানা হায়রম্মী।

"ঐ নঙবু ঙাকপীবা ঙম্লরোই। নহাক য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবনা পুন্নমক্কী য়াইফবা ওইরগনী।"

ঐ স্বাই লাউরম্মী। মবমদি ববা ব্রা য়াম্না ঙাঙগন্দে। শাউগন্দে। হায়খিবা ব্রাসু পাক হেক হোংগন্দে। শাউরক্লবদি নুঙ অতেকপা শন্বা যাদবগুম্বনী। ইমাসু কপ্লা লেপখ্রে। মীকুপ খরা অদু পূমচীক চীকখি।

"ব্রাখলদুনা অদু য়ৌখ্রবদি ঐগী করি উপাইনো? ঐ খঙই, ঐনা হায়জবা পুন্নমক অরেম্বা ওইরগনী। ঐগী ব্রাকৎ তাবীনবা কনাসু য়াওররোই।" অচীকপদু থুগাইদুনা ইমানা হায়রকপনী। মখা শমথরকখি,

"নহাক্লা হায়বা পুন্নমক ঐ য়াজরগে। তৌবতবু ইবুংঙোদি ঐনা পুজখিবদা অয়াবা পীবিয়ু।"

"মদু য়ারোই।"

"অদুম্লা হায়বীগনু। ঐবু ইচাগা কায়নবগী অব্রা মৈশা লাংহনবীগনু।"

ইমানা ববাগী মখোঙ কোন্দুনা হায়জখিবা মীকুপ্তুনী ঐনা ঙসি ফাওবা কাউথোক্লবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনদুনা লাকখিবসী।

"করিনো নঙনা তৌরিবসে? নঙবু লৈক্রক্তগী চোংথোরকপরা? অসুক য়াম্না তোম্বা মওং উৎলিসি করিগীনো? লাউ, নঙগী করি ব্রাৎলি ঐখোয় লৈরিসিনী।"

ইমাবু পোকপী অবোক্তু খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রমাল্লে। করম্লসু ঙমগনী? করম্বা মমানা মচাগী মিত্তগী শিন্থরকপা পিগী ঈরিকপু য়েংদুনা লৈবা ঙম্বগে? ইমাগী মখুৎ পায়দুনা শ্রো শ্রো চিংখি। খোঙফম চেৎহৌদ্রবা ইমা অবোক্লা ঙমদুনা পুখি। ইমাগী মপাম কাংবুগা ঐখোয় ইমুং মনুং মরী মতাশিংগা খৎন চৈনবা লাউ খোংনবগী খোনজেন্না ঐবু মীপাইহনখিবনী। ইমাবু অরোইবা ওইনা "ইমা" কৌজবগী পাঙ্গল ফাওবা লৈত্রবা ঐনা লোন্না কপচখিবা মখোয় কনানসু

খঙবীখিদে। মখোয়গী চুম্বা লানবা, চৎনরোল ঐ করিসু থৌশারুদে। সুপ্নতগী ইমানা য়ুমসিদা ঐখোয়গা পুন্না লৈমিন্নবা অদুখক্তনী ঐনা পামজখিবা। অদুবু মতমদুদা ঐগী পুক্লীংগী অপাম্বা খঙবীবা কনাবু য়াওখিবগে? ঐগী ব্রাখলনা ইমাগী নুংশিবা অমদি নীংশিংবদগী নাথেদুনা চৎনবা হোৎনদুনতা লাকখিবনী।

"ইবুংঙো, বীপিন, ঙাইখো।"

ঐ স্বাই লাউই। ইমান্নবা ময়ামগা স্কুল ছুটি থারকপদনী। মতমদু ঐ ক্লাস টেন তম্লি। মহাক্লী। ঐবু পোকপী ইমাদুনী। পুস্নিসিদা মহাক্তবু লাইনীং ওইদুনা লৈজরকখিবা। মীকুপ অমত্তা ওইরবসু উবা ফংজরবদি স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংলবনী খনজরিবা মহাক অদুনা ইমাঙদা লেপ্লীদুনা নুংশিবগী অমৃত খিকপীরগে থৌরাংলকপা মীকুপ্তুদা ঐনা মঙোন্দা উৎখিবা হৌনদবা মওং অদুগী নীংঙমদবনা ঙসিদি ঐ পোখাফম খঙদ্রি। হাইফেৎ য়েংলম্বদগী হেন্না "ইমা" হায়না ফাওবা কৌবীরমদে।

"ঙাইখোনে।"

ব্রাহৈসিদগী হেন্না হায়বা ঙমদনা লেপ্তুনা য়েংহৌই শকফমসু য়াম্না ওল্লম্লে। ময়াঙসু খরা কংশিল্লম্লে। হংনিংখিবনী,

"ইমা নঙবু ঐগা কায়নবসি নুঙাইরিবরা? ইচা পুদ্রবদি চৎপা ঙমলোই হায়না খাঙদুনা লৈহৌদ্রিবা করিগীনো?"

পুম্নমক খনজবতনী। নীংজরিবা মহাক অদুগা উনবা মীকুপ অদুদা পাঙ্গল লৌশিং থৌনা পুম্বা শকউদবা শক্তি অমনা নমশিন্দুনা থম্বীপ্রে। মদু ঐগী অশোনবা ওইফম থোক্তবরা? মানা ঐবু নুংশিখিদে হায়বা ঙমলোই। মদুগী মতীক চাবা প্রমান ঐ পুথোকপা ঙমগনী। মমা খুদীংমক্তা লৈরিবা মচা নুংশিবগী থম্মোয় ইমাগীসু পাল্লী। মহাক থম্মোয় পান্দবী অমসু নত্তে। অদুগীসু মথক্তা মহাক্না অবোক অমদি ববাগী মফমদা চপচানা ইকাই খুম্নবা থম্মী। মদুমক্কনী ঙসি ফাওবা মহাক্না অব্রাবা কয়া তুমিন্না খাঙজিন্দুনা লৈরিবা। মদুমক নৎলমদ্রবা ইমাগীসু লৈজবী শক্তি পুথোক্তুনা মশাগী ফংফম থোকপা হক্কীদমক বাবগী মায়োক্তা থেংনরমগনী। ইকাই খুম্নবা অমদি নুংশিবদা য়ুম্ফম ওইদুনা পুম্নমক কখোক্লবী ওইখিবনী। ঐনা ঙসি ওইরিবা ফীবম অসি ওইরকপদা মহাক্কীসু চাউরবা থৌদাং য়াওখিদে হায়বা য়ারোই। ঐনা দিল্লীদা বি:এ: অহানবা তম্বা চহীদা থারকখিবা চিঠী ঙসি ফাওবা

মহাক্কী খন্না তাইবং কনা খঙহন্দনা লাত্তুনা থল্লি।

ইমাগী ইবুংঙো,

বীপিন, নহাক্কসু ইমাবু ব্বারৌই হায়বা খঙই। নঙগা কায়নবা মীকুপ অদুদা ঐ অৱা নুঙাই লৈত্রবা, মীনোক মৈশা লাংদবা মফম অদুদা তুমখুন তান্দুনা লৈখিবা য়ারম্নবনী। মদুগী থৌনা লৈখিদবা নত্তে। অদুবু অসুক য়াম্না নুংশিবা নঙগী ব্বাখল খন্নবা মফম অমা থম্মোয়সিদা চাউনা কন্দুনা থমখিবনা ঐ হিংবদা করিসু নীংহন্নবা ফাওখিদে। নঙগীদমক ঐ অতিয়াসিনা কীম্বুরক্তুনা ইকোকথকসিদা নম্বুরক্লবা ফাওবা খাঙদুনা লৈবা ঙমগনী। মালেমদা লৈরিবা মীওইবদগী হেন্দোক্তুনা অরেঙবা লেঙদবা পুন্নমক্লা ঐগী মায়োক্তা লৈখ্রবসু নহাক্লা "ইমা" হায়না কৌরকপা মীকুপ অদু ঙাইখিগনী। মতমদু ফাওবদং হিংবা ঙম্বখক্তনী ঐগী লাইনীং।

পুন্সিদা চৈথেং পীরকপা অৱা নুংঙাই থৌদোক কয়ানা নঙবু শেরান্নবা লম্বীদা পুখিবা তারবদি ঐগী থম্মোয় মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খিবা য়াই। পুন্নমকপু লাকশিনবা ঙমদুনা মায় পাকপগী পন্থুংদা মোমোন মোমোন্নবা নঙনা লেপ্পদু ঐ ঙাইখিগনী। নঙ অঙাং য়াম্না ওইরি। পুন্সি খোঙচৎ হায়বসি তিংখং তুম্বৌতনা থল্লী। পুন্সিগী মথৌদি লাম্থেংনবনী। মদুদা লানঙম ফিরাল থেৎপদুনী অফবা মীওইপোক হায়নরিবা। মদু অরায়বা থবক নত্তে। থোইদোক হেন্দোকপা গুন খরগী মপু ওইবা তাবনী। গুনশিং অদুগী মপু ওইহন্নীংই ঐনা নঙবু। খাঙবা কনবা, শাউদবা, পুক্লীং লাকশিনবা, ঙাকপী হৈবা, থৌজান হৈবা, ইশ্বরবু কাউদবা হায়বা গুনশিং অসিগী মথক্তা ইশ্বরবু কাউদবনা পুন্নক্কী অথোইবনী। মতম পুম্বদা মহাকপু কাউগনু। মহাক নহাক্কী লেঙদবা চৈশুনী। অবোক অমদি ববানা য়াদবা থবক পাঙথোক্কে কৈদৌঙৈদসু খনগনু। মখোয়বু মীরায়গে খল্লকপা মীকুপ্তা নহাক্কী থম্মোয়দা মমাবু নুংশিবগী মফম বিন্দু অমা ফাওবা লৈত্রে হায়না লৌগনি।

অরোইবা ওইনা অমুকসু হায়রি, ইশ্বরবু কাউগনু। ববা অমদি অবোক্কী মায়োক্তা লৈগে খক খনগনু।

*মচাগী য়াইফনবতা খন্দুনা লৈরিবী নমা*

মহাক্কী মপাউ অসি চহী কয়া হনজিন হনজিন পারক্লে। পাবগী চোকথবসু নাইহন্দে। ময়েকশিং অসিনা ঐবু মপান নাইদ্রবা সমুদ্র ইপাক্তা ইনীং তম্না ইরোইদনা শান্নরিবগুম ইশানা ইশাবু কাউথোকরি। পারিঙৈ মীকুপ্তা ঐগী অৱাৎপা

অমত্তা লৈতবোই নীংই। কয়াদা মচীন থৌরবা অশেংবা থম্মোইদগী থোরকপা শেমজিনবা অমত্তা য়াওদ্রবা মমা অমগী পাউদমখোন্নো। সংসারগী করম্বা মচানা অসিগুম্বা মমাগী অশেংবা নুংশিবা অসিবু কয়া কুইনা লৎনদুনা থম্বা ঙমগনী। ঐ হৌজিক মপানথোংগী মীৎয়েংদা ইথৌ পাঙথোক্লে হায়না লৌরি। অদুবু ঐনা খ্বাইদগী নুংশিজবী নীংজফমগী মশক ওইরবী ইমাবু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থৱানমীচাক, লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক্লা শাক্ষি ওইদুনা লাকখিবা মফমসিদা মশামক্কী য়ুমসিদা পুরকপা ঙমদ্রি। মহাক্কী মপাউ পুরকপা চে অসিগী মপান্না ঐগী অৱাবা খরমখৈদি কোকপগুম্মী। ইমাবু মফমসিদা পুরক্তুনা ঐখোয়গী ইরক্তা তিলহনবা হায়বসি ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌ ওইরোইদ্রা? অদুগা অমরোমদা হায়খিবদা হোংগন্দবা ববাগী ৱাখল অমদি অনীংবগী মায়োক্তা ঐনা লেপ্পা তারিবরা? ববাগী মফমদা ঐগী পুক্নীংগী ৱাফম অসি ফোঙদোকপা চুমলোইদ্রা? মহাক্কী মফমদগী ঐনা পাল্লিবা পাউখুম ফংবা ঙমদ্রবদি ঐনা চহী কয়া চঙনা শাগৎচরুবা আশা অসিনা কদোমদা?

লাক্লিবা তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঐগীদি মমল য়াম্লবা নুমিৎনী। লমদম অসিগী মীয়াম্না ঐবু ওকপগী থৌরম অমা পাঙথোক্কদৌরি। ইমাবু ঐগী হৱাউ নুংঙাইবা মীকুপ অসিদা য়াওহন্নীংবগী অপাম্বা লৈনা লৈনা ঐগী থম্মোই অসি অসুক্কী মতীক শোন্থরক্লে। অরৈবা থৌনা পুম্বা খোমজিন্দুনা ববাদা ফোংদোক্লবা কয়ারক হন্না হোৎনদুনসু ঐ মায়থীরে। অচুম্বগীদমক থৱায় থাদোকপা ঙম্বা ববাগী শক্তি অদুনা ঐবু পাঙদবা ওইহনবনী হায়বসি ঐ ইশানা খঙজরক্লে। চীঙজাউগুম লেঙদবা মহাক্কী থম্মোই, অরূবা লমচৎনা মপুং ওইবা ৱাখল্লোন, চৎনরোলবু ইকাই খুম্নবা, ৱাশক চেৎপা, থাজবা অমসুং নুংশিবনা মীগী থম্মোইবু জয় তৌবা মহাক্কী গুনশিং অসিনা ঐবু থৌনা ফনা মমাঙদা লেপহনবা ঙমদ্রে। কয়াদা খেন্নখ্রবা, ঐগীনা অপাম্বা ফংনবা অমদি থৌরাংবা কোক্লবা পাম্বে থিবনী। ববাগীনা চৎনরোল অমসুং অচুম্বা লৈখা তাখিদনবা হোৎনবদা অরৈবা পাঙ্গল থৌনা, শক্তি শীজিন্নবনী। ঐগুম্বা করিসু খঙদবা অমনা ববাগী অচুম্ববু মায়থীবা পীবা হায়বসি কৈদৌঙৈদা খক ওইথোক্লরোই। ঐ পুম্নমক খাঙলগে লেপ্লে। ঐনা মরম ওইরগা তরু তরু হিংজরিবা ববাগী পুন্সিবু নরক্কী কোমদা চিংথবা পামদ্রে।

***

# লৈগী মেলাদা কন্যা কৎপা

নোংমাইজিং নুমিৎনী। কাঙজেবুঙদা লৈগী মেলা য়েংবা চৎলুবনী। ঐদি কয়া চৎনীংদবনী। বোইনাও মমানা তকমনবদুদা নুঙাইতদুনা চৎলুবনী। লৈদা ঙাওবা মী ময়াম অমা লৈরিবশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনী। মতম অমদদি লৈগী মগুন অসি য়াম্না ব্রাংনা খল্লম্মী। হৌজিক্তী থোইনা থৌশারুদ্রে। বোইনাও মমাদি চপ চানা ঙাওরি। যাওরকপা শেলপুম্বা লোইশিনখিদৌরিনী। উপাই লৈতে। পামজবদি পামজবনী। খোয়দারুবসু চপ মান্নে। হায়রু লাকলুবকা য়াপোৎ নত্তে। মনীং খজিক্তং থুংদবদা পৈথোক্তুনা কৌবা ঙাঙবা নীংথি নুংঙাইনা খুল্লোইদৌরিনী। য়ুমগী নুপীনা ব্রারৌখিবা হায়বসিসু পুক্নীং লৈতাফম খঙদে। য়ুম পানমিন্নবগী মহাউ য়াওদবগুম্মী। মসিদবু নুপীদা ফু-চৈদুনা ওৎনৈরিবা কাংবুসিনা করম্বা

মখলগী নুপা ওইরিদৌনো খঙদে। শকচু খেন্নবগী মতুং ইন্না ব্রাখল-থম্মোইসু মান্নদে হায়বসি চুম্বজাৎনী। মখল মথেলগী লৈ মশীং থীঙমদে মেলা অদুদা থেন্দুনা থন্নন্নিবা। মীসু চীক্লা চায়নবা ঙমদে। লৈদা ঙাওবা মীগী মশীং ওখাক য়াম্বজাৎনী। হান্না লৈজরম্বা লমদমসিগী লৈ মখলশিংগী মথক্তা মপান্দগী পুশিল্লকপা ময়াম অমসু য়াওরি। মমাদি লৈ ময়াম অদু উবদা পুমঙাও ঙাওখ্রে। বোইনাও ইপা ইচাগা ফাওবা কাউরমগদবা মাল্লী। মানা মফম অমদা ঐখোয়না মফম অমদা। লাক্লবনিনা তুমিন্না মফম অমদা লৈবসু নুঙাইতে। কোইচৎ চৎতুনা লৈশিংদু য়েংই অমগী মথংদা অমা। বোইনাওসু অদুম ঐগা চৎমিন্নে। মমিৎ মচা অমা পাল্লবনিনা সিনা ফজে, সি ফজদে তৌদুনা অসুম চৎলী। মীগী গমলাদা ফজনা শাৎচবা লৈ থৎকে তৌরুবগী চৈরকপসু য়াওরকই।

"সোমদা লৈরিবা জুবাকুসুম অশাৎপা গমলা অসি ঐ লৌজখ্রগে। মমল কয়ানো?"

খোনজেলদুদা ঐ খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখিবা খঙহৌদে। ইতৎ তৎতনা তাখ্রবা খোনজেলনী। লৈথোক্তুনা য়েংলুই। চীংলেম্বা নুপা অমগা লেপমিন্নদুনা জুবাকুসুমগী গমলাদা খোয়দানা য়েংলিবীদু উরুই। মানী, মহাকমক্কী। শীলা। মতম অমগী ঐগী শীলা। কয়াদা শাংখ্রবা মতমনো ঐনা মাগী মব্রা মপাউ তারকখিদবা। কুইরবগী তুংসিদা চরাংনবা মীরক অসিদা থেংনররে। ঐনা নোংমা থেৎপিখিবা জুবাকুসুম ঙসি ফাওবা মহাক কাউরমখিরোই। মদুননি মহাক্লা গমলা অসিবু থৌওইনা লৈগে থৌরাংলিবসি, ঐবু হেক্তা কৌরসিরা? য়াম্না হংনীংই,

"শীলা নুঙাইরিবরা? ঙসি ফাওবা ঐবু ব্রারৌরিবরা?"

পুক্নীংগী ব্রা চীনবান য়ৌবা ঙমদে। মরমদি মথন্তা নত্তে লাক্লিবসি। মাগী অমদু শোয়দনা ওইরমগনী। চানজননা য়েংবসু ঙমদে। লোন্না লিফেৎ লিফেৎ য়েংই। কৌসিরা কৌরোইসিরা খনজানরিঙৈদা হরাউনা গমলাদু কোল্লগা ফৎ লৈথোক্লকই। মিৎচানরুরে। থম্মোয়গী মিহুন মপান নাইদনা চোংই। মহাকসু শোইদনা চোংলমগনী। মদুগী মমি মহাক্কী মাইথোংদা চপ চানা তারি।

মানা তত্তনা হায়খি,

"দাকেন, নঙগী শক্তিসি অঙকপনী।"

"কৈদৌরগেনে?"

"নঙ হেক উবগা ঐগী মিহুনসি দঙ দঙ হেক্তা চোংই।"

"কদাই, কয়াম কন্না চোংলিবা য়েংবীগে।"

"চরোদা, ইখৎ হেক খৎশিন্নরদনা।" ঐগী খুত্তু মানা ফৎ কহোকখি।

"হিংচাবা ওইনা উরজাৎলা শক্তাসিদা, চাথোকখিদৌবোই খল্লিরো?"

"হিংচাবা ওইরমদুনা চাদ চাথোকপীগ্রদি থম্মোয়সে ইংলনী।"

"এ! করিগী?"

"হো য়াম ব্বারে নঙগী ব্বাখল খনবদা। অঙাওবীদৌনা লৈদৌ শরুক ইশা পুন্বা নঙগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈচেলদুদা তিনজখিবনা ফরবা।"

"বা সিনেমা, ড্রামাগী দাইলোগনা কৈদৌরুনী। য়াম্না হৈরন্নিনে মান্নবা ঙাঙবদি। কনাদগী তম্লুরিবা?"

"নঙনা হৈহল্লিবা, নঙনা।"

"ঐদি তম্বীখিদেকো, ঐঙোন্দা তাইনবীরক্কনু।"

"তশেংবনী, দাকেন, নং যাওদনা ঐ হিংবা ঙমগদবা মান্দে। নঙগী ব্বাখল খন্দনা লৈবসু ঙম্লোই।"

"ঐদি ঙম্নিবো।"

"ঙম্নী, নঙদি, ঐবু কপহনবতনী নঙনা হৈবা। নুংশিবকা করিমত্তা খঙপোৎ নত্তে।"

মতৌ য়েংগে লক্করুবদুদা ফুক হৌগত্তুনা চৎখিগে তৌই। মাগী মতৌদুদা নুংশা থীবা ফাওরকই।

"হে, সুম নুংশিদুনা নতৌ য়েংগে ফাগী তৌরগা, অওই তাগে তৌইনে। মসিদি ফাগী হায়বদু করিমত্ত খঙদ্রবরা করিনো?"

মখুৎ পায়দুনা খামই। শাউরং পেরংননা ফমথরকই।

"শীলা নংনা শাউবসি য়েংলগা ঐনা অসুক য়াম্না পেনজরিবসি করিগীনো?"

"মীওৎপা ওইদুনা তৌরিনী।"

"ওন্নরে, নুংশিমন্দুনা তৌরিনী হায়গদবা।"

"উম নুংশিরম্নী।"

"অওইবনী শীলা নংসে ঐগী ইফমদদি পুম্নমক্নী।"

"অদুগীরা হেক হেক কপহল্লিদো?"

"নত্তদি।"

"চৎলসি, থেঙথ্রনী।"

মাগী ব্বাদু তাশিন্নদে। মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

"কৈদৌরগে?" ইকাই খাওবা ওইনা হংলকই।

"নঙনা য়াম্না পামজৈ হায়বা জুবাকুসুম ফজবা অমা শাৎলমদুনা হেক্লকই। করম্বা নাপদা চিনবীসিগে খল্লিবা।"

"ঐনা পামজৈ হায়বদি করম্না খঙলিবা?"

"নঙগী পুক্নীংগী ব্বাবু ঐনা খঙদবা হৌনবরা? ওনশিল্লকউসে, ওই থংবা নাপদ থেৎকে?"

তারমদাই ঙাঙ্গ্রানবা নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা শীলা ফজবা পুম্নমক্কী তুংনফম ওইখি। পাম্মুবনা মিৎনা কন্না ফাওবা য়েংবা পামখিদে।

"চৎলসিরা?"

খংপ্রেক খংই। বোইনাউ মমা ইনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। খুম্বা নংদ্রিঙৈ নোৎশিল্লকই,

"য়াম্না থব্বায় তাবা মাল্লী। অদুসু লৈখ্রসিরা?"

মাদি ঐগী মাঙদা খিন্দুনা লৈরিবা গমলাদু ঐনা পামদুনা য়েংলিবোই খনবজাৎনী। করম্নদি খঙগনী ঐদি ব্বাখল অমদা উংলুরে হায়বদি। নোংমতসু মঙোন্দা ব্বারী লীথোকখিদ্রি।

"লৈরোইসিদা। সুম য়েংলিবা হায়বদুনী। য়াববরা করি করি লৈরগে নঙবু?"

"য়াম্না লৈদেদা, মখল মঙাখক্তনী। অনৌবা য়াম্না য়াওদেদা।"

"অদুক কুইরিদি কৈদৌরুরিবা?" মফম মরাং খঙদনা হংজিল্লুই।

"অপাম্বা য়াওরিবরা হায়দুনা মফম খুদীং কোইচৎ চত্তুনা থিরুরিনী।"

লৈরকপা গমলাশিংদু গাড়ীদা হাপচিনবা লোইরগা গাড়ী থৌরমদাইদা থোংনাউদা য়েংথোকলুই। ঐখোয়গী গাড়ী মনাক্তা থারিবা গাড়ী অদুগী মনুংদগী শীলা য়েংথোরকই। মমাই লুকথখি। গাড়ী অদুম থৌরক্লে। অসুক নক্লা লাপথোক্লখিগনী হায়বসি থাজদে। মতম কুইনা উনদ্রবগী মতুংদা শকখঙনদবা লমলানবা লমলানবী ওইনখ্রে।

মী চিল্লবা পাউনা বাজারদনী। জীবন ওপ্টিকেলদগী থোরকপদা মথম্তা

লেপ্তুনা লৈরম্মী। নোকফেৎ তৌরকই।

"শীলা" ঙকচাননা কৌরুই।

"দাকেন"

"করি লৈরম্লিনো? কনাগা লাকই? নথন্তরা?"

"ইতোমতা লাকই।"

"নুঙাইরিবরা?"

"নুঙাইরমগনী খনবরা?" খোনজেল ওল্লী। কপ্লীংবা মাল্লী।

"নঙ ঐবু হৌজিক ফাওবা ব্বারৌরিমাল্লে"

শীলা খুমদে।

"মীনা উরগা ফজদে। মফম অমদা চৎসি।"

য়ানীংলমাল্লে তুংদা তপ্লি তপ্লি ইন্নরকই। অসুম লাকপনা অচিকপা লম্পাক অমদা কারদু খাল্লে। ঐখোয়নীমক ফমথৈ।

"দাকেন নখোয়গী জুবাকুসুম শাৎত্রবরা?"

"শাৎলি য়াম্না শাৎলি।"

"ঙসিদি পুরক্তবা?"

"নঙগা অসুম থেংনগনী খঙদবনা পুরক্লে।"

"অদুম্না হায়গনু। অতোপ্পা মপু অমগী নাপগী নাচোম ওইখ্রে হায়বীয়ু।"

"শীলা"

"মেলা চৎলুবা নুমিৎকী অহিংদু ঐগী মিৎ অনীমক উইশিল্লু য়াদনা নোংঙানখি।"

"অব্বাবগী অহিংদু ঐগী শরুক য়াওরল্লোই খনবরা? নহাক্কী লুহোংবা নুমিত্তা ফংখিবা অব্বা মৈচাক অদুগা চপ মান্নখি।"

"দাকেন, নঙনা অদুক য়াম্না নুংশিখঙদবা মীশক অমা ওইরক্কনী হায়বা ঐ থাজখিদবনী। ঐ নংবু তশেংনা ব্বারৌখি। ঐগী ব্বা নঙনা তাবীখিদে। নফমদা চঙজরকখ্রবী ঐবু নঙনা করিগীদমক লৎনবীখিবনো খল্লুবদা ঐ য়াম্না পেনখিদে। নঙনা অদুক য়াম্না পাঙদবা অমা ওইরক্কনী হায়বসি কৈদৌঙৈসু খল্লুদে।"

"চুম্মী, শীলা ঐ পাঙদবা ব্বাশক ঙাক্তবা হায়বদু ওইখি। মদুনা নঙবু নুংশিখিদে হায়না খনবদি য়ারোই।"

"নঙ তশেংনা মতমদুদা থম্মোয় পান্দবা মীশক অমগুমখি। ঐনা নঙবু নুংশিজরুবনা মরম ওইদুনা হকাই হকি পুন্নমক থাদোক্তুনা হখোংনা থোঙনা নঙগী ননাক্তা লাকখি। অদুবু নঙদি...।" হিক হিক কপ্পী। ৱা মখা তাবা ঙমদে।

"তোক্লো শীলা, নঙ-ঐনা মরম ওইরগা নখোয়গী হমুংনা ফংগদবা চোপ্পা হকাইবা অমদি শকখঙদবা লানজদ্রবা মরুপ অদুনা ফংগদবা হকাইবা, ঐনা হন্না হন্না হায়খিবদুনী। ঐনা মরম ওইরগা মীবু অৱাবা হপাক্তা লংথবা হায়বদু ঐ সুকপাম পামখিদে।"

"ঐগীদমক নঙনা করিসু খনবীখিদে নত্রা? নঙ য়াম্না ফত্তে। নঙ নুংশিবা মশক খঙদবা মীনী। ঙসি ঐনা ফংলিবা মৈচাক অসি নঙগীদমক্কী হায়বসি নঙ খঙফম থোকপনী।"

"ফরে তোক্লোসে। ঐ য়াম্না নীঙস্লক্লোইদৌরি। ঐ তশেংনা লানখ্রমাল্লে। নঙগী নফমদা ঐ লানখ্রবনী।"

"অসুক পেন্দনা হিংগদৌবগী শরুক ঐ শিরশিরা হায়না কয়ারক হন্না খনখ্রবনী। মদুমকসু ঙমদব ঐসে পাপ চেনবী ওইরবনী"

"শীলা, নঙ অদুম্না খক হায়গনু। পুন্নমকসি নঙ-ঐগী লাইবক্তা অসুম থোকউ তল্লল্লবনী। চৎলসি। বাজার ফাওবা থিনবীরল্লগে।"

"ঐগা লৈমিন্নবসি নঙোন্দা য়াম্না কায়রবরা? মতম অমদা অসিগুম্বা নুমিৎ কয়াদা নঙনা ঐগী খুৎ পায়দুনা খামখি। ঙসিদি নঙ ঐবু কিরক্লবরা?"

"অদুগী ৱা নত্তে। সমাজগী চৎনবী হায়বসু লৈ।"

"চৎনবী অদু অদা ঐ খঙদে। অমুক হন্না লাক্কনী থাজদ্রবা নুমিৎ অসি লেম্না মাঙহনখিবা পামদে। নঙগী ননাক্তা ফমখিনী। থম্মোয়গী পেন্দবা ৱাকৎ ময়াম অসি নঙগী নফমদা থমখিনী। নঙনসু তাবীফম থোকই। মসি ফাওবা তাবীররোই হায়বরা? তানীংফমসু থোক্কে।"

"শীলা"

মখুত্তু চেৎনা পায়শিল্লী। সংসারসিদা শীলা নত্তনা কনামত্তা উখিদে মীকুপ্তু। নুংশিবা, অং।ান্বা পুন্নমক্কী তুংনফম্নী খনখি। মাবু পুন্সিসিগী থাদোকপা ঙমগনী থাজরক্তবা মীকুপ্তুদনী। কদোমদগীনো খঙহৌদে। নুপী নুপা ময়াম অমা থোমজিল্লক্তুনা ঐখোয় অনীবু কোয়শিনখ্রে। ঐখোয়না হায়জবা করিমত্তা

তাবীখিদে। অথীবা খোনফম কয়া হৈথরকই। নোকশিল্লকই। সমাজগী মহীক্লী লাউশিল্লকই। য়ৌ য়ৌ তৌরবা মতুংদা ময়ামগী ব্বারেপ লৌই। কন্যা কংপা। খল্লুবদা কোকচাউবী কায়। শীলাদি ফুন্বংনখ্রে। মরোল ফাওবা থোকখিদরে। শ্বর হোল্লিবরা হোন্দবরা মফম খঙদরে। নুংঙগী মূর্ত্তি অমা খিনবগা চপ মান্নখ্রে। মেদিয়াগী মীওইশিং কৌরুরে। ইমুংনী হায়রল্লবসু খরা শা ফগদবা। অদুসু হায়হৌদ্রে ইপা পাখৎখিদুনা। অশেংবদু লোইনা হায়দোকখ্রে। মিংসু, লৈফমসু, পুম্নমক।

ক্লবকী সেক্রেটরীনচিংবা মীওইশিং, মৈরা পায়বী সেক্রেটরী, প্রসিদেন্ট থিদোক থিজিন, ঐখোয় অনীগী য়ুমদা পাউ পীথোক পিশিন তৌবদা ফনা থোঙদোকখ্রে। থৌদোক পুম্নমক আই:এস: টিভি নচিংবা অতোপ্পা লোকেল চেনেলশিংদা লোইনা উৎলক্লগনী। খঙদবা উদবা কনামতা য়াওররোই। ঐখোয় অনীমক তুম্পক তুম্পক তাশিন্দুনা ফমই। মীত্তা বোইনাও মমা শংশং উরকই। মানা ওইবমগদবা ফীবম খল্লুবদা ঐ কবিনুংগীনো য়ৌই। শীলাসু অদু মঙাই। ঐগা চপ মান্নে। মহাক মপুরোইবা অমদি মচা লৈরবীনী। নুংশিনরম্বা চান্নরম্বা হায়বসিনা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা থেংনরম্বা মরুপ্নী। অদুগা লুহোংদুনা য়ুম পানমিন্নরবশিংদি পুক্নীং হকচাং অমত্তা ওইখ্রবনী। পুম্নমক্লা শাক্তি ওইদুনা হক্লখিবা অঙৌবা কুন্দো পরেংনা থম্মোই অনীবু অচেৎপা কিশি ওইনা পুন্দুনা থমখ্রবনী। অসিগুম্বা অমঙ্গলগী মশক ওইরবা থৌদোক অসিবু কনানা থোকহন্নীংগনী। ফনা থেঙলে, য়ুম য়ৌবকান্দা। মীসু ফনা য়াম্না তিল্লম্মী। তিল্লিবা ময়াম মরক্তুদা বোইনাউ মমাসু অমনী। ঐখোয় চঙলকপা উবগা মহাক চেনশিনখ্রে। কাগী থোঙ গ্রম লাউনা থিংজিনখি। ময়াম চঙদুনা থোঙ হাংদোকহন্নবা হোৎনৈ। মায় পাকখিদ্রে।

"তৌঙম্বা-তৌঙম্বী অনীসি হাৎলগা ফরদৌনী। ঙসি ইচানা ফত্তনুংদা থোক্লদি নখোয় অনী হিংবগী ব্বা লৈত্রবনী খঙজৌ" ইনেমবোক্লা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা হায়রকই। মচা নুপীনা লোনশিনখ্রবা থোঙ অদু থীন্দুনা কপ লাউই কান্নখিদ্রে।

"নঙত হান্না হাৎলগা লোইরে।"

শীলা তম্না চেনশিল্লক্তুনা মশম ফোয়বা হৌরকই। ময়াম চঙদুনা খামদোকই। ঐনা চেনশিন্দুনা,

"বীনা, বীনাপানী, থোঙ হাংদোকউসে।"

হাংদোক্লক্তে কপ্পগী মখোন তাই।

"ঐ কনামত্তগী ব্রা তারোই। পুম্নমক চৎপীগ্রো। ঙসি ঐগী অরোইবা নুমিৎনী।"

"নত্তে বীনা মদু ওইবা য়ারোই। মদু য়ারোই বীনা, বীনা, বীনা।"

"মোইববা, মোইববা, কৈদৌরগে? তুম্লুরবরা? চাক লোইরে চাথোক্লসি।" ঐ ফুক হৌগৎলী। হরাউবনা লুতোন শাৎলী। মঙোন্দা মুন্না য়েংই।

"করিনো তাইবংদা ঙাইহাক্ত লৈতনা কৌবদু পেন্দ্রদুনা মঙ-হাদসু পঙকৌদ কৌবীরিদুবু।"

নোকমি নোকমি হায়রকই। য়াম্না হরাউজবগী মওংনী। নুপী ওইবীশিংনা পেনজবসি মপুরোইবনা লুনা চান্না তৌবীবদু ওইরমগনী।

"বীনা নঙসে ঐগী পুম্নমক্লী।"

"করিনো তৌখৎলকইসিনা? লাইওক্লরবরা? থেংগ্ননী চাক চাথোক্লুরসি।"

"বোইনাউদি?"

"মেলা য়েংলুবদুদা ব্রারমাল্লে তুমগ্রে। হৌদোকপীরুগে।"

"ঙাইখো।"

মখুদাং পায়রুই।

"চো মসিদি। তান চাদনা।"

নোকমি নোকমি চাকশংলোমদা চৎপ্রে। মঙদু নিংশিংলুবদা তু চুংলকই।

***

# সাহিত্যগী মনা

"ব্রাবনা মহানী, কবি মতৌনো? খ্বাংসে গে গে হেক লাউই। খরা খিৎ হেনমনখ্রে। ভাষন পীরিবনী হায়দুনা ওন্থোক্লা কুইমন শাংমনখ্রে। অমনা খবা ফগদরা খল্লী। চপ মান্নে। শাংবা তান্নবা ঙাক্তা। সাহিত্যগী মরমদা করিসু খঙজদবা ঐখোয়দি করিনুংগীনো য়ৌই। কোক্কাসে হ্ম হ্ম চীকপজাৎনী, লিন্না ওনবগুম ওন্দুনা খাঙই হায়বদু হেক য়ৌই।"

শেৎলু ইল্লুবা ফিরোলশিং অদু থুপচিন থুপচিন্না জান্ধবীনা অতৎ অখম লৈতনা ঙাঙলি। অইবশিংগী মরমদা মাগীসু মফম অমা কনবা ঙমজরে হায়না পুক্লীংদা চাউথোকপা পোকচরিবা কবি সনায়াইমগী লোয়নবীনী। ইচম চম্না ঙা য়োন্দুনা ইমুং পুনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবী অমনী জান্ধবী। সাহিত্যগী সংস্থান অমনা পীবা সাহিত্যগী মনা মপুরোইবনা ইবা শৈরেং লাইবিক "খম্নন চাউবী" দা হন্দক চহীগী ওইনা লাউথোক্লে। মনা পীবগী চীংলেন্নবা থৌবম অদুদা মাসু

য়াওদবা য়াদদুনা য়াওরুবনী। মপুরোইবনা ঙসিগী থৌরম অদুগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মীশক ওইরুবনা থৌরম অদু পুমলোই লোইবা ফাওবা য়াওবা তারম্মী। সনায়াইমা ফি হোংদোক্লবা মতুংদা ফক অমা থাদুনা মাঙ্গোন্দা হীপ্লি। যুগ কয়াদগী মঙজরকপা মঙলান অমা মঙফাওনবগী মমি মহাক্কী মাইথোংদা তাই। জান্ধবীদা হংলকই,

"ঐনা ব্রা ঙাঙবদু কমদৌই? তাবা ইয়ামক য়াদবদি ওইরম্লোইদা?"

"হো ফজেয়ে ফজেয়ে। খরা ঙাঙলগা কোক হেক তোক্কেসু হায়দে। অসুম কোথ কোথ ঙাঙদুনা লৈ। মীনা তানীঙলমনিসু খঙদে। তানিঙলম্লোইসু খঙদে। ঐনা মরোল অমা শোয়রক্কনী খনবদা পাখৎপনা হুমাং কাংই। নঙনা হায়খ্রিবশিংদু করি করিনো অমত্তা লৌশিনবা ঙমহৌদে।"

"নঙনদি অদুম্না হায়রিবা মীয়াম তিনবা মফমদা ব্রা ঙাঙবা হায়বসি লুখ্রপোৎনী। মতাং চাদনা পাক হেক লোইশিনবা য়াবা নত্তে। পুম্নমকসিগী মথক্তা নঙনা ইফ ফজখৈ মাঙদা হেক ফমদুনা লৈরে। নহানখৈ নঙদি ঐনা ঙাঙবা অমুক্তসু তাবা ফংজপোৎ নত্রি। ঙসি মতাং চারিঙৈদা ঙাঙহৌরগেসিনী।" ফাগী মতেক অমা হাপচিল্লী।

"হোয়, হোয়, ইবা হৈরবনীনা ঙাঙবসু হৈরে। ঐগীদমক ওইরসু মীগীদমকপু ওইরসু কৈসু কায়দে। নঙগী ফনবা হায়বীবগী ব্রানী।" কোচি থাংলপ ঙাঙলকই। সনায়াইমসু অরায়বা নত্তে। মরৌ চেনবা ব্রাঙাঙনী হায়বসি খঙই।

"কদাইদে কোচিনো কোৎশিল্লকইদুনা? হায়সু হায়বনী নঙ য়াওবদুদা ঐগী মিৎ ইথন থনবগুম নীংই।"

"পেনজরে খিৎ। নখোয় লাইরিক হৈবা হৈবী ময়াম মরক অদুদা ঐগুম্বা অমগী চন্নফমকা লৈপোৎনত্তেদা। চেনবা হিংদবগী য়াওরুবা হায়দুনী। ফুক হৌগত্তুনা চৎখ্রসিরা খল্লুরবনী। নমায় য়েংদুনা লৈবিবগী ব্রানী। লৈনিংদুনা লৈপোৎ নত্তে।"

"কদোমদগীনো ফৈজিল্লকইসিনা। মখোয় পুম্নমক্তগী নঙনা পুমহেন্নী ঐগী ইফমদদি।"

"উম হেন্দুনা ওইরিনী... কেথ কেথ হেক ঙাঙলদুনা শক্তাদুগা। অদুবু কনানো হায়বা?"

"করিনো? ঐবু ভাব অমা তাদ্রে।"

"থৌরম লোয়রকপদা, ঐ লৈরি হায়বা উদবমখে চেনশিনখিবদো।"

"কনানোনে? ঙসিদি ঐ অমগসু অমগসু ব্বারী শাই, নোকমিন্নে।"

"নোকমিন্নবা মওং চুমদবা, ময়ামগা মান্নদবী অমা য়াওবদো।"

"অদু তাইয়ে, ঐদি খঙদেবো।"

"অশংবা মচু শেৎপীদো।"

"ও, ঐ ভাব তারে। নঙনা হায়রিসি নম্বোলদগীনি হায়বা ইবেম্মা অমা য়াওবদু ওইরমতারে।"

"হোয় হোয় ইবেম্মদো, ইবেম্মদো।"

ফাগীরা নীংলম্বনী অহানবদা। জান্ধবীনা ঙাঙলিবদু ফাগী নত্রে হায়বা খঙলকই। সনায়াইমা অওইবা ব্বারীদু লীদুনা মাগী লোইনবীগী থম্মোয়দা লৈরিবা চিংনবদু লাপ্পা তাম্থোকখিনবা হোৎনরকই।

"করিনোহে ! মসিমা, শেরান তুরান হেক খল্লদনা হাকুম তেন্থাদা পাঙথোকপা সহিত্যগী থৌরম অমদা থেংনবনী। করি হায়রে মাগী মম্নিংদুবু হেক কাউই। ইবুংঙো কুমারদা হংলবদি খঙগদবনী। বার্ত্তন য়েন্থোকপগী থবক মানা লোইনা তৌবনী।"

"হুম, খঙলরোইহাসু খনজশারিয়ে। ঐসিবু লাইরিক হৈতে। অপঙবীনী, সিনী মখোয়না খল্লিসে।"

"অদুগুম্বা ওইদ পাদবা ব্বাখলদু খন্নুনে নংবো। মীগী নুপা লৈরবা নুপীদু শিনদুনা তোক্করনী।"

"কাইদাদু য়েংনীংলক্তবা।"

"ঐবু থাজদবা তৌনুদা, হৌজিকপু চহী মতাং অসিদা ইচাশিংগী মমাঙদা, ইমুংগী ওইরিবা ফিবমসিগা লাংফাং খল্লুবা য়াপোৎ নত্তে। নঙ পাপ পুজনী, ঐঙোন্দা অদুম্মা শেরান্নবা খল্লদি।"

মপুরোইববু কা হেন্না হকচীন্না চিংনবগী ব্বাফম নত্তে। নুংশা থীজবগী ব্বানী। খম্বনজরিবনী হায়বসু য়াই। মদু সনায়াইমাসু য়াম্না মুন্না খঙই।

"ঐখোয় অনীমক কান্নদবদা ব্বাথী ব্বারেম ঙাংদুনা লৈরে। ঙসাই ফংলকপা পোৎশিংদু লাইনীংথৌ লৈমরেন্দা অমুক্তা হান্না কখোক্লুচো।"

"করি করিনো সিদি?" ফমুং মথক্তা লৈরিবা ময়োমদু লৌখৎলগা হাংলকই।

"সাইটেসন, সাল অমা, শেল ওইনা লুপা লীশীং মঙা। ঙসাই মাইক্রফোন্দা লাউথোকখিদুদি। করি ব্রাখল খল্লিঁঙেদা তাহৌদ্রবা?" মতাং চারে খন্দুনা ফাগী তৌরকই সনায়াইমানা।

"মিৎয়েং, নায়েং চুমদবা কনা কনা য়াওরিগে হায়না কোয়না থিরিঁঙেদা তাহৌদ্রিবা।"

"য়ারে য়ারে, মখা তারনু।" তেনশিন্নবা হোৎনৈ। নত্রবদি ব্রাদু মঙোন্দা ওনশিল্লক্কনী হায়বসি শোয়দ্রবনী।

"পাখৎলরিনী।" ব্রা যানশিল্লকই। জাহ্নবী পেন্দবা খরদি ফাওবা মাল্লী। মখা শমথখ্রবদি অফবা ওইররোই খঙলদুনা সনায়াইমনা পুম্নমক নমশিন্নবা হোৎনরকই। ব্রাফম অদু অমরোমদা থৈরকই,

"নহান্দগী নঙনা ঐবু চন্নফম খঙদবা মীরেম্নী হায়দুনতা লৈবদু। ঙসিদি ঐ কনানো খঙলরিনিনে?" ফাগীগুম করেম্নগুম হায়রকই।

"হোয়, নশাগী ওইনদি কান্নবা, ঐঙোন্দদি মহাম তাই।"

ঙসিদি সনায়াইমা অরেঙ অরেঙ পুখরে লোইনবীগী মফমদা। মানা খনজরম্বগা খুমদোরকইবা পাউখুমদুগা খেন্নমনবদুদা ঙকচাননা হংলকই,

"করিগী মহাম তাগদৌরিবা?"

"করিগী তারোই। নঙগী ফংলক্লিবা খরসি ঐঙোন্দা মতেং ওইদৌসু নত্তে।"

"করিগী ওইদনী?"

"করম্না ওইদৌরিবা? লাইরিক অমা ইরিনেনা তৌরিদাইনে? অদু অমুক ফোঙগে হায়রক্লনী।"

"ঐনা তৌরিবা পুম্নমকসিদা নঙগীসু য়াওরিবনিনে।"

"পামজদে পামজদে, য়াওজনীংদে। চহী কয়ানো নঙনা ইমুং পুবা য়াওদবমখে লাইরিক ইরিনী ফোংলিনী হায়দুনা ঙাওদুনা লৈখ্রিসে। ইনাদ সনা মচেৎ অমা ফাওবা নপ্পা ঙমজদে। ইনম্মা রাধেখোয়গী তাদ মধুদি মীগী লৌশান উজবতনী। য়ুম শাবা য়াওবনে করিনে তন্দবনিনা কয়া কোম্না হিংলিবা।"

হন্দক্তি সনায়াইমা শাউনীংলকই। মানা করিসু লৈতে খল্লিবা মধুগা চাংদম্নবতা নত্তনা মঙোন্দগী হেল্লী হায়না মাগী লোইনবীমক্লা লৌরম্বসিদা থম্মোয় শোকই। খোন কল্লপ হায়রকই,

"মধুনা ঐঙোন্দগী করি হেল্লী। মানা শেল পায়বা হেল্লন্বদি য়াই। ঐঙোন্দা মীনা থল্লিবা ইকাই খুম্নবা অসিবু মানা ফংবা ঙম্বরা হা? শিবদা পুবা য়াবসু নত্তবা শেল অদুদি মানা শ্বর হোনবা লেপখিবা নুমিৎতা মাগী ওইদ্রবনী খঙঙু। মা অমা হিংলম্মী হায়বসিবু কনানা কয়া কুইনা নীংশিংবীগনী। ঐনা ইরিবা লাইরিকশিং অসিদি তুংগী মীরোল কয়াদা কান্নবা পীগদৌরিবা অশেংবা লন্নী খঙঙবরা?"

মীগী নুপাবুনা থাঙ্গৎপা মশাগীবুনা মশীং থাদবগী মওং উৎলকপা জান্ধবীবু জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা নমথনবা হোৎনরকই। মহাক য়াম্না শাউনীংলবনী। অদুবু য়ারিবমখৈ অশাউবা লাকশিন্নবা হোৎনৈ। মরমদি ঙসি অসি মাগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনী। ময়াই ওইনা কল্লপ তৌবা সনায়াইমগী খোন্দুনা জান্ধবীবু তুমিন লৈহনবা ঙমদে। হায়রকই,

"খঙদে, খঙদে, ঐখোয়দি হিংবগী লান অসি ব্রাবনা পন্দোম লোম্বমখৈ থেংনদুনা লাক্লবনিনা অতোপ্পা ব্রাখল খল্লুবা শংদ্রে। খরা কোম্না হিংবা অসিতনী লাইনীং ওইরিবা।" মখা শমথরকই,

"কনানো হরাউদৌরিনো। নোংঙানবা নংলোই। ঐনা হায়জখিদুনী, অমুক ফোঙগে হায়রক্লনী। কোন্নদবা অব্রাৎপদু ঐনা মেনখৎপা।"

অচুম্বা ব্রাফমদু হায়রকপা সনায়াইমা খুম্ফম খঙদে। অসুম লৈশিল্লবদি মওং তারক্লরোই খঙলদুনা ফুক হৌগৎলগা মপানলোমদা থোকখ্রে। করি করিনো জান্ধবী ঙাঙহৌই। মদু মহাক তারমদ্রে।

নুমিদাং পুং তরেৎমুক তাবগী অদুব্রাইদা হনজিল্লকই। জান্ধবী চাকশঙদা চাক থোংলি। সনায়াইমা লাইরিক পাফম কাদুদা ফক অমা থারগা হীপ্লি। মাসু খঙই জান্ধবীনা ঙাঙলিবদুদা অচুম্বা খরা য়াওরি। অদুবু ঙসিমকসিদা মহাক্কী লোইনবীদগী অদুগুম্বা ব্রাফম অদু তাগনী হায়বসি মহাক খক খল্লুবা লৈতে। মানা খনজরুবদি মমাংথক্তা শেল থুমগী মতাংদা খৎনখিবা লাউনখিবা কয়া, মাবু শেরান্ননা উখিবা কয়া অদু ঙসিদি মাগী অশেংবা মশক খঙবীরকপা মতমদা খরমখৈ শাফরনী খল্লুবনী। অদুবু পুম্নমক অদু ওন্ন তৈনখ্রে। মানা খনজরম্বা আশাগা ওইরক্লিবা ফিবমগা খরা ওন্নরকপদা মহাক চাক চানীংবকা অমত্তা ফাওখিদ্রে। মচাশিংসু লাইরিক পারি।

"জান্ধবী, জান্ধবী" কৌর কৌরদুনা রাধে চঙলকই।

"ঐ সিদা লৈয়ে ইনম্মা, চাকশঙলোমদা চঙবীরকউ।"

রাধে চাকশঙলোমদা চঙখি। জাহ্নবীগী চাক থোংফমদা ঙেক লাউনা ফমথে। থারিবা ফান্দুদা ফমদে।

"কমদৌরে ইনম্মা! ঐসু থোক্লককে খনবনী ঙমখিদরে থেঙদোকখিদুনা।"

য়েঙ্গাং থুম থাক্লা থাক্লা হায়রকই।

"ঙসিদি ঙা য়োনবা ওস্থোক্লা নুঙাইখ্রে। মনিতোম্বী ঐখোয় অনী লুপা চামঙা/ চামঙা য়েন্নে। য়ুম শঙ্গাবা অমগী ঙাসু পীরুই।"

"ঐদি অদুগুম্বা তানজাদুদী হেক্তা লিৎথহৌগদবনী। ঐগী লাইবকসিদি।"

"সে, সে, চান্দেল চৎপী ইচে ইবেমহলনা লুপা চনী পীরম্বনী।" পৈশাদু পুথোক্লুনা মশীং থীরগা পী।

"করিগীনো অদুখক্তা পীরল্লিদি লুপা চহুময়াখ্রে পীরক্কদবনী।"

"হয়েং হাপ্লগে ঙাসু কিলো কুন থল্লমদবা য়াদে হায়রম্বনী।"

"তৌরক্লদৌনী মাগী হৌনবী।"

"নঙ থোক্লকখিদৌবোই নীংদুনা ঙাইহাক ঙাইহল্লম্বনী। থোকমল্লক্ত্রবদুদা হনখ্রবনী।"

"কদাইদগী ইনম্মা ঐদি থৌরমদু ঙন্তা লোইগদৌবোই নীংই। অদুগাদি মমগে তৌরে। অমুক থোরক্কদবদু চাক থোংবগী মতম য়ৌরক্লদুনা অদুম থোরক্ত্রবনী ইনম্মনা থোকপা থোকপা ফনবা তৌজরম্লনী হায়না।"

"ইবুংঙোগী লাইরিক ইবগী মনা ফংই হায়বদু করি করি ফংলকই।"

"সার্টিফিকেট, হায়বরা করিনোমা হায়, চে মপাক অমগা, সাল, শেল ওইনা লুপা লীশিং মঙা পীরকই।"

"য়াম্না য়াম্বদি নত্তেদনা, ঐখোয়না তানজা চাবা থেংনরুরবদি থা অমদা তানবা শেল য়ৌদেকো?"

করেম্নরপ তৌবা রাধেগী ব্রাঙাংনী। মীগী অফ-নুঙাই উরগা মহৌশানা মহাক কল্লকপা ফাওগল্লী। ব্রা ঙাঙবা পৌরপ পৌরপ ঙাঙই। মীনা মঙোন্দগী হেল্লী হায়বসি কয়া য়ানীংগন্দে। জাহ্নবীবু মানা য়াম্না নুংশিবগী মওংদি উৎলগা হন্থরপসু য়েংই। মরম হায়ববু মাসু, মাগী নুপা মধুসু শেল থোকই। জাহ্নবীগীনা মথন্তনা ইমুং পুবগী মওংদা লৈ। সনায়াইমদি সাহিত্যদা ঙাওজবা মীনী। মধুগুম্না শেল থোক্তে। মরক

মরক্তা জাহ্ণবীনা রাধেদগী অব্বাৎ অপা হংই। পীরক্তনসু খক তোক্তে। অদুবু সনায়াইমবু তত্তনা হুল্লগা ঙাঙই। শূনীংদবা চন্দ্রকংনাননী হায়দুনা। ইমুংদা মাগা লাউনবনা লাউনবনী রাধেনা মপুরোইববু হুনবদুদি মবুক্লীংদা য়ানীংদে। হন্দক খবরদা রেডিওদা, টিভিদা সাহিত্যগী মনা সনায়াইবদা পীরগনী লাউথোক্লকপদা জাহ্ণবীনা তত্তনা ব্বারী শাজখিবনী ঙা য়োনফমদা। রাধেবু থৌরম য়াওরুসি হৌই। নোংমগী শেন্দোং মাঙগনী খনবগীরা নত্রগা হীরম অমদা মধুদগী সনায়াইমনা হেনখরে খল্লুবগীরা য়াখিদে।

রাধেগী ব্বাঙাং অদুগী অর্থ চপ চানা খঙবী জাহ্ণবীনি। হায়রকই মপা চানা ওক্লদুনা,

"হোয় ইনম্মা, শেল ওইনা য়েংলুরগদি মশীং থাবা য়াপোৎ নত্তেদা। অদুবুনে শেলগীতা খল্লুনু হায়বা মতাংসু অদুম লাকপজাৎনী। শেলদগীদি ইজ্জৎ সনমান্না য়াম্না হেল্লী হায়বসি ঙসিদি ননাউ চপ চানা খঙলে। ইনম্মসু থৌরমদু য়াওরন্নদি খঙদৌনী" নাকোইননা রাধেবু মমু য়ৈথৎলী।

"থৌরমদুদি কমদৌই?"

মানা হেনজল্লুবা য়াররোই খঙলদুনা হংলকপনী।

"লাকইবা মীশিংদুনা অচঙবা মী ঙাক্তা। মনিপুরগী অচৌ অশাং হায়রিবখৈ লোইনা শুরে হায়বা য়াই। মখোয় ববাদো কয়ামুক মগুন লৈবগে হায়বদু ঙসিখক্তদা খঙলকই। ময়ামদুনা পীবিবা ইকাইখুম্নবদু উরুবদা নহানমখৈ ঐখোয়না মাবু মশীং থাবীখিদবদু খল্লুবদা কয়াদি নীংঙমখিদ্রে। ঐসে মাগী লোয়নবীনী হায়দুনা ময়াম মমাঙদা শক তাক্লিপোৎনী। ইকপু ইকাইজৈদা ময়ামদুগী মমাঙদা" ঙসি জাহ্ণবীনা মপুরোইববু স্বর্গ পক্লা থাংগৎলকপসিদা রাধে ব্বা অমত্তা ঙাঙখিদরে। মরীক চুন্নবা পাউদমদু তুমিন্না তারি। মখা তারকই,

"মখোয় ববাসে ব্বা ঙাংবা য়াম্না হৈরন্নিপোৎনী। মীয়াম মাঙদা থোক্তুনা অদুম্না ঙাঙবা হৈরম্নি হায়বা থাজরুদে। মানা ঙসি ময়ামগী ইকাই খুম্নবা ফংলিবসি ঐগী ইপান্ননীসু হায়রিপোৎনী। মানা অদুম্না হায়রবনীনা ময়াম্নসু ঐবু থাগৎপীবনা মহা ওইখ্রে। তনজবনা ঐদি।"

"আসোমদা শেন্দোং করিমত্তা নাচুংখিদ্রমাল্লে হায়না ঐখোয়না ঙাঙনবদুদি মরম য়াম্না চাউনা লৈরন্নিজাৎনী।"

"কদাইদৈ শেন্দোং নীংশিংবা শংপোৎনত্তেদা। নহানখৈ ঐখোয়না হিংলল্লিবসি পঙহিং হিংলম্বা হায়দুনী। শেল চঙখিবা ময়ামদো পাম্মুবা অমত্তা পোল্লক্তে। হৌজিকসুনে মাগী ফংলক্লিবা শেলদো ইমুংদা অমত্তা শীজিন্নরোই। মথং মথং লাইরিক ফোঙহনখিদৌরিনী।"

"নঙসু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎকে হায়রকতৌমাল্লিবো নঙগী নতৌসিদি।"

"লাইরিক খরা তল্লন্নদি খঙদৌনী।"

"নঙনে অদোমদা ঙাওখিদুনা চরা হেনজনী।"

"করিগী হেনজরুনী। মদুগীসু থোকপা থোকপা।"

"অদো ঐখোয়দি কায়নগুমসিদা।"

"ব্রাগী ব্রা ওইনা হায়বনিদা। শুনোম্বা লেপ্পা য়াপোৎ নত্তে। ঐনা লেপ্লবদি মানা শাগৎচরিবা ব্রাখল করম্না মপুং ফাহনগদৌরিনো?"

"সৈত্য, সতী কোনশেংনী হায়বা হেক য়াই" অনীমক নোকমিন্নে।

"হৌজিকপু কদাই চৎখ্রিনো? মব্রা মখোল অমত্তা তাদে।"

"পঙলাপ লাপ্পা চৎথোকলম্লোই। চাক ঙাইবা ওইনা থোকখিবনী। হনজিল্লক্লনী।"

ঙসাই হাইফেৎ উংখৎনরগা থোকখিবদগী হনজিল্লক্ত্রি হায়না খল্লী জাহ্নবীনা। মরমদি সনায়াইমা তুমিন্না চঙলক্লগা মাগী লাইরিক পাফম কাদা হিপ্তুনা লৈপ্রবনী। চাক থোংবা হোৎনরিঙৈদা মহাক চঙলকখিবা জাহ্নবীনা উহৌদে।

"ইবেম্মা নঙনদি হরাউজরিবা, ঐদি নুংশা থীবিরিয়ে নঙগীদমক।" রাধেনা হিগায়ব্রা য়াওরপ তৌবা ব্রাফম অমা পুশিল্লক্লবা হোৎনরকই।

"কৈদৌরগে ইনম্মা?"

"মাদি মীয়াম্না শক খঙবীদুনা ইকাই খুম্নবীদুনা অসুম অসুম অব্রাংবদা কাখিনী। মফি নান্না হোংদুনা অদুনী অদানী চৎখিনী। নঙনা নোংজু নুংশা খঙদবমখৈ ঙাহিং মনম ব্রা ব্রা নম্বমখৈ কোইচেন চেনগনী। শেল তাল্লিবনী ইমুং পুরিবনী হায়দুনা। চেক্তুম চেকশিল্লু। হৌজিক্লানসে তৌঙম্বী য়াম্না লৈরবনী। মুনজখিনী।"

"মাদি অদুগুম্বা মীশক নত্তেদা। ঐনা মাবু মনুং মপান ফাওনা উবা ঙমই। খঙসু খঙই।"

জাহ্নবীগী পাউখুম্না রাধেগী হীগায়ব্রা অদু চন্নফম লৈহনখিদ্রে।

"হোয়দা লম হেল্লক্লদি পাত্তা পুথরগা ঙা ফাহনবা তাবা।" মখোয় অনীমক নোকমিন্নে।

রাধে চৎখ্রে। সনায়াইমা অঙকপা, হরাউবা, নোক্লীংবা ইয়ান য়ান্নে। মাবু মশক খঙবীদ্রে হায়না ব্বারৌরুবা মাগী লোয়নবীনা মশক মুন্না খঙবীরম্লবদা পোকপগী মহৈ যাল্লে খনজে। অনৌবা আশা কযানা মহাকপু নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউহনবগুমখ্রে। মীরোৎ অমগা চপ মান্ননা পাক হেক থোরকপসু ঙমদ্রে। অঙাংশিংসু চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইরগা মহৈ মহৈ তুম্নখ্রে। জান্ধবী থবক ইনখাং লোইশিল্লি। সনায়াইমা কাদুদগী তপ্পা থোরকই।

"হাইমা, মোইববা হল্লকপা কয়াম কুইবে?"

"ইচে রাধে লাক্লিঙৈ মমাঙদা।"

"কৈদৌবে লোত্তুনা লৈরিবা। ঐদি হল্লক্লিবোই নীংলুরে।"

"ব্বারীসু লোইনা তাহৌরে।"

"হায়মা, তনজরেদা।"

"মীঙোন্দা মাগী নুপা থাগৎপা য়াম্না হৈরল্লিজাৎনী। ঐদি নহানখে খঙলুদে। ঙা য়োনবগী শেন্দোংতা খল্লিঙৈদা অতোপ্পা ব্রাখল খল্লমদৌবা মাল্লুদবে।"

"থাগত্তদি। নত্রদি মাগী হৈনবী, শীধরক্লদবদো, ঐনা ইরায লায়না উবীরবা।"

"অদো ঐদি পাত্তা ঙা ফাবা চৎপদি ঙমজরোইকো।"

"নঙবু লাকপীয়ু হায়দে। নথৌসু নত্তনা।"

"ঐবু মশক মুন্না খঙবীবম্বগী ঙসিদি খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা মনা অমা পীবা তারে।"

করি মনানো হায়বদু সনায়াইমগী মিৎয়েংদুদগী জান্ধবীনা ফজনা খঙবা ঙম্মী।

"কান চাদনা মেল্লে লাংবা।"

"কনানা হায়রিবা?"

"চাক ইংথ্রনী চাথোক্লরো।"

লৈশি লৈথোন য়াওদবা ইচম চম্বা জান্ধবীগী ব্রাঙাঙদুনা মহাকপু ঙাওহনখি। ইচম চম্বী, শু-নোম্বা কনবী, মাবু মশক মুন্না খঙবা ঙম্বী অমবু ফংজরুবা সনায়াইমগী থম্মোই অপেনবনা পীক থনখি।

* * *

# ভুত শোইনাউ

"রমেশ, নঙগী তুম্বাদু য়াদ্রে হায়বীরিসিনী হৌজিক্তবু কদাইদগী ভুতপ্রেত তম্নলাইগী ব্না পুশিল্লকইসিনা।"

"অশেংবনী জীতেন, ঐ তশেংনা থেংনশ্রবনী। ঐসু হান্না করিসু থাজরমদে। নঙগা চপ মান্নে। হৌজিক ইশামক্লা থেংনরকান্দা হায়রিসিনী।"

রমেশনা ফাগী ফাগীদগী অওই তানা হায়রকপদুদা ঐনা করেম্নরপ হায়,

"এ: এ: করি থেংনরিবা? নঙনা ভুত থেংনরুবগী ব্নারীদু অমুক্তা লীয়ু। তাসি তাসি ভায় শান্ত, মাগী ব্নারী তাসি।"

"তাথোক্কদবনী।"

শান্তনা মঙক থুরদুনা হায়রকই।

রমেশনা মাগী ৱারীদু লীরকই।

"নুমিৎতু নোং য়াম্না তাই। থাশিরমদাইনী। নোং হাংবা ঙাইবদা খরসু থেংদোকখ্রে। ইনেখোয়দা চৎলুবনী। ইনেখোয়নদি নোং মরক্তুদা থামম্বগা ওইবগা মতমনগা ফত্তবগা চৎখ্রনু লেকখ্রো হায়বনী। ঐনা য়াদদুনা নোং খরা পাথরকপা মতাং য়েংদুনা ছাতিন অমা তুপ্লগা লাকখি। সুম লাকপদা ইপল তোলহলখোয়গী নাকন্দা হৌরিবা য়েনধৌ মরক্তা অঙাং অমা কপ্লগী মখোল তাই। ঐনা কনাগী কদাইদগী অঙাংনো হায়দুনা তোর্চ কাপশিন্দুনা য়েংই। করি অমত্তা লৈবা উদে। মওং অমনী হায়দুনা ঐ খোংথাং কনখৎলী। খোনজেল অদুনা ঐবু অসুম তান্নরকখি। ঐ কবম্না য়ুম য়ৌরকখিবা জ্ঞান তাখিদে। হৌজিকসু নীংশিংলুবদা তু চুংলিসিনী।"

"অঙাংদুনা খৌরি চরমকাদি মেৎলকখিদেকো?" ঐনা নোকহায়ননা হায়রুই। শাওনীংবরা খঙদে পাউখুম পীরক্তে। ঐনা মখা তারুই,

"থাইনা অহলশিংনা মচা মশুশিং ফত্তবা অরানবা লম্বীদা চৎখিদনবা ময়ুম ময়ুমদা ঙন্না হনজিন্নবা শেমজিন শাজিন্দুনা লীবীরম্বা ৱারীনে। অদুগা অমরোমদা হুরান চিঙ্গী তৌবশিংনা কনামত্তা অমম অথেঙবদা মপান থোরকপা ঙমদনবা শান্নবা ওইরম্বসু য়াই। নত্রনে শান্ত?"

তুমিন্না গ্লাসতা য়াওরিবা খরদু লোইশিন্নবা হোৎনরিবা শান্তদা ওনশিন্দুনা ঐনা হায়রুই,

"নখোয় অনীগী ভুত-নোংগী ৱা ঐ খঙদে। ঐনা খনজরিবা হায়ববু নিশাবন্দগী ইহৌ মুৎপীখিবা। পার্টি তৌজবদা নেনা-তানা অকি-অখং য়াওদনা ইনীং তম্না নেশা কাজবা ঙমজবা অসিতনী। অঙাং কপ্পবু, ভুত ওইরসু ভুত মচানী। ভুত পেতৱা মানা কপ্লগা করিগী কিজরুনী হায়বগে? করিসু কিবীদে। হৌজিক্কী মতমদা ঐনা কিবদি কোকচাবী কাংবুদুনী অমা খঙদে অমা খঙদে।" চানবদু খরা লৌখৎলগা চায়। করিসু থৌশা ৱাশাদে মরৈ য়েৎপসু নত্তবীদা য়েৎনরিবা ৱাফমদু ৱারোইশিন পুরক্লবা হোৎনরকই শান্তনা।

উপাই লৈত্রমাল্লে রমেশ য়ানীংদবগী মওংদা মঙক হাইফেৎ হাইরম্লগা গ্লাসতু মচীন্দা থাংগৎখি। ঐসু চপ মান্নে। খরা খরা পানবা হৌরক্লে। মখা চৎথনীংই। রমেশকী মকোক্তা লৈরিবা অমম্বা ৱাখল অদু কোকহনবা পামই। শম্না হায়রবদা ঙাঙনরিবা ৱাফমদু লৈখাই তাথোকপগা লোয়ননা ঐনা চুম্মী হায়বদু মখোয়দা

ময়েক শেংনা উৎপা পাম্মী। মখা তারুই,

"রমেশ, নঙ ঐনা হায়রিবসি য়ানীংদবা মাল্লী"

"খিৎ তোক্লোবা জীতেন।" শান্তনা খোন ব্রাংলপ হায়রকই।

"তোকপা য়াদেনে, ঐগা য়াম্না নক্লা লোয়নরিবা মীশক অমবু অন্ধবিশ্বাসনা খুদুম চনখিবা হায়বসি ঐ পামদে।"

"থাজদবা নঙ থাজরুনু। থাজবা মানা অদুম থাজসনু। নঙগী নথৌ করি লৈ?" শান্তনা ব্রাফমদু নমশিনখিনবা হোৎনরকই।

"তোকপা য়াদেনে, মকোক্তা চঙলিবা ভূত প্রেতসি তাম্থোকখিদবা য়াদবনিনে।"

"জীতেন নঙনা হায়রিদু করিনো? কনাদনো?" রমেশ খংশাউ শাউরকই। খরসু পাল্লবজাৎনী।

"শাউগৎখিনু, ঙাইখোনে।"

"য়াম্না অখঙ অহৈ শাবগী ব্রারো?"

"অখঙ অহৈ শাবা হায়দি। নঙসে নুঙগী যুগতা পোক্লল্লবদি য়াম্না চুনগদবনী।"

শান্ত য়াওরমদ্রবদি মরূপ কায়নরম্বা য়াই। মকোক কনবা, য়াম্না চনবগী কান্নবা মতাংসু য়াওরক্তবা নত্তে। মানা খামজিন্দুনা খোন খরা কনখৎনবা নত্তনা খুৎমক্তি থোক্লখিদরে। শান্তনা শুপ্নম তৌরকই,

"ব্রাফমদু অমুক হন্না পুথোক্লরকপা শুকয়া য়ারোই।"

পার্টিদু লোইশিনখরে মতাং অদুদা। শান্তগী ব্রাদি খঙদ্রে। রমেশ ঐখোয় অনী ফৈদু তারে। মানা ঐবু ভূত লৈ হায়বা ব্রাফমবু থাজহনবা ঙমদরে। হৌগৎনরকপদা পুং বারো খরা হেল্লল্লে। কিগনবা রমেশকী য়ুমদা তৌবা পার্টিনিনা অকপ্পা অঙাংনা মাগী মতুং ইন্নররোই। থৌশাগন্দবা শান্ত অব্রাং পাংখরে। কিগন্দবা ঐসু য়ুমলোমদা লাক্লে।

ঐসি মথোং কয়া চাগন্দে। অপুনবনা হেক হেক পুবদৌনা তৌই। ফমলে নুঙ, চৎলে নুংশিৎ হায়বা অঙাও-অফৈগী নুংশিৎ অমদি য়াওরি হায়না মীয়াম্না ঙাঙনবা ঐ ইশানসু খঙজে। মীনা ঙাঙনরিবদু অচুম্বা খরা য়াওবা মরম্না থোইদোক্লা শাওগেসু খল্লুদে। ইচেগা ইমাগনদি ঐবু ঙাঙবদা মহানী। ঐখোই ইমাগা ইচেগগী পুক্সিদা থেংনরকখিবা অব্রাবা ময়াম অদু খল্লুরগা পুক্সিসিদা মখোয় অনীগী

লমন শিংগদবা ব্রাংলি হায়না খনজৈ। ঙাওজরবসু, *মথোং কয়া চাদ্রবসু ইমাগা ইচেগা অমুক্তংদি ঐগী ইপান্দগী নুঙাইহনগে হায়বসি ঐগী লেংদ্রবা আশানী।* ইচন নুপী ফজবী খরা কেথোক মৌথোকই। ববা মশক খঙজহৌদ্রবনী হায়দুনা খরা লুমন্না তৌখিবদুদা মহাক নাওথোং হাপখিবনী। নোংমতসু মমিং কৌদে। ইবেম্মা হায়বদগী হেন্দে। হন্দক মেট্রিক থাদৌরিনী হায়না তৌরি। করম থোক্লগবনো খঙদে। ঐনসু ফজনা মাবু শেন্নবীবা ঙমদে। ইমুং পুরিবা ইমা অমদি ইচেগী মতেং খরতা ওইরবসু পাংবা ঙম্নবা হায়দুনা মাওদা প্রাইভেত স্কুল অমগী ওজা ওইরি। যুমদা লৈবা ফংদে। থা তরুক হেল্লম্লগনী, ঐনা যুমদা লাক্তবা, ঙসি থুংলবনী। ঐনা খনজরকপদি যুম হেক য়ৌবগা ফজনা ইরু মাইথজরগা বাজারদা মরুপ মপাং ময়াম অমা উনবা থোক্কে অসিনী। ওইথোকখিদ্রে। গাড়ীদগী হেক কুমথরকপদা রমেশকা শান্তগা থেংনৈ। ঐখোয় অহুমগী হৌনবী পুনখিবগা হান্নগী হৈনবী অদোমদা ওইনা চৎথরে। কুইনা উনরুদবগী হৌনবী, যুমদা ফৎ চংলগা পুরক্লিবা পোৎশিংদু থন্নুরগা থোরককে হায়বা য়াদে। চরাবুদি হেন্দ্রে। রমেশকী চাক শরুক অদু ঐখোয় অহুম চামিন্নরে। যুমদসু হান্না মাংজৌননা ঐ লাক্কনি হায়বা খঙহনখিদে। মখোয় ঙকপগা লোয়ননা ইমাগা ইচেগনা ঙাংথরক্কদৌরিনী, যুমদা হান্না চঙলমদে হায়না। ইচন নুপী মায়থকপীদুনা ইশক হেক উবদা চাতর ওফ দিমান্দ ময়াম অমা লানশিল্লক্কদৌরিনী। ফুরিৎ-খোংগ্রাও, অদু-অদা। মহে মশিং তম্বগী হীরমবু তুংওইনরগা অকে অমৌ ফিজেৎ লৈতেংগী ব্রাফম্না খরা মরু ওইনা লৌজবীনী। খরা চৈরুনী, অঙাং ওইদুনা তৌরিনী, জ্ঞান তারক্কান্দা ফজখিনী হায়দুনা ইমানা কনখৎকনী। ইচেনদি মাবু মী ওইনা ঙাংদবনী। মানসু ইচেবু খুনুং চঙবী হায়রিবনী। নহান অমুক মমাঙদা ঐনা ছুটি নুমিৎ তরানী যুমদা লৈরম্বদুদদি তাৎ ওইরিবরা, অশেংবা ওইরিবরা ফনা জ্ঞান তাবগুম খল্লী। মাগী কাদগী হেন্দোক্তবমখৈ লাইরিক পাহৌই। তৌববুদি ক্লাস টেন কারকপদুদা লাইরিক তম্লীংবা, পানীংবগী ইথিল ফাওরক্লবজাৎনী। ঐসু মওং অমনী। নুমিৎ তরানী যুমদা লৈবদুবু ঙাইহাক্তা ওইরবসু করি ব্রাংলি, করম্বা মওংদা লাইরিক পারি হায়বা য়েংশিনবা ঙমখিদে। পার্টিনসু কয়াদি কুংখ্রে। নোংমতা লেপ্তে। অদুবু মানা জ্ঞান খরা তাহৌবদুদদা নে-না তানা মাওদা লৈবা ঙমখি। ঐ মাওদগী হল্লকপদগী যুম চংলুদ্রিবনী। পোৎ চৈ ফিরোল য়াওবা বেগতুসু রমেশখোয়দা

কাউথোক্লম্লে। নোং থিংলি থিংলি চুবগা, থামম্বা অহিং ওইবনে, মতৌ অমা ওইখ্রে। পুন্নমক তুম্নরম্লগনী। অহিংসিদা হৌদোক্লুবদা ইপা পাখংনগদবদু খন্না খন্না পরপ পরপ চংলী। কদোমদগীনো খঙহৌদে, নৌরিবা অঙাং অমা লাক্লা লাক্লা কপ্পা তারকই। রমেশকুম্না কিবগী ব্রাখল ঐঙোন্দা ফাওরমদে। খুল্লক্তা কনাগুম্বী মমানা নুংঙাইনা তুমথখিবদা অরাম খৌরাং পোক্লবা মচানা কপ্পা ওইরমগনী হায়না য়াম্না য়াংনা খল্লী। মাঙদা অসুম চঙশিল্লিবা মতীক খোনজেল অদু অসুম অসুম নকশিল্লকই। কদোমদগী ব্রাখলনো ঐগী ইফমদা অমুক্তা লাকখিদ্রি। ঙসিদি ঐ রমেশকী মফমদা মায়থীবা তারিবরা?

করিনো শকউদবা পোৎশক অমনা ঐগী খোঙ অনীমক ফাজিনখিবগুম তৌই। কিবা ফনবা ইশৈ মতেক অমা ঙংলুই। ঙংজবগী ব্রানী সুর অমত্তা য়াওদ্রে। লৈরোই লৈফাই ইচল চল্লী। রমেশ অমদি শান্তগী মমাঙদা থৌনা অদুক য়াম্না ফখিবা ঐনা মীৎকুপ্তুদা ওইরক্লিবা অহোংবা ফীবম অদু করিনো হায়বা ইশা ইথন্তা ফাওবা খঙজবা ঙমজদে। করম্বা শক্তি লৈবা পোৎশক অমনা ঐগী ব্রাখলবু অসিগুম্বা ফীবম অসিদা লৈহনখিবনো হায়বদু থিদোক্লবা ঐঙোন্দা পাম্বে অমা ফাওবা লৈরমদে। ঐগা মতম খুদীংমক্তা লোয়নবা তের্চ লাইট অদুসু ঐগী ক্বাটরদা লৈহৌরে। মদু য়াওরম্লবদি খরসু ফগদবনী। পুক্লীংদদি চপ যুংনা লেপ্পী, থৌনা হনবা য়াদে। ঐবু অকিবনা লাকশিনখিদনবা লৈজবী থৌনা লৌশিং, ব্রাখল পুথোক্নুনা হোংনৈ। বীজ্ঞানগী যুগনী। তৌগেতা ঙম্বা। ওইহন্নীংবা ওইহনবা ঙম্বা। খনজবগী ব্রানী। হুমাং অকুপ্পী কাবা হৌরকই। নাকোং মেনশিন্নীংবা হায়বদু য়ৌই। মখোন অদু হেন্নে হেন্না কনখৎলকই। নাকোংতনা তারিঙৈদদি ফৈ। মিত্তসু করিনোমা উরকই। মুসুক মুনা মী অমা ফম্বা মাল্লী। হূই ওইরিদ্রা? মীদি ওইরমফম থোক্তে। মতম চাদ্রে। ওইরম্বসু য়ারি ঐগুম্বা মথোং হুক্তবা থেংনা পার্টি তৌরুবা। মোরোক শারিবী থাকপা হোটেলগী য়েনথোংবা চারুবদগী শোরোক মচিদুদা হকচাং শেংদোক্লিবা ওইরম্বসু য়াই। ব্রাখলসি খল্লুবদা কিবা খরা ফখিদুনা থৌনা অমা লাকপগুম তৌই। অঙকপগী মথক্তা অঙকপা তুজুংবা অমনী। লাক্লা লাক্লা কপ্লিবা খোনজেলগা ইরোইননা মী অমা অনী মুরুম মুরুম শোনবগুমসু তৌই। শারোই-ঙারোই তিল্লিবা হায়দুরা? মদুসু মফম মতম চাদে। লৈরক মরি ফাংবসু নত্তে। লমতাগী অহানবা থাংজসু নত্তে। খরা খরা লেঙবগুমসু তৌই। ভূত শোয়দনা

ওইরমগনী হায়না খল্লুবসু তৌদে। অদুবু ঐঙোন্দা করিনো মফম খঙদবা অকিবা অমদি অদুম ফাওরে। মনাক্তা চংশিল্লুই ঐ স্বাই লাউই। লব্রাই শম চপ য়ুংই। ফম্বা মাল্লম্বা পোৎ অদু খংব্রাং ব্রাংখৎলকই। লেংজুমদা থক ইল্লকই। "ইমা" লাওখিবা অদু খোনজেল থোকখিবরা থোকখিদবরা জ্ঞান তাখিদ্রে। জ্ঞান তারকপদা সরক মচিদা লোংনা হীগুনা লৈরম্মী। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরম্লে। পুং কয়া তারবনো খঙদে। ঘড়ীসু তাহৌরমাল্লে। য়াওরমদ্রে। ফুক হৌগৎলগা খোঙলৈ থুনা য়ুমলোমদা চৎলে। ইমাখোয়সু হৌগৎনরমলে। ইচেনা থোং হাংদোরকপগা ঐনা দারী কাখৎপগা মপা চানরুরে। মহাক ইঙক ঙকই, হংলকই,

"হাইমা, ইবোচৌবা নঙ করমকান্দা লাকই?"

মখোয়না ঐবু ইবোচৌবা কৌই। নোংমতসু মিং ফান্দে।

"ঙরাং নুমিদাং ব্রাইরম থুংলৈ। রমেশকা শান্তগা থেংনদুনা...।"

মখা তাবা নংদে। ইচেনা শাউনা হায়রকই,

"থক-চাদুনা ঙাওরুরি ওইরিনী। নখোয় অহুম অসি পুনবা সুকয়া হেক য়াদবনী। অঙাওবা ঙাক্তনী।"

মখা তারমদনা ইমুংদা পরপ পরপ চঙলে। ইমাদু করিনোমা থিদুনা লৈরম্মী। ঐ চঙলকপা উবদা ঙকচাননা হায়রকই,

"হায়মা ইবোচৌবা করিনো তৌরক্লিসিনা !"

"হো য়োংশুবী মখোঙ অহুম অদু পুনব্রদি সংসার পুম্বসি পুমকাউনী। ঙরাং থুংলরিনী হায়য়ে।" ইচেনা হায়রকই।

"ইচাশা খঙদ্রেদা নখোয়সে জ্ঞান তাখিদ্রে। ইমা ব্রায়নে নখোয়গী খনবদা।"

মনীং চঙলুরগা চীন শেংদোকপা লোইরে। হংলুই ইবেম্মা হৌগৎলকপা উদবদুদা।

"ইবেম্মদি হৌগত্রিবরা? অহিং থেংনা লাইরিক পাবরা?"

"কদাইদগী লাইরিক পাবনো? দ্রিপ য়ান্দুনা লৈরিসিনী" ইমানা খুম্বা নংদ্রিঙৈদা ইচেনা শাউরপ খুম্লকই।

"করি তৌরবা?"

"মশা ঙমদদুনা লৈবা কুইরে। পরিক্ষা থাবা য়াওবা ঙমগদৌরিবা ঙল্লোইদরা খঙদে।" ব্রাফমসি হায়রগা ইমা মপি লোন্না তৈথোকই।

"নহান্না ঐঙোন্দা পাউ পীরকপা য়াদ্রা?" ব্রারৌরপ তৌই পুক্লীং।

"নচেসু ঐসু লৈরি। অদুগীসু মথক্তা নঙগী কোকসু শাহন্নীংদে। নথৌসু কায়হন্নীংদে।"

"ডাক্তরনা করি হায়রিগে হৌজিকপু?"

"কৈসু তৌররোই। থবক অকনবা শূবা, লাইরিক য়েংবনচিংবা য়াখিরোই হায়রি নুপীগী ঈনুংশিৎ শেংদবগী অনাবনী। তপ্না তপ্না ফগৎলক্কনী হায়। অদুনসু নঙোন্দা হায়রক্রুবনী।"

ইবেম্মগী মনাক চঙই। ঐবু উবদা মপি শীন্থরকই। নিংশিংলকই থা তরুক্কী মমাঙদা ইরাঙত লাঙবা মকে শেমদুনত লৈবা মানা ইরুজবা চাবা-থকপা কাউবমখে মাগী কাদা ফমুং মথক্তা লাইরিক্কা য়াওন্নদুনা লৈহৌবদো। করিগীসু কপ্লোই। ঙসিদি পরিক্ষা থা অমখক্তা ঙাইরক্লবা মতমসিদা মহাক লাইরিক পাবা য়াদ্রে।

"মতুং অমু৷ লৈরিসিদি। হীদাক চারগা থুনা ফরদৌনী। করিসু খল্লুনু।"

মকোক্তা নান্থবীদুনা থেমজিনবী। ইমাসু কপ্পুরমাল্লে মমাই মমিৎ ইপোম পোম্মী।

হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা থবক নোন্নিবী ইচেগী মাইথোংদা অশাউবগী মমি তারি। মহাক ঐগী কাইদাসিদা খরা ব্রারৌখ্রমাল্লে। তপ্না ইরাল লৈরবা মীশক অমগুম তোন্থনা মনাক্তা লেপ্লদুনা হায়রুই,

"ইচে, ঐদি হান্না য়ুমদা চঙলুখিগে হায়জবনী। রমেশকা শান্তনা য়াদদুনা রমেশখোয়দা সুম ফম্বদগী...।"

"খঙলে, ওক্লে তোক্লো। নখোয় নরিন পানবা অমত্তা য়াওদে। হোয়য়া ফবা ঙাক্তনী। মীশোং খাঙবা ঙমদদুনা...।"

"য়ারে, য়ারে, হৌখ্রদি হৌখ্রেদনা। মখা তানা ঙাঙনরনু। অঙাং মশা নুংঙাইতবসিদা হেন্না নুংঙাইখ্ররোই।"

ইমানা ইচেবু মখা তাহনখিদ্রে। নৎলমদ্রবদি মাগী মচিংদু হৌরক্তুনা ব্রাথী ফনা য়াম্না চারমগনী। ময়েক শেংফাওবা ব্রাহে খরা ঙাংদুনা চাকশঙদা চঙখ্রে। হাইফেৎ তাহৌবগুম তৌই।

"শিখ্রদি ব্রাই শংলনী।"

তশেংবদি ইচেসে অব্রাবা পোৎলুম পুমন্দুনা ব্রারমাল্লে। পলহৈদবা ব্রাহে

মচিন্দগী থোরক্লে। পাবুং লৈখিদবা মতুংদগী ইমাগী য়েৎকী পাম্বোম ওইদুনা লাক্লবনী। মথোৎ কারকপগী নুংঙাইবা পুন্সি মরেন অদু মহাক খঙদ্রবনী। মহাক্না হিংলিবা পুন্সি মরেন অসি ঐখোয়গীদমক কৎথোক্লিবনী। পুন্নমক অসি খঙনা খঙনা মথোং হুক্তবা থবক তৌরুরবদি ব্রারৌবা হায়বসি হৌনশানী। হীদাক অব্রাৎ অপা হংবদা অমত্তা ব্রাত্তরে হায়বদগী য়াওরকপা খরদুদগী ঐগী খরচ খাইদোক্লগা অতৈদি ইমাদা শিন্নরে। চা থকপা ওইনা বাজার থোক্লুই। তশেংবদি চা গ্লাস অমা থক্লগা নুমিদাং তুমহৌদবগী অব্রাৎপা শরুক অদু অয়ুক্তা মেনখৎকে খনবনী। ইবেম্মগী অনাবা, ইমাগী পুক্লীং শোন্থবা অমদি ইচেগী ব্রাবৌবদুনা তূম্নীংবা ফাওহনখিদ্রে। অহিংদা ঐনা থেংনরকখিবা অকি তুজুংলবা থৌদোক অদু ফাওবা তম্বা ঙমখিদ্রে। বাজারদা কুইনা উনখিদ্রবা ইমান্নবা অমা থেংনৈ। হোটেল চঙদুনা চা থকমিন্নরুরগা থোরকপদা রমেশ থেংনৈ। অহিংগী থৌদোক্তু খংনীং নীংশিংলকই। রমেশ উবদা ইশা ইথস্তা ইকাইবসু ফাওরকই।

“জীতেন ঐখোয় অনী থবক অমা চৎমিন্নরুদবা য়াদ্রে।”

“কদাইদনো, করি থবক্লো?”

“ইচেখোয়দনী।”

চা থকমিন্নরম্ব ইমান্নবা অদু লৈহৌরে। লম্বীদা চৎনা চৎনা মানা হায়রকই,

“ঐখোয় অনী পুলিস ষ্টেসনসু য়ৌরুবা তারি।”

“করি লৈরগেনে?” ঐনা চিংনরপ তৌনা হংই।

“জাৎ জাৎনী শিবু শিদ্রবদি মখল মথেলময়াম অমা থেংনরকই। ঙসাই অয়ুক্তু পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা দাগ বাঙ্গলা নাকলগী সরক নালাদা হুন্দোক্তুনা থনম্লে। ঐখোই ইচেদু অঙাং লৈতেদনা, নঙনা খঙলিদুনী। মানা য়োকচরনী হায়য়ে। অঙাংদুদি হান্না পুলিসনা পুখ্রমাল্লে। মদুগী চেনথোক চেনশিন তৌনবা ইবাইনা ঐবু লাকউ হায়রম্বনী।”

“ইচেগা ইবাইগনা খল্লিদুবু করিনো? হৌজিক মতমগী অসুক কন্না ঙাঙনরিবা, লাউ খোংলিবা ময়াম অসিবু তাদবরা?”

“ঐনসু ফনা য়াম্না হায়রবনী। শিখাঙ খাঙব্রে।”

“হয়েং মওং তাদবা ওইরমদুনা লম্মখাংদা...।”

ঐখোয় অনী পুন্না কোয়চেন চেনমিন্নরে। মেনবা য়াবা মেল্লবা মতুংদা অঙাং

অদু ইচেদা শিন্নরক্লে। হরাউজবনা ইচেদি মমিত্তগী মপি তানা কপ্লী। য়োকসু য়োক্লীংগনী। অফ ফত্ত ব্রাখল পুম্বা কাউথোকই। উরুবা খুদীংমক্কী থম্মোই জয় তৌবা ঙম্বা মগুন অমা অঙাং অদুদা য়াওই। মখোয়গী থবক্তু লোইশিল্লবা মতুংদা ঐ য়ুমদা হল্লক্লে। ইথন্ত সুম খল্লুবদা নোক্লীংবা, অঙকপা ফাওরকই। ঙরাং অহিং ঐবু অকি তুজুংবা পোকহনখিবা, জ্ঞান মাঙহন্দুনা সরক মচিদা তাহনখিবা ভুত শোইনাউ অদুনা ঙসি নোংঙাল্লকপদা ঐগী থম্মোয়বু জয় তৌখ্রে। মাবু নুংশিবনা ঐগী ব্রাখল লাঙতক্লহনখি। য়ুম য়ৌরে। থোঙজিন কানশিনবদা ঙা অরৌবগী মনম তারকই। অঙকপা থৌদোক্লা পুক থনগত্তুনা লৈরুরবা ঐসে মনমদু তাবদা চাক লাম্বা ফাওরকই।

থোংজিন হেক কানশিনবগা চাকশঙদনি, ইচেগা ইমাগা উংখৎনরম্মী খোন্দি কয়া কন্নদনা।

"ফরে! হৌজিক্তী! নচানুপী শকহেনবীসিগী মচাদুগী ব্রারীনা লৈবাক শরা শনগ্রনী।"

"তোক্লো কৈদৌগে? মনা মনিল নাইরনু।"

"কৈদৌবে তোক্তৌরিবা? ইমানা নাউ চাউহনবদগী নত্তরা? নর্সতুগী মচিনবু নঙ ঐনা মেল্লুবা ঙমগদ্রা? মশকসি ফজরনী।

"তুমিন লৈরো। নপ্বা হনজিল্লক্তুনা তোক্লনী। মা তারদি ব্রা থোক্লরনী।" ঐ কোকচাউবী কায়। লাক্লা লাক্লা কপ্পা অঙাংগী খোনজেল তারকপগুম তৌই। ন্যকোং অনীমক কন্না মেনশিল্লী।

* * *

# পুন্সি য়াচঙলকপদা

শাগৈদা য়েংলবসু অৱাংবা শাগৈনী হায়বা য়াই। লন-থুম, মচা-মশু পুন্নমক য়েংলুবদা চীংলেনগী অৱাংপা হায়বদু য়াওদবোই নীংই। কারবার মমায় চুমখিবনা পুন্সি লানফমদা মায় পাক্লে হায়বা য়াই। মীয়াম্না শকখঙ মায়খঙবা মীশক অমা ওই। পুন্সিগী তান্নক অমদগী খোঙলোয় ওইদুনা লাকমিন্নখিবী বাধে মপুরোইবগী থবক থৌরম খুদীংমক্তা মায়পুনদুনা শরুক য়ারকখিবী মতীক চাবী য়ুম্নুরেম্বীনী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মচানুপা মরী নুপী অনী তরুকমক মপানলমদা থাদুনা মানা মানা পান্বা হীরমদা অৱাংবা থাক্কী মহে মশিং তমহল্লী। জ্ঞান লৌশিং চঙখোনবা মচা ঙাক্তা ওইরম্বনা মমা মপা, ইমুং মনুং, শাগৈ নাতৈ, কৈরোই লৈকাই, জাতিগী লৈখা তানবা থবক অমত্তা তৌখিদে।

অহোইনদুম মীয়াম্না ইজ্জৎ সনমান তৌনীংঙাই অমদি শীংথানঙাই ওইবা লমচৎনা মপুঙ ওইদুনা পুম্নমক্না শোন্নফম, নীংনফম ওই। মমা মপানসু মানা মানা খনবা ৱাখল অমদি অপাম্বা অনীংবদা অথিংবা কৈদৌঙৈদসু পীদে। মচা পুম্নমক মনিপুরদা অমত্তা লৈতে। মচানুপা অহুম অমদি নুপী অমা মখোয় মরিনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদা পোষ্টিং তাই। মচানুপা অতোম্বনা ইউ:এস:এ: দা অদুগা মচানুপী অতোম্বীনা সিঙ্গাপুরদা। অহল মতম ওইশিল্লকপনা চীংলেন হান্নগুম্না কারবার য়ং য়ং লাউনা চৎথবা ঙমদ্রে। মচাশিংনসু পোত্থানবা য়াম্না তোয়না হায়রক্লবনী। পোত্থাবসু য়ারবনী। পোত্থারে হায়বসু য়াই। মচা পুম্নমক্কী লুহোংখোংদোং মথৌ মঙম লোইশিনখ্রে। মখোয়সু মশা মশাগী তুংগী ফিরেপ চানা লৈখ্রে হায়বা য়াই। তশেংবদি চীংলেন্না মাগী কারবার অদু মচাশিংদা মখা তানা শিন্নরম্বা পাম্বনী। মদুমক্তি থোকখিদ্রে। অদুমক ওইদুনসু অমরোমদা য়াম্না নুঙাইনা ইংনা চিক্লা নেনা তানা হিংবা য়ারবা মতম অসিদা চীংলেন নুঙাইফম ইখঙ খঙদে। মরমদি মহাক ইশিং পুকচৎকী অনাবা লৈরবা মীশক হায়বদু ওই। লায়না অসিনা তুংওইননা থম্লগা মহাক্লা খ্বাইদগী পেনজদবদি মচা মশুশিংগা পুন্না ৱা ৱা নোকমিন্নদুনা লৈমিন্নবা ফংদবসিনী। ময়াই ওইনা শান্তি লৈনা পানবা য়ুমলোন্নবা থোকচোম য়াইমগী ইমুংদা নুমিৎ খুদীংগী মচা মশু ময়ামগা য়া য়া অমুক কপ্ন অমুক লাউন, অমুক নোক তৌদুনা নিল্লিবা লাঙলিবা ময়াম অদুনা মাবু লাঙতক্লহল্লী, কল্লক মিহৌবা পোকহল্লী। মতোমতা খোয়শাউনৈ।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম সুম চৎথোক্লবদগী য়াইমাগা হনজিনমিন্নরকই। কোম্হোং মপা য়ৌরদুনা য়াইমা লৈহৌরে। কোম্হোং লানশিনবদা ঙায়রি। য়াইমদু মশু ময়াম্না "অচাপোৎ অচাপোৎ" হায়দুনা মখুৎ চিংবা য়াও, মফি পায়বা, ফুরিৎখাউ হুম্বা, চৈশু মুনবা তৌদুনা য়ৌ-য়ৌ পুমলাঙ লাঙই, পুমনিল নিল্লী। য়াইমগা মশু ময়ামগা তৌনরিবা কুম্মেদু চীংলেন নোক্লনা য়েংই। য়াইমা মশুশিংগা লাক্ল ফান তৌদুনা ইমুংদা চংখ্রে।

"মোই পাবুং করি তৌবীরিনো? ইমুংদা চঙবীরক্কেদি হায়দদনা সুম অইংবসিদা লেপ্তুনা লৈবীরিসিবো?"

ফনা কুইনা উংদুনা লৈরুরমাল্লে। খংপ্রেক খংই। রাধে মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

"ইমুংদা চংনীংদ্রেদা মমা। মীগীনা মচাও মমৌও, মশু ময়ামগা য়া য়া। ঐগীনা কদাই নঙগা ঐগা টি ভি অমগা। কদাইদনো ঐগী নুঙাইবা হায়বদুবু? নাইতোম তাবা অচীকপা পুন্সি অসিরা?" তরক তরকপা পুন্সি মরেন অমদা হিংলিবা য়াম্না পুক্নীং শোন্থবা চীংলেনগী ৱাঙাংনী।

"করম তৌনী। নঙ ঐগী লাইবক্তা তন্নরবনী ইচা-ইমৌশিংসু শেরান্ননা চৎখিবদি নত্তেদনা। মাগী মাগী তৌরিবা মথৌশিংদুগী মতুং ইনবনী। মীয়াম্নদি ঐখোয় অনিগী পুন্সি অসি কল্লকইনী। শীংথানরিনী। অচঙবা মচা ঙাক্তা পোক্লবনা ইমাগা পাবুংগা য়াম্না ইংনা শান্তি লৈনা পাল্লী হায়নরিবনী।" লৌশিং লৈবী রাধেনী। শোন্থরক্লিবা মপুরোইবগী পুক্নীংবু থেমজিল্লী।

"শান্তি লৈবা অচীকপা অসি নত্তেনে ঐনা পামখিবদি। ইরাঙ লাঙবদু, পুমনিল হেক নিলবদু। য়ুমকাসে পোকখাইদৌখে নিলবদু। মদুনী ঐনা পাল্লিবা। চাক চাবা মতমদা চাকশঙসে পিক হেক থনবা। সুমাঙ মাঙ্গোলসে পুমচাই হেক চাইবা। মানা ফুরে, মানা অদু মুনখ্রে... অদু অদা হায়দুনা অমনা অমুক কপ অমনা অমুক পাউদম, মদুনীনে ঐনা পামজরিবসে। অমগী মপাউ অমুক তা, অমগী মতৌ অমুক য়েং...। মখোয়না থা থাগী লেপ্তুনা থারক্লিবা শেল অদু নত্তে ঐ পামলিবা।"

রাধে নত্তনা কনানসু তাবীনবা লৈত্রবা মফমদুদা চীংলেন পেন্দবগী ৱাহৈ কয়া লেপ্পা লৈতনা হৈথরকই। মহাক্কী ৱাকৎ অদু তাহন্নীংলিবা মখোয়দা তাহনবা ওইথোক্লরোই খঙলবসু মহাক্কী পুক্নীং ৱাখল মুন্না খঙবী মহাকখক্তী মপুরোইবগী ৱারবা থম্মোই অদুগীদমক পুক্নীংদা লাংতক্লবা ফাওখিদবা নত্তে।

"মপান্দা অসুম লৈরদি ইংশিল্লক্লনী। অমুক নাবক্তুনা...। ইমুংদা চঙনবা তৌরসি।"

মীতিক মীরৌ খঙবী রাধেনী। ৱারবা মপুরোইবগী পুক্নীংবু থেমজিন্দুনা ইমুংদা চঙমিন্নখরে। অহল অনীগী অচিকপা পুন্সিগী অৱাবা ফীবম অদু মশা মশাগী মথৌদা পুক্নীং লুপ্তুনা লৈপ্রবা অমদি ইমুং অমমম লিংদুনা শিন্থা পাংথোক্লবা হোৎনবদা মায় লৈশিনখ্রবা মচা মমৌশিংনা মনুং হুনজিন্না খঙবা ঙল্লমগদরা হায়বসি নৈনফমসু থোক্ত্রে। মখোয়বু তাইবংপান মশক খঙহনবীরকপা অমদি মপুং ফাবা মীশক অমমম ওইহনবীরকপা মমা মপাবু নুংশিবগী থম্মোই অমদি মখোয়গা পুন্না

লৈমিন্ননীংবগী অপাম্বা অদু পুক্লীংদা করিগী ফাওরম্লোই।

মতম লৈবা খিবিক্তা মচা পুম্নমক্লা অসুম্না হায়,

"ইমাগা পাবুংগা নখোয় অনীখক্তং তরক তরক লৈবসি নুঙাইতে। ঐখোয়সু আদা নেনাতানা লৈবা ঙমদে। অমগা খঙদে অমগা খঙদে নুংঙাইনী খনবা মফমদুদা পুন্না লৈরুরসি।"

ব্রাহৈগী ব্রানী। হায়দোকপদা লায়বা থবক্তা ওন্থোকপদা খরা লুনা থোকপা ব্রাফম্নী। করম্বা মচাগা লৈগনী। মখোয় পুন্না মফম অমত্তদা লৈবসু নত্তে। মমা মপাগী মফমদদি মচাগী মচা, মমৌগী মমৌ, মশুশিং পুম্নমক চপ মান্নে। পুন্সি যাচংলক্লবা মতমসিদা মফম হোং হোংদুনা লৈবসি কয়া পামজদে। উচেক ব্রায়াগুম হিংবা পুন্সি মহিংনী খনজে। অদুগীসু মথক্তা মপা মপু হাক্তগী থম্বীরম্লবা য়ুম ইংখোল অদু থাদোক্তুনা মফম কৈদসু চৎকে নীংলুদ্রে। তংদু লৈতাদ্রে হায়রিবা পোক্লফম লমদম মনিপুর অসি মখোয়গী মফমদদি স্বর্গগী মশক্কী হায়না খনজে। মচাশিংনা তত্তনা হায়,

"অদুক ইরাং ফত্তবা মফমদুদা অদুক য়াম্না লৈনীংলিবা, থাদোক্লীংদ্রিবা করিগীনো?"

মতমদুদা চীংলেন্না শোনজে পেনজদনা,

"ঐগী ইচাশিং অসিবু লাইরিক তমহল্লুবদি মরৈবাক মরমদম নুংশিবা হন্থন্নবা ওইনা থোকখ্রমাল্লে। মখোয়গী লৈজরিবা জ্ঞান লৌশিং শীজিন্নদুনা লমদম অসিদা থোক্লিবা সমস্যা কয়া অসি কোক্লবা হোৎনবদা ঙমজবা থৌদাং লৌগে হায়বগী ব্রাখল মচেৎ অমা ফাওবা মখোয়দা পক্তে। মখোয়গীদমক ঐ তশেংনা ব্রাদবা ঙমদে।"

ঙন্তানা মীরমদা থাদোক্তুনা মহৈ তমহল্লুবগী অশোয়বা খরা লৈখ্রে হায়বগী নীংঙমদবা ফাওই চীংলেন। কারবারদা পুক্লীং লুপশিনখিবনা ইমুং মনুংগী, সমাজগী ওইবা অকুপ্পা চৎনরোল অমসুং তৎনবা য়াদ্রবা মরী পুম্নমক অসি মচাশিংদা তাকপী তম্বীবা ব্রাৎখিবগী পেন্দবা ফোঙদোকই মরক মরক্তা। তশেংবমকসু মহাক্কী মচাশিংগা লমদমসিদগী হব্রা নুংশিৎ অমদি লৈবাক লৈহাওগা ইচু চুশিন্নবা ঙমদবগুমই। মসিনা চীংলেনগী মফমদদি অব্রাবা পোৎলুম অমা ওইবগুমই।

নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা ঙাইহাক পোত্থারগা

তৃম্বা চঙখ্রে। চীংলেন তৃম্বা য়াদে। অমুক হল্লকউ য়াররোইদবা থৌদোক কয়ানা মহাকপু লমজিংদুনা চৎখ্রে।

"য়াদে, য়াদে নঙগীনা য়াম্বা হেল্লী। সুকচা চারোই।"

"নঙগীনা য়াম্বা হেল্লিসিদি।"

"য়ামদে কৈসু।"

"অঙাং নচীন থীনু। নমাইদু কিন্না থিনজিল্লক্কে।"

মচানুপা অনী অচাপোৎ য়াম্মী য়ামদে লাউনরি। মচানুপী অনী অদুসু করিনো মুন্নে হায়দুনা ফুনৈ, কপ্নে। য়ং য়ং কপ্ন লাউনদুনা লৈরম্মী।

"করিগী অঙাংশিংনো মীকুপ অমত্তা পুন্না লৈমিন্নবা য়াদবসিবু। কপ্নবগা লাউনবগা।" চাকশংদগী লাউরকই রাধে।

"খরা চাউবা নখোয় অনীনা খিৎ মহেল্লে। নখোয়সে পুন্নালৈমিন্নবা খক য়াদৌ মান্দেবো। করম্বা নুমিৎ থাদা ইংনা চীক্লা লৈবা ফংগদৌরিবনো?"

"হাই, করি তৌনরগে নখোয়বু? করিগীনো অঙাংশিংসিনা শুৎ শুৎ কপ্লিসিনা? কনানা কৈদৌবীরে হা? নমানা চৈবরা? ফুবরা? নমানা য়াদবা থবক করি তৌরুরে?"

চীংলেন্না হনজিল্লকপদা কপ্না লাউনবগী ফীবম অদু খরা ইংথরগা শুৎ শুৎ তৌনরম্লি। মমানা চৈবীখিবগীরা? নত্রগা মহাক হনজিল্লকপগীরা? অমবু ওইরে অমবু ওইরে, মহাক লাক্লিঙৈ মমাঙদা কপ্না লাউনবগী থৌদোক অমা থোকখ্রে হায়বা মহাক্লা ইরায় লায়না খঙখ্রে।

"ইবোতোম্বা, তামোচা, চেচে, ননাও নখোয়না কপ্লিবনা করিগী?"

"তামোচৌগা তামোয়াইগনা ফুরিবা।" হীক হীক তৌদুনা খুমই।

"করিগীনো নখোয় অনীনা অঙাংশিং ফুবীরিবদি?"

"করি মুন্নরিনো খঙদে। লাইরিক্কা অমত্তা পাবা য়াদে। পঙফুন্দা ফুনৈ। পঙকপ্তা কপ্নে।"

"করিগী নখোয়দি তামোচৌগা তামোয়াইগা লাইরিক পারিঙৈদা খৎনরিবা।"

"মানা ঐগী শম্ফা মুনখ্রিবা।"

"মানা অচাপোৎ য়াম্না ওইখ্রিবা।"

মচা পুম্নমক মাগী মাগী থোকপা পাউদমই, ব্রাকৎলী। চীংলেন মচাশিংবু

থেমজিনবদা থবক অমা ওই।

মতমগী মতুংইন্না মচাশিং মথং মথং মপান লমদা মহৈ তম্বা চৎনখি। অচীকপা লৈরমদবা য়ুমদু অচীকপনা নোংম নোংমগী খুদুম চনশিনবা হৌরকখ্রবনী। মতম অদুদদি কারবারদা পুক্লীং লুপশিনবা মতমগা ওইবনে, নোংমা মচা মমৌ মশুশিংগী খোজেলতনা চাউরবা য়ুমজাউ অসি নিল্লখিগনী হায়বগী আশা অমসু লৈবনা মরম ওইদুনা অচিকপদুনা মাবু অৱাবা পীবমক্তি ঙমখিদে। অদুবু পুম্নমক্কুগী ওন্না তৈনবদা ঙসিদি অচিকপনা মহাকপু তত্তনা ওৎলরে। হৌখ্রবা ৱারী কয়ানা মাগী থম্মোইদা চৈনা পীররে।

"ববা, সুনীতাসু মতম খরা ঐগা...।"

মচা নুপা অহন রমেশনা হায়রকখিবা অদুনা চীংলেনগী থম্মোই শোকহনখ্রবসু হোয় মাই হায়দুনা মাগী মত পীরুবগী হক লৈতে হায়না খনখ্রে। মরমদি মীওইবগী অপাম্বা নুংশিবা, কল্লক খম্বন পুম্নমক মনুং মপান ফাওনা উবা ঙম্বা চীংলেন্নী। মহাক খঙই মচানুপাগী দাবী অচুম্বা দাবীনী। কক্লুনিঙাই মরম লৈতে। লুহোংবা থা ফাদ্রি। মহাক্কী অয়াবা য়াওদনা নমফু হাফুদা মশাগী অনীংবা ৱাখল পাঙথোক্লবা অঙম তাল্লক্কদবা মচা নুপা নত্তে। নৌনা লাকপদা ঙাইহিরিবী মমৌ নুপীবু ইমুং মনুংগী চৎনরোল মমুৎ তানা তাকপী তস্বীবা দরকার ওইরি হায়না খল্লী। নৌনা লাকপা মমৌনুপীনা লোনবা চা মতম খরা থক্লীংলি। মরুপ মপাংশিংগী মমাঙদা মমৌনুপীবু লেন্নজনীংবা মতমনী। খনজরম্বা ৱাখলগা খরা তাইওন্নবগী ফীবম অমা লাকপদা চীংলেন হায়ফম খঙদে। মপাবুংগী পুক্লীংদা ফাওরিবা কয়া অদু রমেশনা খঙদবরা নত্রগা মাগী অনীংবা পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনবরা মখা শমথরকই,

"কুইনা শাংনা লৈগদবা নত্তে। থামুক্তনী। লম খরা য়েংহল্লুগে তৌবনী।"

চীংলেন খঙই মহাক্লা নীংজরম্বদু মপুং ফাবা ঙম্নরোই। মরমদি মহাকসু নহা ওইবগী নৌনা য়ুম্বাম্বগী তাঙ্কক কাম্হোক্তুনা লাকখিবা নত্তে। কনাগীসু মরাল নত্তে। মচানুপানা মপানলমদা থবক তৌরুবগী মহৈনী। মদুসু অশোয়বনী হায়বা য়ারোই। নোংমা পাউ লাকখি। মমৌনুপী মশা ৱাই শংখিদ্রে কয়াদা হরাউজখিবা। মশুগী খোঙজি মখোলতনা মহাক্কী নীংথিরবা য়ুমজাউ অদু নিল্লরগনী খনবদা। রাধেনা কয়াদা হরাউজখিবা। হরাউনা পাউদমজে উনবা খুদীংদা, তত্তনা ৱারী শাজে মপু মবেন মিংথোল ফংগদৌরে হায়না। অদুবু মখোয় অনীগী নুংঙাইবা কুইখিদে।

নোংমা হায়রকই, “চৎথোক চৎশিন তৌবা য়াদে, ডাক্তরগী পাউতাক্লী।”

মমাই মমিৎ পাঙবগী মতম য়ৌরক্লে। পাউ লাকই,

“ইমাগা পাবুংগা লাকহন্নীংই।”

খরা ৱারৌই য়ুমদা মী লৈতবগী ওইহরিবা খুদোংচাদবা ময়াম অসি খঙনা খঙনা। রাধেসু মশা পেৎ পেৎ লাউদুনা ডাক্তর তানরগা হীদাক চারিবা মতাংনী। মচাদগী ফংলিবা পাউ অদুনসু থোইনা হেন্না অনাবা ওইহল্লবনী। উপাই লৈতনা পাউ থাখি,

“নমাসু মশা কয়া কন্দে। লাকপা ফরক খরা তাগদৌরি।”

মৌগী মমা মপা চৎনবা শিন্নখি। হরাউ হরাউ য়াবীরক্তুনা চৎখি। মতম ফনা শাংনা লৈরুই।

হল্লকপগা চীংলেন অমদি রাধেগী মফমদা মশুগী পাউ তন্লে।

মৌগী মমানা নোকপগা ঙাঙবগা তম্মী,

“মখোয়গীদি লৈখোঙাক্তনী। অদুক য়াম্না নুংঙাইনা লৈবদুবু কুইনা শাংনা লৈনীংদেদা। য়ুম নীংশিংবনা। ইচাসু ইমৌসু ইশুশ্রিশিংসু চপ হেক মান্নে। লাক্লো কৈদৌঙে লাক্কদৌরিবনো হংবসিনা খাঙবা লাকপা ঙমপোৎ নত্তে।”

মৌগী মমানা ইতিং তিংনা শাররিবা ৱারী অদুনা নাইতোম হিংলিবা অহল অনীগী থম্মোয়দা অনৌবা মৈচাক অমা হাপকৎলরে। অদুমক ওইদুনসু মচা নুপা মরিনী। মখোয়গীসু পুর্নিমা লাকখিনী হায়বা আশা অসিগী মরুমদা হিংলকখিবনী অদুবু অমগী মথংদা অমা মাগী মাগী থোকপা চৎনখিদুনা অমহাগী অমহা ওইরক্লবদা অহল অনী পোত্থাফম খঙদে। মখোয়গী অৱাবা কনানসু খঙবীদবগুম লৈখ্রে। মচা নুপী অনীদুসু মতীক চাবী অমমম ওইদুনা মাগী মাগী মপা চাবা য়েংদুনা য়ুম্নাক শাগৈ হোংখ্রবীনী। মনিপুরদা অমত্তা লৈতে। মচাশিংনসু মমা মপাবু ৱারৌই মখোয়গী মনাক্তা লৈসি য়াদে হায়দুনা। মচা নুপা অতোম্বদু হন্দক মতম খরা ছুটি লৌরগা থোরকই। মমৌনুপীগা মশুগসু য়াওরকই। ছুটি লোইরগা চংখিবদা অহল অনীসু চংখ্রসি হায়না য়াম্না কন্না তক্লম্মী। মখোয়না ঙমদুনা চঙখিদে। মচাতোম্বা য়াম্না শাউরম্মী। মখোয়বু য়োল্লিবনিসু হায়রম্মী।

“মখোয়না হায়নীংমখৈ হায়জসনু। তুংগী লম্বীনা শাংহৌরবা মাঙগী লম্বীনা তেনশিল্লক্লবা মতম অসিদা করিগীদমক মীরমদা লৈজরুনী। অসুক নুংশিরবা

ইরমদম অসিবু করিগী থাদোকচরুনী। মী ফত্তবগী ৱানী। চীং, পাৎ, তুরেল, লৌবুক লমহাং পুম্নমক অসি ঐখোয়গীসু শরুক য়াওরিবনী। মখোয়গী মরুম থুপ্তুনা, মপান তাংদুনা পুন্সিগী শরুক অয়াম্বা হৌখ্রবনী। মখোয়বু থাদোক্তুনা কৈদৌঙৈদসু মফম কৈদসু চৎলোই।”

য়াম্না পেনজদনা লেপ্পা লৈতনা চীংলেন ঙাঙলি। মনাক্তা ফল্লিবী রাধে হোয় মাই হায়দে। তুমিন লৈ। নুংদা লৈরিবা অৱাবা পেন্দবা মপান থোক্তবগী ৱানী। মহাকসু মপুরোইবদা ফাওরিবা অদুদগী ময়েং তাবা লৈতে।

“মমা, ঙসিদি ঐ চপ চানা খঙলে। নহাক নত্তনা ঐগী কনাসু লৈরমদ্রে।”

“মোই পাবুং, ৱাখল হেনজিন্না খনবীরমাল্লে থোইনা হেন্না খনবীরুরনু হকচাং শোক্লনবনী। মতমসি থেংলে। পোত্থাবীবনা ফরগনী।”

মপুরোইবগী ৱারবা পুক্নীংবু থেমজিনবা নত্তনা রাধে উপাই লৈতে। মহাকসু মচাশিংবু পেন্দে। অদুবু অওনবা মতমগী খোঙচত্তা লাকপা অনৌবা ৱাখল্লোন অমদি লোনচৎ কয়াবু কনানা থিংবা ঙম্বগে? লাইনী হায়না লাৎনরম্বা কিনরম্বা নিংথৌ ফাওবা শক্তি মাঙখিদুনা মীয়ামগী লৈঙাক সাসন লাকখ্রবনী।

“মমা, চে অমগা কলম অমগা পুরকউ।”

রাধে মপুরোইবগী য়াথং হীক্তোক্তে।

“হে ইশ্বর পুম্নমকপু শেম্বীরিবা নফমদগী করিসু পামজদে। ননাইশিংবু থৌজানবীরবদি ঙসি ঐখোয়না ফংলিবা তরক তরকপা পুন্সি মরেন অসি ঐগী ইচা ইশুশিংগী পুন্সিদা থোকহনবীগনু।”

চীংলেন

ইবা লোইরবা মতুংদা চে অদু মওং তানা থুপচিল্লগা তপ্পা হৌগৎলকই। তন্দে মান্দে চঙখ্রগা চেকশিন্না উপু মনুংদা হাপচিনখরে। মচা মশুশিংবু মহাও লৈনা হিংবা ফংহন্নবগীদমক ইশ্বরগী মফমদা হায়জবগী চে অদু নিঙাইদনা লৈখ্রে। করম্বা নুমিত্তা মচা মশুশিংনা থেংনরগা মমা মপাগী পুন্সিনা কয়ামুক য়াম্নানাইতোম তানা লেল্লম্বগে হায়বদু খঙলক্কদবা?

***

# লঙজরুবা পাপ

নাগা ইন্টিগ্রিটী অমদি মনিপুর ইন্টিগ্রিটীগী ৱাফম্না লমদম অসিদা হেক হেক মথি ফোংলক্কুনা মীপুম খুদীংমক্কী থম্মোয়দা লাংতক্লবা পোকহল্লী। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মহাকসু অমনি। পাপ পুন্যগী ৱাখল মচেৎ অমতসু পকলমদ্রবা মাগী থম্মোই ঙসিদি অফ ফত্ত অনীগী খল ওন্দুনা লেল্লি হায়বা য়াই। হন্দক নেসনেল হায়রে অনীদা মতম শাংনা ব্লোকেদ তৌখিবা অসিনা মাবু লৈতাফম খঙহন্দে। মরমদি করিসু নত্তবদা মৈরিকপিদগী মৈজাউ হৌবক্কুনা থোকহন্নীংদবা থৌদোক কযা থোক্লককপা য়াবগী অকিবা ফাওই। মহাক্না খনজে মদুমক থোরকপা তারবদি মাগুম্বা মথোং হুক্রুবা কযানা পাপকী লম্বীদা খোঙদাদুনা হিংসাগী সেনা ওইবকপা তাববদি চহী লীশিং কয়া চঙনা শেমগৎলক্লিবা লমদম অসি লানঙমদ্রবা থৱাই

কয়াগী তেংথাখোলনা পুমনিল নিল্লগনী। ঙসাই মহাক হোটেলদা চা থকপা থোক্লুই। মদুদা ঙাংন শক্লহৌরিবা ময়ামদুনা মাবু লৈতাহন্দে।

"সুম পাঙদবা অয়ম্বা অমগী মতৌ উত্তুনালৈবসিনদি ওইররোইদা। অঙম অঙম্বা লাইবক চাং য়েংনরগা খঙগদৌনী।"

য়াম্না খাঙঙমদবগী মওংদা হায়রক্লিবা মীওইদু ঈ খেগৎলক্লিবা নহামকসু নত্তে। চহী য়াঙ্খেমুক্কী লেঙ্গানী।

"অদুনী, অদুনী, কনানো থৌনা ফবা অমনা হৌরক্লবদি ঐখোয়গী মমাঙদা তারিবা কাঙবুসি হান্না তকখায়গদৌবনী।"

খুন্নকইবা মাসু চপ মান্নে। ব্রাখল, পুক্লীং, চহী মতাংসু। মতমগী নুংশিৎনরা করিনো লমদমসিদা লৈরিবা মীপুম খুদীংমক্কী শিংলিদা অশাবা ঈ ওইনা চেনখ্রমাল্লে। চীন্দা শান্তি লাউরবসু পুক্লীং ব্রাখলদি হিংসাগী মায়কৈদা হেন্না নকশিনবগুম তৌই। মসিনা ওইবা তাই অফাওবা কবি অমনা লাউরম্লিবা "চীনগা খুৎকা মান্নদবা" হায়না। কনানা অফবা কনানা ফত্তবা খন্দোকফম খঙদে। নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী থৌওং অমত্ত উবা ফংদে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা থৌওইনা কাঙলুপকী ইরাং থোকহনগে খনবা মীওইসু য়াওবরা খল্লী। প্রলয়গী মৈরি ওইরকপা য়াবা ব্রাতা খোন্দা ময়াম অমসু শীজিন্নরক্লি। তাবদা তুচুংবা ঙাক্তা। অমা খঙদে অমা খঙদে খুৎ থোক্লরবা মতমদদি ঙাংলম শকলম্লিবা মখোয়দি উরীৎ মাঙবগুম মাঙখিগনী। নোংমতসু মীমাঙ থোক্তুনা মশাগী মত অমত্তা ওইরবসু ফোংদোকখিবসু লৈতবা ইচম চম্না হিংজবা মীওই কয়ানা দশা তাদুনা থরায় কৎখিগনী।

লোইনাইদ্রবা ব্রাখল কয়াসিনা অহিং কয়া ওত্তুনা লাক্লবনী। মানা লঙজখিবা পাপকী থবক অদুবু করম্বা পুন্যগী মশক ওইরবা থবক পাঙথোক্তুনা নীংঙমদনা চাক্লিবা থম্মোইগী মৈরি অদু করম্বা মতমদা মুৎখিগদগে হায়না খৌরাংলিবা মীশক অমনী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। চামরক হন্না শিদুনসু কোক্লরোই হায়না মহাক্লা খনজে। নুংশি হৈত্রবা মীনুংশি মচেৎ অমা পকখিদ্রবা মাগী থম্মোইবু কুয়োম ওইরিবা হকচাং শিনবা থুংনা তৈপ্লবা অঙাংবা মচু অদু গঙ্গোত্রিগী ইচেলদা মশীং থীঙমদনা লুপ্লবসু শেংদোকপা ঙমগনী হায়বসি মহাক্কী থাজবগী ব্রাংমদা লৈখ্রে।

মহাক্না মীসু লাইসু কিদবা পুন্সিগী তাংকক অমদা থৌদোক অদু থোকখিবনী। মমিৎমক্না উরুবসু নতে। মীগী পাউদম্মী। মমৈথংদা তোকঙাসু ওইরম্মী।

"ঐখোয়গী মী অহুম মখোয়গী কৈথেলদা উতুপ্লা থোমদুনা হাৎখ্রে।"

ঈ খেগৎলক্লিবা কয়াগী ঈ অদুক্কী মতীক শাগৎখি মদুদি অফ ফত্ত খন্থনবগী মতম লৈখিদে। কন্না শিৎলিবা নুংশিৎ মরক্তা চাক্লিবা লম্মৈনা চীংমায় কয়া লান্না শন্দোকখিবগুম চীন অমদগী চীন অমা ইমুং অমদগী ইমুং অমা লৈকাই অমদগী লৈকাই অমদগী লৈকাই অমা শন্দোকখি অকি তুজুংলবা পাউ কয়া। মতম চঙখিদে। মরাল লৈজদবা থব্রাই কয়া মাঙখি নাকল অনীমক্কী। ঈগী লমন ঈনা হায়বা ব্রাখল অসিনা মহাকপুসু লমজিংদুনা পুখিবা মীকুপ্তুদনী মহাক্না মখুত্তা মতীক চাবা খুৎলাই পায়খৎখিবা। কনাগী মথক্তা করি মরমগীদমক লমন খুমফম থোকপরা থোক্তবরা হায়বগী বিচার তৌনবা হোৎনবগী মহুত্তা লমন খুম্নীংবগী ব্রাখলনা মাবু ঙাওহনখি। মখোয়গী কাংলুপকী মীওই খরা হাৎখিবগীদমক মীহাৎপা কাংবুদুগী মরক্তগী অফংবা অমা হেক্তা লোইশিন্দুনা লমন খুমগনী হায়বা ব্রাখলসিখক্তনী মহাক্না খনখিবা হায়ববু। লমন খুম্নীংবগী ব্রাখলনা ঙাওরবা মখোয় মরী অরৈবা থৌনা লিংজেন পুথোক্তুনা লেপ্লখি থোংজীন অমদা লাউ খোংদুনা। থোঙ কাওখাইদুনা চঙখিবা মতমদা ভারাগী কা অদুদা লৈরম্বা মহাক্তু কয়াগী মতীক তুশোন্নখিবা।

"ঐবু হাৎপীগনু ঐদি করিসু খঙজদবনী। নোংমগী খুৎশুমন তানজরগা ঐগী নুপী, ইচা মরি থাক্লিবনী।"

ইরাং থোক্লকপনা হানখিদুনা মফমদু থাদোকপা নংহৌদ্রমাল্লে। থোঙ লোনশিন্দুনা খাঙলম্মী। মতমদুদা নোংশাগুম্না থৌনা ফরবা মখোয় মরিদু মী ওইরবসু মী ওইখিদে। য়াম্না তোনবা জীব ওইখি। য়ুমদা মহাকপু ঙাইদুনা মিপাইনা লৈরমগদৌরিবা মহাক্কী নুপী অঙাংশিংবু নীংশিংলুরগা মাগী থম্মোই তুমিন্না খাঙদুনা লৈশিনবা য়ারকখিদ্রে। খোনজেল থোক্লা কপ্তুনা মাবু কনবীনবা হন্না হন্না হায়জখি। থৌজাল মরীক অমত্তসু পক্ত্রবা মখোয়গী খাক্লা খাক্লা নোকপগী খোনজেলনা কা অদু নিনখিবগা লোয়ননা লানঙমদ্রবা থব্রায় অদুনা ওন্না থোইনা খাঙহৌবা মীকুপ অদু নীংশিলুরগা ঙসিদি মহাক ওমচাক্লনা খাঙলি। থৌদোক্তুনা অরোইবা ওইখিদে। য়েক্লবগী খুন অদুদা থবক শুবা চৎখিবা মনাউনুপাসু

হল্লকখিদে। মহাকসু...। হরাও মীনোক পুম্নমক মখোয়গী ইমুংদগী লাপ্না চৎখি। লমন খুম্লীংবগী ইনোৎ হাপকৎখিবগা লোয়ননা মরাল লৈজদবা কয়া থি হুমদুনা শরাক তমখি। অসুম্না অমনা অমগী মথক্তা লমন খুম্নবগী লান লেপ্পবা মফম পুম্নমক্তা কার্ফিউ থমখি নুমিৎ কয়ানিমুক চুপ্পা। শাগৎনরম্বা ঈসু খরা খরা ইংথরমাল্লে। তপ্পা তপ্পা হান্নগী ফীবমদ হনজিল্লকই। মরাল লৈবনি হায়বা কাংলুপ অনীমক্কী মীওই খরা ফাবদা মহাক্তি য়াওখিদে। ইরাং পুম্নমক লাকশিল্লবা মতুংদনী নোংমা শিগ্রে হায়না খন্নরুবা মনাউনুপা ফুৎ ফাওজিল্লকখি। কপ্প লাউনরম্বা পুম্নমক হরাউনুঙাইবনা মহুৎ শিনখি।

"নঙদি কমদৌনা হৌজিকফাওবা হিংলম্লিবা? কনাগীদা মতৌকরম্না নঙবু কন্দুনা লোত্তুনা থম্বীরম্লিবা?"

য়াম্না খঙনীংনা ময়াম্বা অহলনা হংলুই। ইমুংগী মী পুম্নমক শিরুবদগী হল্লরুবা মহাক্কী ৱারী তানীংবনা লাংতক্লে। তুমিন তুমিন লৈনৈ।

"ঐনা লৈরিবা ভারাগী য়ুম্বু অদুনা মচননুপীগী ময়ুমদা থৈদুনা থম্মী।"

"লৈকাই অদুগী মীশিংদুনদি নঙ লৈ হায়বসি অমত্তা খঙদবরা?"

"খঙহন্দে। ঐ মপান সুকথোক থোকহন্দে। খঙলবসু করি থোইদোকপা তৌরোইদবজাৎনী। য়াম্না চম্না হিংবা মীওই ঙাক্তনী। নোংমখক্তী লৈকাইদুগী মচীন চৎপা অমা লাক্লগা খরা চেকশিন্না লৈনবা অমদি মীতোপ চংহন্দনবা হায়রম্মী হায়। মদুসু য়াম্না হকচিন্না লৌবগী মওং নত্তমাল্লে। সুম চেকশীন্নবা ওইনা হায়রম্বজাৎনী।"

"কয়াদা পুকচেল চাউখ্রবনো? য়েক্লবনী খল্লিবা মখোয়দুনা নঙগীদমক...। তান চাদ্রবদি নংবু চংজফম পীরিবা ইমুংদু অৱাফমদা তাবা য়ারিবনী। অদুগা হন্দক থোকখ্রিবা থৌদোক্তু মীচম মশেন মরক্তদি করিসু মলোম লৈনবা নত্তে। ইরাং শাগৎপা পাম্বা মীওই খরনা ইনশিল্লগা মীওইবা মরক্তা চেল্লিবা নুংশি ইচেলবু থিংনবা হোৎনরিবনী ওইসু ওইথোক্লোইদবদা।"

চমজরবা ময়ামম্বনা ঙসি ফাওবা খঙদ্রি মদুদি মহাক্কী থংনবা মনাওনুপানা করি থবক পাঙথোকখিবগে হায়বদু। অদুগা মসিমসু মহাক্লা খঙদে মহাক্কী ৱাহৈশিং অদুনা কনাদা অকনবা চৈফু অমা পীবগে হায়বসি।

"তাচৌ মখোয়গী ৱাখলদা কাংলুপ নাইবগী মমি তাদে। মীনা মীগী মথক্তা

চথুবা হিংসাগী থবক অদু মখোয়না কি তুক্কচনা লৌই।"

"মীগী থম্মোই ব্রাখল হায়বসিদি কাংলুপ্না জাতিনা শকচু মফম মতম্না পুদে। মী মীদুনা পুবনী।"

"ঐনা খ্বাইদগী নুঙাইজদবদি ঐবু চংজফম পীদুনা অব্রাবা খুদোংথীবা মায়োক্লখিবী ইচে অদু তমথীরবা থৌদোক অসিনা লুখ্রাবীগী শীংদা চলহনখ্রে।"

মহাক্কী কাংলুপকীদমক নোংশাগুম থৌনা ফখিবা অথৌবা অদু মনাও নুপাগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা শ্বাই লাউখি।

"মতৌ করম্না?" খঙহৌদনা চীনবান্দগী নম্থোকখিবা ব্রাহংনী

"মাসু ইমুং মনুং পুবা ঙম্নবা ভারাদা লৈদুনা থবক শুবা ওইরমাল্লে। মচা মরিনী লৈহৌরিবা ইচেদুসু হকচাং কয়া ফত্তে। পেৎ পেৎ নাগল্লী। মখোয়না হিংহৌগদবা ফীবমদু খল্লুবদা...।"

মখোল নীকলকই। মখা তাবা ঙমদে। নাম্থগে তৌরক্লিবা পীদু খাঙজল্লিগা তপ্না মখা তারকই,

"য়াম্না নুংশিহৈতেনা হাৎপীবা ওইরমাল্লে। মমাই মমিৎ য়েকশিনবা মখোয় মরী লাক্লগা উতুপ্না থোন্নগা হাৎপা ওইরমাল্লে।"

মনাওনুপাগী ব্রাহৈশিং অদু মহাক্কী মফমদদি ব্রজা কোটি কোটিদগী হেন্না কনবগুমখ্রে। মহাক্কী শীংলি নাউরি পুম্বা ইপঙ পঙশিনখ্রে। তরঙদা তাউদুনা লৈখি। "মহাক্কী নুপা হাৎখিবগী পাউ খঙলবা মতুংদা নচেদুনা নঙোন্দা করি হায়রকই? চৎখ্রো হায়দবরা?" ময়াম্বা অহলনা য়াম্না পাখৎনা হংই।

" পাউ হংবা লাক্লিবা ময়াম অদু খঙখিদনবা ঐবু অরোনবা মফম অমদা থম্মী। ময়াম চৎনখ্রবা মতুংদা মহাক্না হায় 'নঙগী পুক্লীংদা ফাওরিবা মিপাইবা চিংনবা অদু লাপ্না তাম্থোকখো। মরমদি ঐ মীওইবগী ধর্ম্ম মশক খঙই। ঐ পাপ লঙশিনবা পাম্বা মীশক অমসু নত্তে।' অদুদসু নত্তনা মচাশিংগী মচীনসু ফজনা মেনখি।"

"অঙকপা থম্মোইনী। মাগুশ্বী ফীদম্নঙাই ওইবী কয়া লমদম অসিদা লৈরিঙৈদা কৈদৌঙৈদসু ঐখোয়গী অপুনবগী শক্তম কায়রোই।"

ময়াম্বা অহলদুনা অমুক্তসু শকখঙনখিদ্রিবী অদুবু অব্রাংবা থাক্তা পুখত্তুনা ইকাই খুম্নবা উৎলী। মনাউ নুপা অতোম্ববু কনবীরকই হায়বগী ব্রাফমঙাকসু নত্তে।

মঙোল্দা য়াওরিবা ঙাকপীহৈবা, কখোকপা, পেম্ছোকপা ঙম্বা, মীনুংশি, অচুম্বা অমদি অহিংসা ঙাক্তুনা থম্নবগীদম শিবা কিদবা থৌনা, গুনশিং অদুবু ইকাই খুম্নবনী।

"অশেংবনী তাচৌ মাগুম্বী নুপীদি অতাঙবনী হায়বা য়াই। পুকচেলসু অদুক্কী মতীক চেৎলী। অঙাংশিং অদুসু মাগী মচাশিংনী হায়বদা মতীক চায়।"

"মীনা খঙবীদবা শীংথানবীদবা অদুগা ফিদম্নিঙাই ওইবা মীওই কয়া অমসু লৈবনী।"

"মহাক্কী ব্রাখল্লোনসু অদুক্কী মতীক ব্রাংই। শাউবনা মৈহৌরবা মখোয়গী মীওইশিংবু মহাক্কী ব্রাঙাংনা পুক্নীং ফাথনবা হোৎনৈ। মহাক্না হায়, 'মসিদি কাংলুপকী লান নত্তে। জ্ঞান তাদবা মীওইশিংগী মরক্তা থেংনবা লান্নী। মরাল লৈতবা ঐগী ইপুরোইবনা তারিবা দশা অসি অতোপ্পা কনামত্তনা ফংদবা ওইসনু' ঐনা ইচে অমদি অঙাংশিং অদুদা পাংবা য়াবা মতেং পাংগে হায়না ফীরেপ লৌরে।"

"মদু মীওইব অমনা খনফম থোকপা ব্রাখলনী।"

ব্রারীশিং অদুনা নুংবংহল্লবা মীশক অমদি লঙজরুবা পাপ অদুনা মরম ওইদুনা অশাবা নুঙগী মূর্তিগুম লেংদনা লৈখি। ঙসি ফাওবা মশাগী মরাল অদু কনাগী মফমদা ফোংদোকপা ঙমদনা য়াম্না তোল্লবা ফীবম অমদা লেল্লি। চামরক হন্না মহাক্না খনখি মদুদি পাপ চেল্লবা মহাক্কী হকচাং পুদুনা পুকচেল চাউরবীদুগী মখোঙদা তুদুনা মরাল য়াজরুগনী। অদুবু পুন্য চেল্লবী মহাক্কী শক্তিনা কনমনখিবনা পুম্নমক অরেম্বা ওইরে। তশেংনমক মহাক নরক্কী কোমদগী কাখৎপা ঙমদনা ব্রানা খাঙলি।

***

# মমামক্লে মচামক্লে

"ঐদিনে সুকয়াহেক য়ানিংদে। হায়বীদে হায়নী। হান্না হায়বীহৌরিসিনী।"

ছাটি নুমিৎনী। মেমতোম্বী মমান্নবীদগী লাইরিক অমা লৌরুগে হায়দুনা থোরকপনী। মাঙ্গোলদা মোন্দা নুঙাইনা ঝুলোনগী ইশৈ শক্কনী হায়দুনা ইশৈ ঔরাইদুনা লৈহৌবা মমানী। মহাক্লা মফি হোংলগা থোক্লকপা উবদা শকফম ওনবমখৈ অশাউবা উত্তুনা ঙাঙলক্লিবদু তাবদা মহাক ইঙক ঙকই। তৌববুদি ঙসি ঙরাংসি মঙোন্দা মমানা ঙাঙনীংবা চৈনীংবা খঙহেন হেনগৎপগুম তৌই হায়বসি খঙলবনী। অদুবু মহাক থোইনা হকচিন্না লৌরুদে। হংলুই,

"কৈদৌরগে ইমা?"

"কৈদৌরগেকা হায়না খঙশিন্নদবা শারদনা। হো ঐনা হায়রিবসে

নঙোন্দনে নঙোন্দা।"

"করিনো জ্ঞান করিমত্তা তাদে। থবক চৎকে থোরক্লকানসিদা। চবেৎ চবেৎ, দাউ য়াবগী ব্বা লৈতে।"

"চৎলু চৎলু, চাউরক শাংলক্লবনীনা ইমা ইপা হায়বদু করিসু ওইনা উরক্লেনে হা? ননীং য়াম্না তম্মনখ্রে। নং হয়েং শোয়রকান্দা...।"

"অস, করিনো ইমানা হায়নীংলিবদু কোক হেক হায়বা য়াদ্রা? ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রে কোচিগা কোরাংগা।"

"উম, হৈনরোই তাসু তানীংলোই, নঙদি ঙাওরবনে ঙাওরবা।"

"অদুবু মরমদু হায়য়ু হায়বা ঐনা করি অকায়বা চৎখ্রবগে? নখোয়গী ইজৎ শোকপা করি তৌখ্রবা? ইমাখোয়দা কনানা করি ওইদ পাদ হায়জিল্লক্লুনা অসুক য়াম্না ইরাং হৌরিবনো হায়বা?"

"হো মরম হায়ববু নঙনা তৌরিদু।"

"ঙসি ঐ শাউনীংলক্কদৌরিকো।" অশাউবা উৎলকই মেমতোম্বী।

"মীগী মচাশিংনা কয়াদা জ্ঞান তারিবা। মহৈ মশিং তম্লুরে। তুংগী ফিরেপ শেম্বদা মমা মপা ইমুং মনুং শাগে নাতৈগী মায় চোপ্তনবা হায়দুনা মমা মপা অহল লমনগী য়াকা য়েংলগা চৎলি। নঙগীদি কদাই? মীরেমসি নত্রবদি নঙগী কনামত্তা লৈজদ্রবরা হায়বা?"

মখোন নীকলপ তৌরকই। কপনীংবা মাল্লী খোমদোনবী। মমাগী মতৌদুদা নোক্লীংবা ফাওই মেমতোম্বী। খঙনা খঙনা হংই,

"কনানোনে মীরেম হায়রিসিবু? হৌজিক্কী মতমদবু মীরেম হায়বদু লৈরিজাৎলা? লৈরদি কোইথি থিরগা ফারুগেনে। ঈশিং হোলহন্নবা।"

মহাক্লা থম্মোই শোক্লা হায়রিবা ব্বাফম অদুবু মচানা করিসু খন্দনা ফাগী তাথোকপগী মওং অমা লাকপদুদা খোমদোনবী শাউবনা লুতোন কাখ্রে। শাউরং পেরংননা হায়রকই,

"নঙগী সনায়াইমা মীরেমদু, মাবুনী ঐনা হায়রিসে। নঙনদি ঐখোয় করিমত্তা খঙলম্লোই হায়না খনজশারিদো। লোইনা উবা খঙবজাৎনী। ঙানপ্পা ঈশিংদা মথী ফায়বা উবীরিবনী খঙজৌ।"

"ও, ও, মদুগী ওইরে। ইমানা তীং শোকপমখৈ শাউরিবসে। ইমাগীনে

নচাবুতা মী ওইনা খনবা মীগী মচাবুনা করিসু ওইনা উদবা, তুমিৎ কাঙগুম খনবগী মওং অদুবুনী ঐনা য়ানীংদ্রিবসি।”

“কদাইদগী য়ানীংনী হায়গে নঙদি। মীগীনা অৱাংবা কাবা তান্নবা নঙগীনা অসুম অসুম কুমথখিবা অদুনীনে নঙনা পাল্লিবসে।”

“ইমা নংসে ঐগী ইমানিকো? মীবু অসুক হস্থানা খল্লিসিবু...।”

“মী, মীগী মওং ফীবমদুনা হায়বনে। মাবু মীরেম ওইনা খন্দ্রদি করি ওইনা খন্দোরিবা। করি মগুন য়াওদুনা।”

“জ্ঞান য়াওদবা মীগা ৱা ঙাঙনবসি ওহ্বোক্লা লুখ্রে।”

শোহ্বোংনরপ হায়খিবনী। মমা তাথোকখ্রে।

“করি জ্ঞান য়াওদবা মী হায়বদি। কনাবুনো নঙনা হায়রিদো? ঐবুনিনে?”

“ইমানা ঙাঙলি শক্লিদুবু জ্ঞান য়াওই হায়বা য়ারিবরা?”

“মীরেমদুগা লোয়নগনু হায়বগীদমক নঙনা অদু য়ৌনা ঐঙোন্দা হায়রবনিনে?”

“ইমানা মীরেম হায়রিবা মীশক্তো ঐখোয়দগী থাক য়াম্না ৱাংনা লৈখ্রজাৎনী। ঐখোয়না খঙবা উবা ঙমদবা ৱাংলবা কলাগী গুন অদু মঙোন্দা লেঙদনা লৈরিবনী”

“আ, আ, করি মগুন? ওহ্বোক্লা ৱাংনা থাংগৎলেদকো।”

“মসিদি ঐনা মাবু ৱাংনা থাংগৎনীংই হায়দুনসু হেক থাংগৎপা য়াবা পোৎ নত্তে। মশাদা য়াওজরবা পোকপদগী লোয়নরকপা মগুন্নী। ঐখোয়না ফনা কন্না হোৎনদুনসু ফংবা ঙম্নরোইদবা।”

“হায়য়ু তাসি করি মগুন্নো? ঐদি য়াম্না পঙনা লৈরল্লিজাৎনী। মীগী মগুনকাসি করিমত্তা খঙদনা।”

মমানা মাবু করেম্নরিবনী হায়বসি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদে মেমতোম্বী। হায়গে য়াওনা অতম্লনা হায়রকই,

“মঙোন্দা লৈরিবা ৱাংলবা লাইয়েকপগী কলা অসে ইমানসু ঐনসু তানবা ফংলরোইদবনী।”

“হরে হরে নঙনা মদুদা পুমঙাও হেক ঙাওখিদুনা ঐনা হায়বা ৱাসে নঙগী ফনবনী হায়বা খন্দনা হু ওইনা খল্লবনী”

"ঙাওবা ঙাওদবদুনা তোঙানবা ব্রাফমনী। অদুগা শেরান তুরানবা ব্রাখল ঙাক্তা শাগৎপসু ফত্তবনী। অমরোমদা মী, মীগী লৈজরিবা মগুন অমদি কলাবু য়াম্না হন্থনা লৌবদি লানগনী।"
অসুম লৈথরবদি মওং কয়া চারক্লরোই হায়বসি খঙলদুনা গাড়ী ইন্থোক্লগা থোকখ্রে।

"নংবু লাইরীক তমহল্লুবদি ঙাওনবা ওইনা থোক্লেকো।"
মমানা পেন্দনা ব্রেং ব্রেং ঙাঙদুনা লৈহৌই। ওন্সিন্দুনা খুন্নুদ্রে। তৌগদবা মথৌ পাঙথোক্লবা কোম্থোং ব্রাংমা লানখ্রে।

খোমদোনবী অমদি গুলাপয়াইমাগী মচা নুপী অনীখক্তনী। মেমতোম্বীনা অতোম্বীনী মচেগা চহীসু য়াম্না তাম্নে মচা নুপী অহলদি ময়ুম মকৈ লিংদুনা লৈখ্রে। অতোন অতাংনী হায়দুনা মপাবুংনা য়াম্না লুনা তৌজে। মনীংমখা তৌহল্লী। মমাগদি হান্নদগী হৌনা ওনশিন্নবা য়াদে। মরৈ হেক্তা তৌনৈ। গুলাপয়াইমা রাজনিতি তৌরিবনী হায়দুনা ইমুং মনুংগী অকুপ্পা থবক থৌরমশিংদা কয়া খোয়জংদে। অয়াম্বা খোমদোনবীনা মায়পুনৈ। মচেগী হাক্তক্তদি হরাও হরাও মমা মপাগী য়াথং ইন্দুনা চৎখি। য়াম্না নুঙাইনসু পাল্লী। মেমতোম্বীগীদমক খোমদোনবীনা ব্রাদুনতা লাকই। থিংঙাও লাইঙাও ওইনা হৌরকপা মরম্না চৈ থাংদুনতসু অয়াম্বা মতমদা লাকখি। ঙসিদি মেমতোম্বী এম এ লোইদুনা সরকারগী থবক তৌরে। থাজ য়োনজবগী মতাং চপ চারবনী। মতম য়ৌরক্লবনীনা মাবু হায়বা কয়া লাকই। মমানা খোয়দাজবা কয়াসু য়াওই। অদুবু মেমতোম্বীনা শিতৎ নাতৎপমখৈ য়াদবনা মরম ওইদুনা খোমদোনবী পাঙ্গল থোকপা ইঙম ঙমদে। ফ্রং ফ্রং চোংদুনা খাঙই। মচাদা চৈ থাংবদগী হেন্দোক্তুনা গুলাপয়াইমদা তাইনৈ করিগুম্বদা। তশেংবদি খোমদোনবীগী ব্রাখলদি মচানুপীনা য়াবা য়াদবা নমফু হাফুদা থবক লোইশিনবগী অপাম্বা লৈ। ব্রাফমসি নোংমা মপাবুংদা কাঙথোকই,

"মোইপাবুং সুম তুমিন্না লৈশিনবীবনদি কান্নরোই করি করিনো খন্নবনা চুমগনী।"

"করি খন্নসি হায়রিনোনে?"

"নচাতোম্বীগী ব্রাবুনী?"

"ইচাতোম্বী কৈদৌরবা।"

"লাইরিক তম্বা লোইরে। থবকসু তৌরে। মাবু হায়বা লাক্লিবা ময়ামসিদগী

ঙাইশেন ওইবদা নুংঙাইগদবা মীনসু ইজৎ সনমান তৌবীগদবা য়েংলগা থাজথোকখ্রসি হায়রিবা।"

"নঙনা কনাবু মতীক চারে খল্লিবা?"

"অমা খঙদে অমা খঙদে অফবদু খন্নসি হায়বগীনী ঐনা ব্রাফমসি হৌদোকচরিবসি।"

"ইচাতোম্বীনদি করি হায়রিবা?"

"মাগী ব্রাবু লৌরবদি ওইররোইদবনী। মাগীদি য়াদে ঙাক্তনী নমদুনা য়াহনবা তাবা। মচেসু ঐখোয়না হায়বা ইনবদগী কয়া ইংনা নুঙাইনা পাল্লিবনো।"

"হাই, হাই, নমফুসাসন চৎনদে। মদু য়াদে। গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্কী নাগরীক ঙাক্তনী ঐখোয়।"

"তৌরক্লদৌনী ব্রা অমত্তা হায়রুবদা আইনগা তুইনগা।"

"ইচাদো অঙাং নত্রবনী। লাইরীক লাইশু হৈরবীনী মশাগী লাইবক মশানা শেমজবা ঙমজরবনী। মতাংসিদদী অয়াব মীদদি করিসু কায়দে। য়াদবা মফমদা ঐখোয়না খুৎ থিংজিল্লুবা যাবা লাকপা নত্তে। কবিসু ব্রারুনু মানা থোকপা অদুম তৌজসনু। লৌশিং লৈবী ইচানী ঐখোয়গী মায়খুবা থবক কৈদৌনুংদা তৌরক্লোই।"

"খুগদৌববনে খুগদৌরবা। মোইপাবুংদি খঙপোৎ নত্তে। রাজনিতি তৌরিবনী হায়দুনা কোইচৎ চৎলিঙৈদা। মীনা ঙাঙনরিসি খঙপোৎ নত্তে। অব্রাংগী সনায়াইমা হায়বা মীরেমদুগা কোইচৎ চৎমিন্নদুনা লৈরবনে লৈরবা।"

"মীনা ঙাঙনববু লৌরুনু।"

মপামচা মীচং ওইখিবসিদা খোমদোনবী শাউনীংবনা প্রোক প্রোক চাকই। মতোমতা নাইতোম তাহল্লী খন্দুনা খু খু ঙংদুনা ইশৌ লাংদুনতা লৈ। হন্দক মরক সনায়াইমাগা মেমতোম্বীগা তোয়না লোয়নবগী পাউ মমাদা তত্তনা য়ৌই। মাগী হাক্তক্কী মমা মচা তত্তনা লাউনৈ। অয়ুক মমাগা লাডনরম্লগা থোকখিবদগী মেমতোম্বী হল্লক্ত্রি। নুমিদাংগী পুং তরেৎ তারক্লে। অঙাং নুপামচা অমা থাদুনা সনায়াইমা লৈব্রা য়েংহল্লুই। অয়ুক থোকখিবদগী হনজিল্লক্ত্রি হায়না তন্নৈ। খোমদোনবী লোংনা হাইথখ্রে। মখোয়গীদগী ইরাপ লাপ্তনা লৈবা দিসপেন্সরীদা পোষ্টিং তাবা ডাক্তর অদু কৌরুবসু ঙরাং ময়ুম চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি নুমিৎ হুমনি ছুটি লৌখ্রে হায়। উপাই লৈতে অতোপ্পা ডাক্তর মাইবা কৌবা কোইচেন চেন্নৈ। মমৈথংদা ময়াম চংদুনা

হোৎনবদগী উচিন নাচিন্না জ্ঞান তারকখি। অদুবু মাগী তেংথাখোলনা ইমুং অদু নিনখ্রে। গুলাপয়াইমাদি মহৌশাগী মহৌশা মরাইবক্লা তম্বনী খন্দুনা পাউ হন্নকপা ঙাইদুনা লৈ। খোমদোনবীবু থেম নৌদুনা চাক চখোম অমত্তং ওইরবসু চাহন্নবা হায়বগী ব্রাখল মঙোন্দা লৈতে। মরমদি খোমদোনবীনা মঙোন্দা তৌরক্কদবা শব্দ অদু মহাক মুন্না খঙই। খ্বাইদগী ঙক্লিবদি খোমদোনবীনা কাঙলিবা মিহুলগা সনায়াইমাখোইগী ইমুংদা লৈরিবা ফীবমগা য়াম্না তাম্নখ্রে। অদুগা খোমদোনবীসু ময়ামসু তাংদাংবা খঙদবনীনা পাঙ্গল থোকউবা য়াদে। মথং নুমিৎকী অয়ুক পুং তরা মুক তারম্লগনী। ময়াম্না থাজনরম্বগী ব্রাংমদনী। কোম্হোংদা ভেন অমা থৌজিল্লকই। খাম্লগা মনুংদগী অহল অহুম মরী কুমথরকই। মীতোপ ঙাক্তনী। লৈকাইদুনা মশক খঙবা কনাসু য়াওদে। চঙশিল্লক্তুনা সুমাং য়ৌশিল্লক্লে।

"য়ুমসিবু গুলাপয়াইমগী...?"

"মানী মানী সোমদা লেঙখৎপীরকউ" গুলাপয়াইমনা ময়ামদুবু তরাম তরাম কৌশিল্লী। অহলশিংদু মাঙ্গোলদা তরু তরু থারিবা ফক অদুদা ফল্লে। হায়নিংলিবা ব্রাফমদু তপ্না হৌদোরকই,

"সোমবু তাদ হেক্তা কৌজরগে, মেমতোম্বীবু পোকপীবা...?"

"অহোয়, মানী।"

"সুম তৌবনী, ইচানুপীদু ঐখোয়রোমদা" লৎকক তৌরগা মখা তারকই,

"খঙদ্রেদা অঙাংশিংসিনা চেন চোংবা তৌদ্রবসু নীংথিনা হায়নবসু য়াবনী। ঐখোয়না খনবগদি হেক্তা খেন্নবা। তৌববুদি ময়াম্বদু নুপী থিরসি য়াদনা লৈবদুদা মাসু হঙ্গোইজবজাৎনী। অদুবু হৌখ্রবদি হৌখ্রে। হৌজিক্তি অঙাং অনীগী মঙ্গল ওইনবা নুংশিবীয়ু হায়জগে লাকচরবনী।" হৌগত্তুনা গুলাপয়াইমাদা ভক্তি তৌই। গুলাপয়াইমা ইঙক ঙকই।

"হায়বীরিসিবু? ময়ামবু... ঐবু ভাব অমা তাজদ্রে।"

"ঙাকপীগনী ইচাদু কনানো তাকচখিদ্রে ঐগী ইয়াম্বনা পোকপীরম্বা। মফমসিদা পুরিবা ডাক্তর শান্তকুমার হায়বদু। মহাক্লা তাদগী ইচানুপীবু পুদুনা লাক্লে। অঙাং মচীন হংবদসু মশা মশা য়ানদুনা লাকপনী হায়রে। ঐখোয়বু নুংশিবীয়ু।" লাকমিন্নরিবশিং অদুগী মরক্তগী মখুরানী হায়বদুনা অমুক ভক্তি তৌই।

"করি হায়বা!"

মমিৎ মনা ইথক থক্কৎলী গুলাপয়াইমা। পাউ হায়দোকপা লাকপশিংদু নুংশা থীবা পোকই মহাক্কী অশেংবা পুক্নীংদা ফাওরিবা ইথিল অদু খঙদবনা।

মপানদা ঙাঙনরিবা ব্রাফমদু তাবদা ঙরাংদগী চাউ থকউ য়াদনা ফমুংদা তাদুনা লৈরিবী খোমদোনবী হরাউনা ফুক হৌগৎলী। মশম মনা শিৎ শিৎ নাম্বে। মফি মরোল লোইশিল্লদুনা ফমদুনা লৈ।

"ইবেম্মবু পোকপী মমাবু...?"

"মশা নুংঙাইতে হায়দুনা লৈ। হোয়দা, মা য়াওদ্রবসু য়াইদা। মশা মশা য়ানৈ হায়রবনীনা থিনবীরক্নো। মতুং তাবদু কোন্না খন্নবা হায়বদুনী।"

খোমদোনবীগী পুক্নীং মুন্না খঙবা গুলাপয়াইমনা ব্রাফম অদু শমজীনখি। নুপারোমগী অহলশিংদু চা থকমিন্নরবা মতুংদা ভক্তি তৌরম্লগা হনখ্রে। মপান্দগী খৌদেমদুনা গুলাপয়াইমা ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা খোনজেল ব্রাংলপ হায়রকই,

"হায় ইবেম্মা, সনাহনবী নমাদুবু চারা করিনোমা পীথকউদনা। ইচাতোম্বীগী লুহোংবা য়াওবা ঙমদদুনা তোক্কনীকো।"

মনাওনুপীগী অরেপ্পা পাউ খঙনীংবনা অয়ুক ঙন্তাদগী লাক্তুনা লৈরবনী সনাহনবী। মবোক্কী মতৌ য়েংদুনা লৈরম্বী, মন্দোমচা মেমতোম্বীগুম ইঙাও ঙাওজবী মেমথোইনা লক্লবোই করিবোই হায়রকই,

"বোবোক নাব য়াম্না থুনা ফৈকো। ময়া ডাক্তর ফংজবা হায়বসে অনাবা কুইনা লৈবা ঙমদবজাৎনী। অনাবদু য়াম্না থুনা চেনখ্রে হায়ব্রানী"

"চরহে, চীনথীবীসে। লমহেনবীদু ঙসি লাক্ত লাকখিসনু।" ইকাইখাঙদগী ঙাঙন ঙাঙনা ফমুংদগী কুমথরকই।

"বোবোক তুশিল্লুনিকো ঙরাংদগী হঙ্গরস্ত্রাইক তৌবদু।" মশুনুপীদু নোক নোক্তুনা চেম্থোকখ্রে।

"পুবোক, ঐখোই ইন্দোমচাসি পঙদি পঙদেকো।"

"অদুবুদি ঐগী ইচানিদনা। অদুগা পাউমীসু পক্কা ওইরম্বননী।"

মপু মশু হৌনা নোকমিন্নখি। খোমদোনবী ইকাই নুংশি য়ান্ননা মনীংলোমদা চঙখি।

***

# লোইনাইদ্রবা ইপাউখোল

নুংশিতোম্বী,

নঙগী মিং অসি নোংমতসু ঐগী চীন অসিনা পনখিদ্রি নত্রা? নঙবু তাথ্রবনে? তারম্লোইদা? কয়াদা পাম্মুজখিবা নঙবু। ঐগী ইফমদদি নঙমুক ফজবা নঙমুক নুংশিবা লৈতে। নঙবু ইমীৎসিনা কন্না য়েংবা ফাওবা পাম্মুজখিবনী। নঙগী ৱাখল খনজরুবা মীকুপ কয়াদুনা ঐগী পুন্সি অসি মহাউ লৈনা হিংবা ঙমহনখিবনী। ঐনা হায়রিবসে নঙনা থাজরমদবসু য়াই। মরমদি ঐগী ইফমদগী নহাক্লা অচৌবা নমথাক অমগী চৈনা ফংহৌরে। মদুদসু নত্তনা নক্লরিঙৈ লোয়নরিঙৈ মতমদুসু নঙনা ঐওোন্দা ৱাকত্তুনঙাক লাকখি। ঐনা মতম পুম্বদা নঙগী ৱাকৎ কয়া অদুবু থৌশাবীদবা মীশক হায়বদু ওহখি। নঙগী পেনজদবগী নতৌ অদুনা ঐবু নুংঙাইবা

অমদি পীখিবগুমই। নঙবু লক্লবা, কপহ্নবা, ঐনা নোকপা, মসিনা ওইরমাল্লেকো নঙ ঐ নোংম-নোংমগী অসুম অসুম নকশিন্নরকখিবদু। নোংমতা নংবু উহৌদবদা ঐ লৈতাফম খঙখিদে। নঙসু ঐগুম্বনী। ঐগী নাক্তা হেক হেক লাকপদু। ব্রাথীসু ফনা য়াম্না চাখ্রবনী ইশুংলাংগীদমক। নঙসু কাউরল্লোইদা, শোয়দনা নীংশিংলমখিগনী নুমিত্তু।

"তামো, তামো, করিনো ননাদু পঙলববা কৌরিসি তাদবরা? তানা তানা তাশিন্নদ্রিনী।"

নতৌ য়েংগে হায়দুনা ঐ হন্ন তুন্ন নঙোন্দা য়েংখিদে। ঐগী ইথৌদুদা পুক্লীং লুপ্পগী মওংদা লৈ। অঙাং অমগী দিবেটকী টোপীক ইবীরম্বনী। নঙগী শাউনীংবীদু হৌরকখিমাল্লে,

"ফরে ফরে থবক য়াম্না চিল্লদি ঐ হনখ্রগে।"

ঐ নুংশা থীরকই। নঙনা তশেংনা শাউবা ওইরল্লবদি ঐনা হায়বা ঙাংবা তাদনা ফেৎ হায়দোক্কুনা চৎখিদৌরিনী। নখুৎ পায়দুনা খামখি। ফমুং মথক্তা ফমহল্লী।

"শক্তু নুংশিরক্কবা, অফাও শারদনা।"

"সুম নুংশিদুনা নতৌ য়েংগে তৌবনী। নঙসিনা শাউগনবসিনা।"

"নঙগী নওংদুননী।"

"সিদনী নঙনা ঙাওরিদু।"

"ইস খঙবীরেহে।"

"খঙদদি।"

ঐখোয় অনীমক নোকমিন্নে। নত্রা?

"করিনো ইরিদুনা? চিঠিরা? কনাদা পীগে হায়রিনো? খুম্বা নংদে নমহং নমহং হংজিল্লকই। তশেংবদি ঐগী ব্রাখলসু ইচাই চাইখিদুনা ইরিবদুদা খোয়জংখিদ্রবনী চোংলিবা থম্মোইগী মিহুলদু ফাজিন্নবা হোৎনরগা করিসু তৌদবা শাদুনা লৈরম্মী।

"করিনো হায়বনে?"

নঙনা খংলাউ লাউরকপদুদা ঐ খংদুনা ফন চোংখৎলী।

"অঙাং অমগী দিবেট টোপীক্লী কৈদৌরগে?"

"অদু ঙসাইনা হায়বদি কৈদৌই। কোন্না ইরো।"

চেদু ঐঙোন্দগী মুল্লগা মোন মখাদা থমখি। ঐ, হোয়-মাই হায়দনা তুমিন্না লৈখি।

"ঐনা লাকইসি করিগীনো খঙবরা?"

"হায়সু হায়দনা কমহাইনা খঙদোইবা?"

"তামোনদি হংবরা?"

"ফরে নঙনা লানজরো।"

মরৈ হেক হেক তৌনবা খুদীং নঙনা ঙল্লগনী খঙলকপা মতাংদা হেক হেক হায়বা ঐগী ৱাহৈনী।

"চীংলেম্বা শাখোদনা, শাখোবা। ঙমসু ঙল্লোইদবদা।"

নহাক থীক থীক নোকখি। নঙগী অদুগুম্বা মীনোক্কুনা ঐবু তত্তনা মথুম মরাং হৌহনখিবনী। নঙগী মীনোক্কু কনামত্তগী মমাঙদা নোকপা পামদে। ঐ ইথন্তগী ওইনীংখি। চৌক্রিদা ফল্লগা খুৎ অনীদা ইকোকসিনা ঙাথদুনা ঐগী মিৎ উইশিনখি। য়েংবগী পেনবা নাইদবা নঙগী শক্তমদু চিংশিন্দুনা ঐ ঙাওরি হায়বসি নঙদি খঙখিদমাল্লে। নঙবু থৌশাদবনী খনখিদুনা ৱারৌখ্রবা নঙনা শোন্থাংনরপ হায়রকখি,

"ঐ চৎলগে।"

ঐগী ধ্যান কায়রে। নঙোন্দা মুন্না য়েংলগা,

"ঐদি নঙবু চৎলো হায়খিদে।"

"মী অনীখক্তা লৈবা কা অসিদা অমনা তুল্লগা লৈবা, অমনা সুম ঙাঙবা...।"

"কৈসু কায়দেনা।"

"কায় য়াম্না কায়, নাঙোন্দা কায়দ্রবসু ঐঙোন্দদি য়াম্না কায়।"

"পেপে নঙসি ঐগী ইফমদদি অঙকপা অমনী।"

ঐনা নঙবু অঙাং ওইরিঙৈদগী পেপে হায়না কৌই। ঐগী মরী মখোঙ শম্নদবা ৱাহৈশিং অদুনা নঙবু শাউহনখি।

"হৌরক্লবরা নঙগী হৌনবীদো? লিলাগী দাইলোগতৌন কান্নরোই লিলাদুম ইগে ইরো। ফাওদৌ মাল্লী।"

নঙনা ঙাঙলিবদুদা ঐ থোইদোক্লা খোয়জংলুদে। নঙ ঐ হাঙলবা অতিয়াদা

পাইমিন্নদুনা থাদগী হৈবোং চরোং হেকমিন্নরম্মী। চোকথবা নাইদনা চুমথাংগী মখোঙ থিবা চৎখি।

"কৈদৌরে উংদুনা লৈরদি। ঐনা নংগী নাক্তা লাকপসি য়াম্না কায়রবরা?"

ঐগী মঙলান থুগাইরকপদুদা খোন কললপ চৈবোই করিবোই হায়খিবনী।

"মসিমা ফারক তাখ্রে। চবেৎ চবেৎ হেক ঙাংলদনা।"

নহাক ইকাই নুংশি য়ান্নখ্রে। ফুক হৌগত্তুনা চৎখি। তশেংবদি নঙনা অদুক য়াম্না হকচিন্না লৌদুনা ঐবু ব্বারৌখিনী হায়বসু খল্লুদবনী। তশেংনা ঐদি নঙগী ব্বাখলদা মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙলান অমদা তাউজরুবগী ব্বাতনী। মদুদা নংনা ঐবু শেরান্ননা খনখিবগী ব্বানী। নহাক চৎখ্রগনী খল্লুবদা মিপাইখিদবদি নত্তে।

"ঙাইখোসে চৎখিনু।"

ঐগী ব্বা তাবীরমদরে। খুৎ অসি কনথৎলমলগা অদুম চৎখরে। অহিং অদু ঐ কয়াম ব্বাখি নঙনা ঐবু য়াম্না ব্বারৌখ্রে খল্লুবদা। মীৎ অসি উইশিল্লু হায়বা য়াখিদে। ঐনা নঙবু নুংশিদ্রগবু অদুক য়াম্না ব্বারমগদরা? নঙসু তুম্বা য়ারম্লোই। কপসু য়াম্না কপ্লমগনি। মরমদি ঐগী পুক্নীং ব্বাখল থম্মোইগী ইথিল নঙগীদগী খক তোঙান্দে। নহাক্কীদি মিৎতগী পি শীঙ্খিবদুনা থম্মোইদা পুরিবা অব্বাবা পোৎলুম অদু খরমখে য়াংলমগনী। ঐদি কপ্লসু হৈতে। থম্মোইদা অদুম পুদুনা লৈ। নঙ চাননা শাওখ্রমাল্লে। ঐগী নাক্তা লাকখিদরে। ঐনা লাক্কদবসু হঙ্গোইখি। নঙগা উনদবা নুমিৎশিং অদু ঐ পোথাফম খঙখিদে।

"ইবুংঙো, ওকেন, ঙসিদি ইমা ইচে থানিলখোয় লুহোংবদু চৎলুবা তারি। খরা থেংলক্কদবা মাল্লী। য়ুমদগী চৎথোক্লনু। নুংশিতোম্বীদু চাক খরা থোংবীরম্মু হায়না ঐনা হায়রম্বনী।"

ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইরম্মী। থম্মোইগী মিহুল মফম খঙদনা চোংলম্মী। নঙবু অমুক হন্না শাওহল্লরোই, ব্বারৌহল্লরোই হায়না চপয়ুংনা লেপখি। নুমিৎ খরনীখক উনদবদা অসুক য়াম্না ব্বারিবা ঐনা পুন্সি চুপ্পা নঙ য়াওদনা করম্না হিংবা ঙমগনী। মাঙ্গোনদগী ইমুংদা ইমুংদগী মাঙ্গোলদা অমুক নঙবু ঙাইবদা অব্বাবা অমা ওইখি। কাইনথংদা অমুক হনজিন্দুনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্মী। নঙনা তপ্পা চঙলক্লগা ইনাক্তা ফম্লখি।

"শাউবা ফরবরা?"

নোকমি নোকমি ঐনা হংখি।

"ঐ লাল্লে।" নঙনা খুমলক্লবদুদা ঐনা হায়খিবনী।

"চো তানীংদে মীওৎপসিদি।"

"ওৎলিসিবু নঙনরা ঐনরা? মতৌ মান্দনা মীবু ৱাহনবসু য়াম্না হৈরম্মীজাৎনী।"

"ঐখোয়দী মী ওৎপগা হৈজদে।"

"হৈদুনবু ঐবু অসুক য়াম্না ৱাহল্লিসিনী।"

"হোয় ৱারম্লনী, ৱাই শংলে হায়দুনা হরাউবদুম ওইরিনী।"

"লম হেনজনু ঙসি ঐনা শাউনীংলক্লুনা...।"

"কৈদৌদৌরিবা?"

"ঐ নুপানিকো।"

"ওইনীং ওইজৌ।"

"ঐ অমুক হন্না ৱাবকা ঙন্নরোইসে। ঙসিদগী হনখিবা য়ারোই। পুম্সিচুপ্পগী ওইনা ইনাক্তা লেংদনা থম্লগে।" নঙগী খুত্তু চেৎনা পায়দুনা হায়খি। তশেংবনী ঐ পুম্সিগী নঙবু থাদোকপা ঙমগনী থাজখিদে। নঙবু ইনাক্তা অদুম লৈহন্নীংখি।

"ঙকচরেদা, ঙাঙবা য়াম্না হৈরম্মেনে, কনানা তম্বীরিনো।" ঐগী ইতৌদুদা নঙ কিরমগদবা মাল্লী। ঐনা চেৎনা পায়শিল্লিবা নখুত্তু শত্তোক্লগা খরা হন্দোকখি।

"কিব্রনে ঐবু?"

ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীরকখিদে। ইকাই নুংশি য়ান্নরপ হাইফেৎ নোম্থখি।

"কিরুনুদা কৈসু তৌবীরোইদা।"

"তামো নঙসে য়াম্না ঙমখৎলক্কদৌরি।"

"হৌদোং তুমিন লৈবা চফু ঙস্বা হায়দুরা?"

"অদুদগী হেল্লক্কদৌরে।"

"ফরেদুদি ঙম্মী হায়রবনিনা ঙমতারেদনা।" নখুৎ পায়দুনা খংচিন চিংশিনখি।

"তামো"

ঐ মীৎ খংশিং শিংখি। ঐ ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈরম্বদগী জ্ঞান খংতা তারকখি।

"ইমাবোক চৎপ্লবরা? করি য়েঙ্গাং থোংঙউ হায়রম্মী।"

ঐ খুন্বা ঙমদ্রে। মিকুপ খরগী মমাঙদা ঐনা শাগৎলুবা অঙাওবা ব্রাখল অদুগীদমক ইথন্তা ইকাইজবা অমসু ফাওরকখি।

"করিনো ঙাওরবরা? সুম য়েংদুনা লৈরিসিবু? হিংচাবী ওইনা উরবরা?"

ঐ হায়গে খনখিবনী,

"নঙদি ঐগী লাইরেম্বীনী।" অদুবু চীনবান য়ৌবা ঙমখিদে।

"সিদগী শাউনীং শাউনীং চৎখিবা নুমিত্তুদা নেনেদু মশা ঙমদে হায়দুনা মামোনা লৌবা লাক্কুনা অদুম চৎলে। ঙসিখক্তা হল্লকই। য়ুম হেক য়ৌরকপগা ইমাবোক লাকই।"

নহাক্কী ইতিং তিংবা ব্রাঙাঙদুনা ঐবু নংনা ব্রারৌদ্রে হায়বসি তশেংনা খঙখি।

"ইমানা নখোইদা লাক্লমদ্রবদি নং সিদা অমুক হন্না লাকপগী ব্রা লৈতে হায়রিসিনদি।"

"ঐদি সুকলাক লাক্লরোই খল্লুরবনী। ঙরাং অহিং মঙদা নঙসে য়াম্না নুংঙাইতনা উরম্মী। করি তৌরবজাৎনো খল্লুবদা নুংশা থীবনা শাওনীংলম্বা ব্রারৌরম্বা পূম্বা লোইনা মাঙখ্রে।"

ঐনা নঙবু নীংজবা ব্রাজখিবা কয়া অদু নঙগী থম্মোইনসু খঙবীরে খল্লুবদা ঐ য়াম্না পেনজখি। য়াম্না তোম্বা মতৌ উত্তুনা ঐনা নঙোন্দা হায়খি।

"পেপে ঐবু অমুক ব্রাহনগে খক খল্লনু।"

"য়াম্ন মাল্লে, য়াম্না হৈরে।"

"তশেংবনী, ঐ য়াম্না ব্রাখি।"

"তামো ঐ নঙোন্দা ব্রা অমা হংগে। শেংনা খুমগদরা?"

"করিনো?" মফম খঙদনা ঐগী মিহুন চোংখি।

"তামোগী খঙনবা নুপী লৈবরা"?

"এ অদু ওইরে। য়াম্না লুবা ব্রা ওইরবোই নীংলুরে। নঙ লৈরিসিনী।"

"হায়দি নঙগা নুংশিনবা হায়বনী।"

"উম লৈ।"

"কনানো?"

"নঙ নত্তনা কনা ওইদৌরিবা?"

"ইস, হৈবীরেহে।" ইকাইরমাল্লে। নঙ চাকশংলোমদা চেনশিনখ্রে। ঐ

নোক্তুনা লৈহৌই।

নুংশিতোম্বী ঙক্সা নং-ঐগী মরক্ত তরু তরু চেম্থরকখিবা নুংশিবগী ইচেল অদুবু অসুম্না ঈখাই পীরকখিনী হায়বসি নহাক কৈদৌঙেদসু খল্লুরম্লোই। ঐসু খনখিদে। অদুবু মীওইবগী পুন্সিদা নীংলমদবা থাজরমদবা অওনবা কয়া লাকখি। অশিবগা পাংখক ওইনা হিংবা নত্রগা তশেংনা শিজখিবা হায়বা পুক্নীংগী লেপ্পা লৈতবা লান অমনা ঐবু ওৎপা হৌরকখিবা মীকুপ্পুদা ইমানা তকশিল্লকখি।

"ঐনা কল্লিঙেসিদা নঙগী তাংদাংবা অমা খঙনীংলে। নঙগী খঙন চান্নজবী লৈবরা? লৈত্রবদি ইমাদি নুংশিতোম্বীসি ওম্থোক্সা নুংশিজগ্রে।"
ঐগী খঙহৌদনা ওইরকখিবা ফীবম অদুনা ইমাগী অনীংবা অপাম্বা অদু থুংহন্নবা পাঙ্গল ফুদোকপা ঙমখিদে।

"নুপামচা নঙ মুন্না খল্লু। মীগী মচাসিনা নঙগীদমক খন্দুনা অসুম পুন্সি মাঙদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। লৈকাইনসু চিংনরবনী।"

"ইমা মদু ওইথোকপা য়ারোই।"

"অদু ওইরগা নঙগা খঙনা চান্নবদু কনানো হায়রো।"

"ব্রাফমসি খরা তপ্না খন্নরসি। ঐ কোক য়াম্না শারে।"

"অফবা থবকপু মতম চারিঙেদা পাঙথোকহৌদনা করম কান্দা তৌগে হায়রিনো? ইমা নঙগী পোৎলুমসি সুম পুদুনা লৈবা ব্রারে। ইমা ইচাদ তরক তরক।"

ঐ খুমখিদ্রে। ঐগী কোক অদু চেকখায়রক্কদরা খনখি। তশেংবনী ঐ লূদা চংবা লিনগা অমহা ওইখি।

নোংমা নিনীদু ইমাগা নঙগা চীক্লা চীক্লা ব্রারী শানরম্বা থেংনখি। নুমিত্তু থবক অমা চৎলুবদগী হল্লকখিবনী। ইমা নখোয় অনী ব্রারী শানদুনা লৈরম্মী। ইমা থোকখ্রবা মতুংদা নং ঐগী কাদা চংলকখিবা মতমদুদা ঐ লাইরিক অমদি চাইদুনা লৈরিবা পোৎশিংদু লোইশিন্দুনা লৈরম্মী।

"পোৎ লোইশিল্লিদুনা কদাই চৎতোইনো?"

"চুম্না সুম লোইশিল্লিনী চাইমনবসিদা।"

হান্না য়াম্না কোইদবগী মওং অদুমক্তী ওইখিদে। নঙ অসুম লেপ্পুনা লৈরম্মী।

"ফম্মুদনা, লেপ্পুনা লৈরদি কৈদৌরে?"

"থবক য়াম্না চিনকনুদা চৎলসিরা খল্লিবা।"

"চৎখিনু য়াম্না লৈনীংঙ্গ্রবরা?"

ঐ নঙোন্দা হায়নীংখি।

"নংদি ঐনসু ইমানসু খোয়দাজবীনী।"

অদুবু মদু নঙোন্দা ফোঙদোকচবা ঙম্বগী থৌনা লৈখিদ্রে। মদুমক্তা নঙগী নুংশিববু ইকাই খুম্নদবগী ৱাকমসু ওইখিদে। ঐসে মীনুংশি খঙদবা অমনী হায়রকপা তারবসু মদু ঐনা য়াবা ঙম্লোই। নঙগী থম্মোইবু মচেৎ তানা থুগায়খিবা নুমিৎ অদু নীংশিংলুরগা নঙনা ঐবু শোয়দনা তুক্কচরমগনী। নুমিৎতুদা অচীকপা থুগায়দুনা নঙনা হায়রকখিবনী,

"তামো নঙসে ঐগী ইফমদদি অঙকপা অমনী। লাপথোক্কেসু ঙমদবা, নকশিনগে হায়বসু য়াদবা।" তনিক তনিকপা নঙগী খোনজেল্দুনা ঐগী থম্মোইবুসু তনিক তনিকহল্লখি।

"নকশিল্লুবদা কান্নরোইদ্রবা মীশক হায়বদু ওইরবনী ঐ।"

"ঐনা নকশিনগে হোৎনরক্লবদি।"

"পেপে।" ঐ অসুক্কী মতীক শোকখ্রে মদুদি হায়নীংবা ৱা কয়া ইনীং তম্না ফোংদোকপা ঙমখিদে।

"তামো নঙ হান্নগী ওইদ্রে। করিগুম্বা অরোৎপা খরা লৈরে। মদুনা লাংতক্লহল্লিবনী হায়বা খঙই। হায়যু কৈদৌরে। ঐবু অসুক য়াম্না চিংনবা ফাওহল্লিবসিবু করিগীনো?"

"ঐ করিসু তৌদে।"

ঐগী খোনজেল নীকখি।

"করিগীনো ঐগী ইফমদা মীনমগে খল্লিবা? নঙ-ঐ ঙসি ঙরাংত লোয়নরকপরা? নঙগী অৱাবদা ঐসু শরুক য়াজবগী ঐগী হক লৈতে খনবরা?" নহাক্তা কন্না তকশিল্লকখি। লোয়ননা নহাক কপ্পা খাঙবদা অৱাবা অমসু ওইখ্রে।

"খঙদে, ঙসি ঐগী থম্মোইসিনা অসুক য়াম্না নৌথোরক্লিবা, ৱারিবা। ঐ সংসারসিদা ঙসি ফাওবা মী অমনী হায়দুনা হিংলিবসিগী অর্থ লৈরিবরা? ঐ করিসু পামদ্রে। অসুম তূমখিবদগী মীকপ খোরক্তবা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা, মসিখক্তগী ঐনা লাইনীং ওইরিবা।"

"তামো, ঙসি নঙনা মরীমখোং শন্নদবা ব্রা ময়াম অমা ঙাঙলিবসি করিগীনো? ঐবু অসুক য়াম্না লাংতক্লহল্লিবা। হায়য়ু নহাক করি তৌরে। ঐবু কৈদৌ হায়বগে?"

"পেপে, নহাক ঐঙোন্দগী লাপ্না চৎখ্রো? নঙনা চৎকদৌরিবা লম্বীদগী ঐনা চৎকদৌরিবা লম্বীনা তোঙাল্লী। পম্বুংফমসু মান্নদে। নঙগীনা তরু তরু চেম্ব্রিবা ইচেলশিংগী ইতিনফম্লী অদুগা ঐগীনা...।"

"ওক্লে তোক্লো।"

নহাক্কী খাঙবা ঙম্বা পাঙ্গলগী শক্তি লোইখ্রমাল্লে। ঐগী চীন মেনখি। নহাক ইকাই ইকি ব্রাংমা লানখ্রে।

"অদুদি হায়য়ু নহাক্কী থম্মোয়দা ঐবু নুংশিবগী মফম বিন্দু অমা ফাওবা লৈতে হায়না। নহাক্লা মদু হায়বা ঙম্লবা নঙোন্দা অমুক ঐনা অয়েৎপা পীররোই। পুন্সিচুপ্পগী ওইনা নহাকপু কাউবা ঙম্নবা হোৎনবনা ইথৌ ওইখ্রগে।"

"অদুক য়াম্না চনৈনরবা মমৈ মকোক শম্নদ্রবা ব্রাহং কয়াগী পাউখুম পীহন্নবা হোৎনরক্লগনু।"

"নহাক্তি পাংদবনী, অয়ম্বনী। নশানা নশাবু অব্রাবা পীবতা নত্তনা ঐবুসু নহাক্লা ককঙাওনরবা ব্রাখলগী ইপাক্তা লংথদুনা থম্বীরম্লে।"

নহাক য়াম্না কপখি। কপ্পমখৈ কপ্পগা হনখি। ঐসু পেন্না কপখি। নঙ-ঐ অরোইবা উনবা নুমিত্তুদা।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদুদা নত্রা? নখোয় পুন্নমক্কী মফমদা চল্লম্বা পাউখোং অমা ফোংখিবদু? ঐবু তুক্কচরমগনী নখোয় পুন্নমক্লা। মদুগা লোয়ননা নখোয়গা ঐগা লৈনরম্বা মরী অদু তৎনখ্রেকো। ঙক্ত্রা? পুন্সিসিদি অঙকপা ময়াম অমনা পূনশিন্দুনা শেন্বা জাৎনী। অদুবু নখোয়নদি খঙখিদে ঐগী চেকশিনহৌদবা মীকুপ অমগী শোয়খিবা খোঙথাং অমনা ঐবু ফিরেপ অদু লৌহনখিবনী। তশেংবনী, ঐ মঙগুম্লবা পুন্সি মরেন অমগীদমক নখোয় পুন্নমক্তগী লাপথোকখিবনি। নোংমা ঐ অরাপ্পদগী ইমান্নবা খরনা হৌদুনা পিক্লীক চৎখিবদু নঙসু খঙবদাইনে? মহাকসু য়াওরম্মী। মহাক হায়বদি ঙসি ঐগা নরক্কী কোমদা কুমথমিন্নরিবসি নত্তনা কনাবু ওইরম্লী। তশেংবদি মহাক য়াওরমগনী হায়বা ঐ খল্লুদবনী। কলেজদসু ঐনা মাবু কয়া হৈনরক্তে। মমান্নবী অনীগা মখোয় অহুম্লী। ইমান্নবশিংদুনা য়াদবদগী ঐ হীদাক

খরা হেনজিনখ্রে। হীদাক হায়বদি নঙনা য়াম্না পামজদবদু। মীওইবা অমনা খনগদবা ব্রাখলগী থাক অদুদগী ঐ খরা থৈদোক্তুনা চৎখ্রমাল্লে। তানজা অদুদনী ইমান্নবা পুম্নমক ঐগী নাক্তগী চৎথোকখিবদু। মোল্লবা মহাক্কী খুৎশাশিংদুনা ঐগী খুৎ চেৎনা পায়শিল্লকখি। জ্ঞান তারকপা মতমদা ঐনা খঙলকখি। ঐহাক অমুক হন্না কাখৎপা ঙন্নরোইদবা নবক্কী কোমদা পুখখ্রে। মরমদি মহাক ঐগী শাগৈদগী তোঙানবী নত্তে। চৎনবীগী পল অদুগা মীনসু লাইনসু য়াফম থোক্তে। খুদোংথীবা পুম্নমক মায়োক্লগনী হায়না চপ য়ুংনা লেপখ্রবী মহাক্কী মফমদা ঐ লঙজবা পামখিদে। মদুমক্লনী ঐসে নখোয় পুম্নমক্লা তিন শিংনফম ওইখিবদু।

মহাক্লা পুরকপা সনা লুপা শেল থুম অমদি ঐগী য়াওজবা খরা পুদুনা তান্নবা ইথৎ অসিদা মতম অসুক কুইবসি নখোয় পুম্নমক্তগী তোখায় তাদুনা হিংলকখিবনী। তোনবদগী তোল্লবা লমচৎনা মপুং ওইরবা ঐহাক্লা মরম ওইদুনা নখোয় পুম্নমক্লা নংলমগদবা ইকাইবা, ইমানা কায়রমগদবা থম্মোই, নঙোন্দা ফংলমগদবা মৈচাক পুম্নমক অদু খল্লুবদা অসুক শাংলবা মতম অসি নুংঙাইবা হায়বদু মচেৎ অমা য়াওদনা হিংলকখিবনী। ইপাপ্না পোৎলুম ফারবা ঐনা নঙবু নুংশিবগী ব্রাখল থাদোক্তনা অমদি নংবু নীংশিংদুনা হেন্না হেন্না পাপ লঙশিনবা মীশক হায়বদু ওইদুনা লাকখিবনী। লৈখা তারবা পুন্সিসিনা নঙবু নীংশিংদুনা অসুম লৈরিবসিবু করিগীনো? হৌজিক্তি ইশ্বরগী দন্দিসু ফংলে। য়ুম পানবগী নুংঙাইবা ঐঙোন্দদি নমথাক্লী। ইচা লৈতে। মহাক্তি মমা মপা শাগৈ নাতৈ, ইরমদম পুম্নমক কাউথোক্তুনা নুঙাইনা হিংবা ঙমখি। অদুবু ঐহাক্তি নঙগী, ইমাগী, সমাজগী পোক্লফম লমদম্নু নুংশিবগী ময়াই অদুনা লৈতাহন্দে। শক লোত্তুনা ঐ মনিপুরদা নুমিৎ নিনী লৈরম্মী। নহাক ইমাগা পুন্না লৈমিন্নদুনা কখোক্লবী অমা ওইনা হিংলি খঙজখিবা মীকুপ্তুদা ঐনা নঙবু কয়াদা ইকাই খুম্নজখিবা। নহাকপু ঐগী খ্বাইদগী নুংশিজবী অমনী হায়না পুক্লীংদা খনজবা ফাওবা ঙমখিদে। ইশা ইথন্তা হঙ্গোইবা ফাওখিবনী। নহাক্লম্বী অমবু অসুম খন্দুনা লৈবা হায়বসি তোল্লবা ঐগী ইতিক ওইরমদরে। নঙনা ঐবু নুংশিবনা মরম ওইদুনা পুম্নমকপু কখোকপা ঙম্বী অমা ওইখ্রে। অদুবু ঐনদি নহাক্কীদমক করিসু তৌবা ঙমখিদরে।

নুংশি, ঙসিদি ঐগী পুন্সি নাইতোম তারে। ডাক্তরনা ঐবু ব্রাখল নুংঙাইবা খন্নবা অব্রাবা ব্রাখল থাদোক্লবা পাউতাক পী। অদুবু ঐগী ইফমদা নুঙাইবা ব্রাখল

হায়বদুবু কদাইদনো? মহাকথক্তীদমক নখোয় পুম্নমকপু থাদোক্তুনা লাকখিবনী। ওসিদি মহাকসু ঐবু থাদোক্তুনা অনৌবা পুন্সিগী খোঙজোই অমদা খোঙবু ওইহল্লে। চংল্লসনু। ঐ মাবু খাল্লৌদে। ইমাদো মাখল নুংঙাইনবা থবক হেৎনবীনু। ঐগী ইচীন অসিনা অমুক হন্না "ইমা" কৌজবা ফংগনী থাজল্লে। ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা হোসপিটালগী কানুং অসিদা ডাক্তরনা অল্লোইবা শ্বর হেৎনবগী মতম পীরবা ঐনা পুংফম অদু ওইদুনা লৈরি। তম্মীংবা ইপাউদি মশীং মশান নাইদে। অদুবু লোইবা খল্বা নাইরল্লোইদবা ঐগী ইপাউখোলনা নখোয়বু অমুক হন্না অল্লাবা পীররোই নীংলে। অদুগা অমুকসু নখোয়না ঐগী খোঙুল লীরকপসু পামদ্রে। পাক্লবা মহাসাগরগী ইথৎ অমদা লৈবা হোসপিটাল অমদা মতম চুপ্পগী ওইনা তুমখিবা ওাইরি হায়বসিখক নত্তনা অশেংবা অকুপ্পা লৈফম তাক্লক্তে হায়বগীদমক নহাক্লা ঐবু খাল্লৌবীগনু।

নহাক্কী

পাপ চেল্লবা মীশক অমা

* * *

# কর্ফিউ

"ইচে হল্লসিবা থেংগ্ননী? খজিক্তং থেংখিবদা ননাউ নুপা মরম ওকপদুনা নীংথি নুংঙাইনা হায়বীরোইদবনী। কদাই কদাইদগী ব্বারামগা উরামগা।"

নুংশাগী মৈশা, কৈথেন মীয়ামগী মীনিলখোল, থেংগ্ননী হায়বগী নুংশা থীবা পুন্নমক অসিনা মায়পাকপীবু নেনা তানা ফমহনবা ঙমদে। অদুগীসু মথক্তা মাগা লাকমিন্নরিবী তথোৎপু মীনা কয়া ফজনা ঙাঙনবীদে। মনম খরা চাউরপ লৈ। মদুগীসু খরা খল্লী।

"মসিমা ইপা হেক পাখৎলদনা। য়োনখিবা পোৎশিংদুগী পৈশাশিং অদু পুদনা চৎপা য়াবরা? থবক চৎপবু পঙচৈ চৈবা য়াবরা? মতু মচাসু থাক্লীংদে কাতন্দুনা তৌশারিদু। মথীবোং থক্কনিদা মখঙবা। নঙ ওইদুনা য়ানি খঙনা তৌরিনী। হুম, ঐ ওইরম্মুদনা মা খঙগদবনী। ঐখোয়না ঙসাইদগী নুংশা মরক্তা তৌরিসিবু কৈথেন কাবী শান্নরিবরা? খরতা ওইরবসু কান্নগদরা হায়দুনা হোৎনরিনী। মসিদা মশীং থারক্তবা মীদুদি অমা ওইগে ওইসন্, লাই ওইরসু পায়থেক্কদৌনী।"

অচুম্বসু য়াওই তথোৎনা হায়রিবদুদা। মহাক্কী মপুরোইবা লৈখিদ্রে। মচাশিং মীওইনবা হোৎনবদা থবক চিলহাউ থিদে। মরম শুই। অকিবা হায়বদুসু মঙোন্দা য়াওদে। ইকাইবসু ফাওদে। মীনা ফত্তনা ঙাঙনবগীসু নাচুংদে। মচাশিংবু মীমান্ননা শেন্বা ঙম্বা হায়বা ব্রাখল অসিনা মাবু খুদুম চনখিবনা মীনা ঙাঙন শক্লবা করিসু যৌওইরুদবনী। মসিমক্লসু মাবু তৌঙম্বী অমনী হায়না পাউথোক্লিবনী। ঙাঙবগা শকপগা, খেকপগা লাউবগা, নোকপগা লাঙবগা মাবু খঙদবা মী য়াউদে। অদুবু মপাম্বোৎদা মীয়াম্না উরিবা অদু য়ৌনা মানা অকায়বা চৎপদি নত্তে। য়াম্না শেংনা হায়রবদা মপুরোইবা লৈখিদবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা তথোৎকী লমচৎতা অমকপা মচেৎ অমত্তসু পক্লি হায়বা য়াই। মদুনসু ওইরম্বা য়াই মহাক্লা কনাবুসু অকিব য়াওদ্রিবা। মহাক্লা য়েংনরুবদা মায়পাকপী অদুক্কী মতীক তুশোন মাশোল্লী। মহাক্কী মপুরোইবা মাঙ্গোলজাউ তৌথোরকপগা মমিংগা চপ চানে। মমা মপানা মথন্তা পোকপগী হৌনবা তোনাল্লী। নুংঙাইয়াইফ ব্রাত্ত পাদনা হৌরকপনা থবক অমত্তসু হৈতে। এলাহবাদতা বি,এ ফাওবা তন্নগা এম,এ তম্বা হৌরুরগা লোইশিনবা ঙমদনা য়ুমদ থোরকখিবনী। মপানলমদা লাইরিক তন্নুরবা নাইতোম পোকপা, ব্রাত্ত পাদবা ইমুং অমগী মীওই অমবু মমাক-ময়া ওইনা ফংজবদা মায়পাকপী মমা মপানা কয়াদা হরাউজখিবা। জগৎসিদা লৈরিবা মরাইবক ফবা মমা মপাশিংগী মনুংদা মখোয়সু অমা ওইরে হায়দুনা চাউথোকচখিনী। অদুবু মচা মরী শুজিল্লকপা মমা মপাসু মথং মথং লাই ওইখিবা, সরকারগী থবক ফংদবা, য়ুম্বাল্লোনসু খঙহৌদবা পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা মাঙ্গোলজাউ শুনীংদবা কাতন, য়ুথকপা ওইরকখি। মমা মপানা থম্বীরম্বা পুম্নমক হ্মারদা খরা থাদোক, য়োন য়োন্দুনা খরা চা পুমকোক কোকখ্রে। কোত্তিবা হায়ববু এলাহবাদতা বি,এ পাস তৌরকপনী, করিগী মীগী অনেকপা থবক শুজরুদগে, মতম অমদা নিংথৌ মচাগুম পাল্লন্লিবনী, কৈদৌনা লৈখোম লৈনাং মরক্তা থবক শুগনী হায়বা ব্রাংলবা নাপল অদু খক্তা ঙায়রে। নিশাবন্দ হায়বদু মাগী মফমদদি অরেম্বনী। করি অমুক হায়গনী আকাপ্পী, অশুবী, খুকউ কাং থুগাইবী, ব্রাকচীংগী অহিংদা ঈরোইহনবী পুম্নমক অদু মাঙ্গোলজাউগী শরুক থুংদে। মাগী মথৌ হায়ববু অয়ুক মন্নিঙৈদা হৌগৎলগা থোকখিবা, থকপা হৌবা। অমুক হনজিল্লকপা, চাবা, ঙাইহাক নাখোক্তুনা তুম্বা নত্রগা মচাশিংদা থবক শুবা চৎখিবা মায়পাকপীবু

পন্দুনা চৈ থাংদুনা লাউবা। অমুক থোকখিবা, হনজিল্লকপা। মায়পাকপীনা হল্লকপা মতম খজিক্তং শোয়বদা চৈ থাংবা, করিগুম্বা মতমদা খুৎ য়াওবা, লেপ্পা লৈতবা লান মচা কয়ানী। মায়পাকপী সতীদা সতী অশেংবনী। অদুক য়াম্না ওৎ নৈবদু নোংমতা খুৎ হন্দে। অদুম খাঙই। কৈদৌনা লৈপাক্লে কৌরমদ্রিনো খঙদে। নুংতিগী চেক্কোন্দা থবক শুবা চৎলী। মদুনা ইমুং পুবতা নত্তনা মাঙ্গোলজাউগী খরচসু হুল্লিবনী। নোংমা ফাদোক পেল্লক্ত্রবা মতমদা খনজে,

"মোইগী নহারোলনা য়ু থিংই হায়রিদুবু কদাইদা থিংলিজাৎনো? ঐখোয়গী হিংচাবসিগা মাগী থকফম মপুদুগা কাপ্পবা নোংমৈ মরুকা অমত্তা লৈত্রবজাৎলা?"

সুম খনজবগী ৱানী। মপান থোক্লা ফোংদোক্লুবা ঙম্বা নত্তে মাঙ্গোলজাউবু কিজবনা। থবক শুবা চৎলিবদু খোঙ্গুল তানা শুবা ঙমদে। য়ুমদা হল্লকপদা মমখিবা য়াদে। নোংমফাদোক মমখিবদা অতাবা মীপুম খুদীংমক্লা মায়পাকপীবু লমচৎ য়াম্না লুদবী মরোন নাইনা চৎপী অমগুম লৌখিবা য়াবা ৱাহে খোন্দা ঙাক্তা শিজিন্নে। হন্দক নোংমা নীনি নোং কনমন্না চুবদগী মখোয়না শুগদবা থবক অদু লেপ্পী। চাদবদি য়াদে। অতোপ্পা উপাই থিবা তারকই। মতাংসিদনী তথোৎকী মফমদা নোংমা নিনিদং মতুং ইনগে হায়জরুরিবা। মাগী উপাই লৈতবা মতৌদুদা হরাউ হরাউ য়াবীরকই। কিনা কিনা মাঙ্গোলজাউনা মবুক হরাউনা লৈবা তানজাদুদা তথোৎকী মতুং ইন্দুনা চৎকে হায়রুই। ঙাওজরবসু মায়পাকপীনা থবক শূবা লেপ্পদা ইমুংদা অমদি মাগী খরচতা অকায়বা পীরক্লিবা কয়া অদু খঙই। য়ানীংদবা লৈরবসু য়ারকই,

"ইতৈমা তথোত্তু মীনা কয়া ফজনা ঙাঙনদবনী হৈনা শিংনা চৎলু। থেঙলকপা য়ারোই।"

ইংখোল কোইবা ময়ামদগী খোমজিল্লুবা পোংহৱাইশিংদু পুদুনা তথোৎকা লোয়ননা অয়ুক ঙন্তা ফাষ্ট গাড়ীদা ইম্ফালদা লাকপনী। মাঙ্গোলজাউ উপাই লৈতবগীনী, তথোৎকা চৎমিন্নখিবদু অপাম্বদি নত্তে। অদুবু পামদে হায়দুনসু মায়পাকপী মথন্তা চৎপা ঙন্নোই। মাগী মপুক্সিগী অহানবনী। মচাশিংদি অমহাগী অমহানী। নোংমতসু মমাগা অয়ুক নুংথিল লোয়নদ্রবনী।

পুরকপা হৱাই পুন্নমক লোইনা শিৎখ্রবনী। ভারা কাইথোকখ্রগা লুপা চামনিফু খরা হেন্না য়েন্নে। মাইথোং মকা লামজে মায়পাকপী। অমুক খনজে "ইচে তথোৎনা

মপুম ওইনা ফংজগদবদু, ঐনা য়েৎশিনবীদুনা তংখাই অমতা ফংলে। মীনা ফজদনা ঙাঙবীরবসু ঐঙোন্দদি পুকচেল কয়াদা চাউখ্রবা।"

অমুকসু পুং ২ তাশিল্লকপদুদদি ময়ুমগী খনবা হৌরকই। হন্নীংবনা খ্রো খ্রো হোৎলবনী। তথোৎকী হান্নগী চাইখিবা শেন খরা খোমজিন্নবা হোৎনবদা মতম খরা থীন্থবনী।

"ইচে ঐখোয়বু চৎপা য়াদ্রিবরা?"

"য়ারে য়ারে চৎলসি তু আসিদা লাক্লিবা নুপাসিনী ঐনা ঙাইরিসি।"

মাঙদা মখোয়না লৈরিবা মায়কৈ তম্না লাক্লিবা নুপা অদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই। মায়পাকপী শ্বাই লাউই। মীয়াম্না ঙাঙনরিবদুবু চুন্নজাৎলা খনলকই।

"তাবোয়াই, খরা থুবীরকও, অঙাংসি ঙসিখক্তা লাকচবসিদা। মাগী নুপানগা মরোল অমা ফত্তবগা থেংখ্রনী হায়দুনা পাখৎপদা লোয়রবনী।

"হোয়, হোয়, খরা থেংদোকখরে। কয়ানো ঐনা নঙোন্দা পীগদবা লৈরিবসে?"

"হৱাইগী লুপা চহুম উ-মোরোক্কী চামা পুন্না চামরি ওইরমগনী।"

"খরা ৱাৎপা য়ারোইদরা?"

"পুন্না পীরো। তাদগীদি নুমিৎ মঙানীসু শুরে। অদুগা ঐসু হয়েং মরূপ অমা থোকই। অদুগীনী অকনবা পাউ চেনখ্রিবদু।"

"হোয়, হোয়, নংগী অচিনবনী হায়রদি পুন্না লৌরো। য়ারদি চনী হান্না লৌখো। মীঙোন্দগী অমুক খোমজিল্লগা অৱাৎপদু পীগে খল্লম্বনী। হন্দক্তি দষা তাইনে, নবুংদি। ননম্মদু নহান তুশিনবদগী শুকক ফবা নাইদ্রে। মাসু ডাক্তরদা য়েংথোকহল্লুসিরা খল্লিবা।" লুপা চামঙা চৎপী অমা পী।

"হোয়নে ইনম্মা লাকতবসি নুংঙাইত্তেনে। কদোমদগী লাক্লিবা দষা অপাইবীনো? তাদ, ঐসু নুংঙাইদ্রে। লুপা চনী লৌরগে। চনী অমনা কোন্না হেক হাপ্লীবো।"

লুপা চহুম হনখি। তথোৎকী মীনুংশি অমদি পুকচেল অদু উবদা মায়পাকপী ঙকখি। লুপা চহুমদু পুরগা অহল অদু হরাউ হরাউ হনখি।

"সে, সে চৎলসি।"

কদোমদগীনো মফম খঙহৌদে মীয়াম কায়দুনা চেন্নৈ। তথোৎনা মায়পাকপীগী মখুৎ পায়দুনা পঙচেন্দা চেল্লী। ইম্ফাল সহর পুমলাঙ লাঙই। কনানা

কনা হংনবা য়েংনবা ঙমনদে। মাগী মাগী থোকপা। মথন মথন গাড়ী থাফম হংনৈ। অমসু অমসু খঙবা য়াওনদে। খুদক্তা পুলিসকা সিফাইগনা পুম্মু মুখ্রে। পুলিসকী গাড়ীদা মতম কক্তনা কর্ফিউ লাউথোকলে হায়না লাউ লাউদুনা লাকই। তথোংনা পুবা মায়কৈদা মায়পাকপীসু চেল্লী। তথোংকা মুন্না খঙনবা কৈশামপাংকী রঙ্কোনী খোইদা চেনশিল্লে। পুলিসকা সিফাইগা নত্তনা কনামত্তা উখিদ্রে। লম্বী সরক খুন্তাক লানশিবগা চপ মান্নখ্রে। মায়পাকপী হিংবদি হিংলনী। অদুবু ময়ুমদা ওইরমগদবা ফীবম শং শংনা উরকই। মচাশিংনা নুমিদাং ওইশিল্লকপদা তুম্পক তুম্পক। কার্ফিউ লাউথোকখ্রে হায়বসি লোইনা তানরল্লগনী। অদুবু খঙনা খঙনা মপুরোইবা মাঙ্গোলজাউনা তৌরমগদবা মওং। চাবা থকপা অমত্তা চঙখিদ্রে। মীতিক মীরৌ খঙবী তথোংনী।

"মায়পাকপী ইচেখোয়গী ফোন লৈ। ঐগীবুদি করিসু কায়দে। নঙদি অমুক্তা থেংনদ্রিবনীনা ফোন তৌখিগে হায়ববা? ওজা সুবোলখোয়গীদা তৌখো। অদুম তমজরনী।"

"খঙদেদা ইচে।"

"খঙদবা নত্তে, সিদা লৈ হয়বদু তাকখিগদবনী।" মরম পুন্নমক ফোন তৌদুনা মাঙ্গোলজাউদা তম্বীরুনবা খঙহনখ্রবসু মায়পাকপীদি লৈতাফম খঙদনা লেল্লে। শেন্দোংকা পুমখা খারে। করি মরমগী কর্ফিউ লাউথোক্লিবনো হায়বসি কনাসু চপচানা হায়বা ঙমদে। খরনা হায়, চিফ মিনিষ্টরদা শকখঙদবশিংনা বোম লংশিন্দুনা শিরে। খরা অমনা হায়, চিফ মিনিষ্টর মশাদি হিংহৌরে। মাগী এস্কোর্ট অমা শিবে। খরানা হায়, মাগী এস্কোর্টনা কাপ্পদা মীচম অমা শিরে। অসুম্না অমনা অমা হায় অমনা অমা হায় অরেপ্পা অমত্তা খঙদে। আই:এস:টি:ভি: পাউ তাগদবসু ইমুংদুগী টিভিদু ঙসাই নুংথিল য়াদদুনা টিভি শেম্ফমদা থমখ্রে। সহরনী হায়দুনা তৌরি ওইরমাল্লে। য়ুম অমগা অমগা চেকপল লোইনা খাজিন্নদুনা অমনা অমগীদা টিভি য়েংবা হায়বদুসু তৌনদে। চাউখৎলবা হায়দু ওইরমাল্লে। ইমুংদুগী মীপুম খুদীংমক অরেপ্পা পাউ খঙনবগীদমক পুং ৭:৩০ গী রেডিও পাউ লাংতক্লনা ঙাইনরম্মী। অশেংবা পাউ খঙলে। ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী মফম অমদা পাঙথোকপা থৌরম অমদা চিফ মিনিষ্টনা ব্রা ঙাঙলিঙৈদা সুইসাইদ বোম্বর অমনা এটেক্ট তৌবদা মী তরেৎ শিরে, ফনা য়াম্না শোক্লে। চিফ মিনিষ্টর মশামক্তি অশোক

অপন নংহৌদ্রে। বোম তোপ চংদবজাৎনী। মনিপুরদদি অহানবা থৌদোক্নী। সুইসাইদ বোম্বরগী এটেক্ট হায়বদু। মদুনসু ওইরম্বা য়াই অদুক য়াম্না মশোং চাউখ্রিবদু। লম্বীদা বোম ফুম্বা, মীগী য়ুমদা গ্রেনেদ লংশিনবা, ফারগা কাপ্পা, কাপ্পবদি য়াম্না তোয়রে। অশেংবা পাউদু খঙলবা মতুংদা ময়াম থৌদোক্তুগী মতাংদা অফ ফত্ত খন্নে নৈনৈ, মনিপুরদা ওইরিবা শান্তিরক্ষাগী ফীবমসু পুথোক্নে। তথোৎসু য়াওশিল্লী,

"সিফাই ওইরো কনা ওইরো মীচম শোকপা থবক তৌবসি ওইরে ঐনা শাউনীংলিবা।"

"মীচমদনী শোক্কদৌরিবসি, অচৌ অশাংশিংসু খুৎলাই পায়বশিংনা ঙাকথোকখিনী। খুৎলাই পায়বশিংসু অমা খঙদে অমা খঙদে খুৎলাইশিংদুনা ঙাকথোকখিনী। খুৎলাই পায়জদবা ঐখোয়নী লুরিবসি।" ইমুংদুগী মৌদুনা হায়রকই,

"হোয়দা তোক্লোদা, পুন্নমক খঙনরবা ঙাক্তনী। হৌজিক্কী মতমসিদি ব্রা ঙাঙলুবা য়াবা নত্তে ঙাঙনীংই হায়দুনা। ইশা ইশা ঐ ঐ হিংনবা শোয়দনবা চেকশিল্লগা লোইরে।" য়ুম্নুরেম্বদুনা তেনশিনহন্নীংবগী মওংনী।

"চেকশিন চেকশিন্না শোয়রিবনী। থৌদোক্তুবু বাজারদা ওইরম্লবদি ঐখোয়সু শিরম্বা য়ারিবনী।" তথোৎনা হায়রকই,

"হোয়, ইশ্বর কাউদবা হায়বদুনী।"

ময়াম ঙাঙনরিবদু মায়পাকপী খোয়জংলুদে। য়াওনিংলুবগী অপান্বসু পোক্তে। য়ুমখক্তনী মহাক্লা খল্লিবসী। কয়াম কুইনা কার্ফিউ থমখিদৌরিবা। চেঙসু মরু অমত্তা লৈহৌদে। অহিং অদু তুম্বা য়াদে। হমাং অকুপ্পী কায়। মাঙ্গোলজাউ কিবগা, মচাশিং নুংশিবগা, ব্রাখল অনীমক্লা মাবু ওত্তুনা লৈরে। মহাক্লা য়াওনবদা তথোৎসু মীকপ থোক্লে,

"কৈদৌরে তুম্বা য়াদ্রবরা?"

"উম।"

"নঙনা তুমদ্রগা হৌজিক য়ুম য়ৌবা ঙমগদৌরিবরা? নঙসে ওহ্মোক্লা নুপী মানখিদ্রে। নঙনা অরানবা লম্বীদা চৎলুবরা? লৈবাক ইরাংবু নঙ ঐনা শীল্লুবা ঙম্বরা?"

"ইচে, অঙাংশিংদু চেং মরূ অমা ফাওবা লৈহৌদে।"

"নঙগী নুপাদু হাৎখ্রকান্দা ফরদৌনী। করি, মা অমা ইচাউ চাউনা লৈরিবু নঙনা অসুক য়াম্না ৱাফম থোকপবা? নথন্তনা পোৎলুম পুবা। ঐদবু চিংখৎলুবা য়াদবগী তঙাই ফদদুনা তৌবগী ৱানী। নখোয় অনী চঙদুনা চপ মান্ননা হোৎনবদবু করিগী অদুক য়াম্না ৱারুনী হায়গে।"

"ইচে ঐগী লাইবকসিদি থিখ্রজাৎনী। ঐদি মানা শুদবগীদি খনবু খন্দে। ঐনা শুবা চৎপদা মানা শেরান তুবান খল্লিবসিনী।" কপথোবকই মায়পাকপী। নোংমতসু মাগী অৱাবা কনাদসু পাউদমখিদে। অদুবু ঙসিদি তথোৎকী মফমদা মহাক্কী অৱাবদু লীথোক্লগা অপেনবা পোকপগুম্মী।

"মায়পাকপী নঙ শোনমনখ্রে। তোম্থবা মতৌ হাকমল্লে। খরসু নথৌনা লৈবা তম্মু। নঙবু মাগী অরৈবা মীনাইরা? মানা পঙতৌ তৌবা য়াবরা?"

হন্দক্কী মায়পাকপী খুম্লকখিদরে। তুমীন লৈখরে। তথোৎসু মমায় লৈথোক্লনা অমুক তুম্বা থেমখরে। অহিং অদুদা তুম্বা য়াদনা লাংতক্লনা মিপাইনা, নুংবঙননা খাঙলিবী মায়পাকপীনা মনীং মখা তম্না, অমকপা ৱাখল অমত্তা য়াওদনা নীংঙাইদনা তুম্লিবী মচে তথোৎকী পুন্সিবু কল্লকচখি।

নোং ঙাল্লে। লাইনা চানবীবগুম্না পুং ৯ তারকপা অদুৱাইদদি অকনবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎচরবসু কর্ফিউদি লৌথোকখরে। গাড়ী থাবা হৌরে। মায়পাকপী য়ুম য়ৌরগনী খনবদা মাইথোং মকা লামজে। য়ুম য়ৌরে। তথোৎসু ময়ুম য়ৌরদুনা চঙহৌরে। দুকান্দগী ৱাল্লকপা চেং অমদি লৈরকপা হৱাই, ঙারী ঙাতাই পুদুনা কিরুপ কিরুপ চঙলকই। করি থোক্লদৌরিবনো খনবদা পুক্লীং তয়াং তশোইরকই। মহাক লাকপা উবদা মচাশিং "ইমা লাকএ" হায়দুনা হরাউ হরাউ চেম্থোরকই।

"মমা, নঙ বোম্না পান্দরা? ববানা নঙ বোম্না পাল্লগা শিরে শিরে লাউই।"

ইতিং তিংনা মচা অতোম্বনা হায়রকপদা পিং লাউই মায়পাকপী।

"ইমা চাক থোংনবা তৌরুরগে নুমিদাংসু চাক চারম্নরোই। ইচাশিং চাক লাম্নম্নগনী।"

"ওজা সুবোলখোয়গী নেনেদুনা চাক খরা পীরকই। অদু চাই, ববাদি চাদে।"

মচানুপী অহল শাবীদুনা হায়রকপদুদা নে তাই। মচামখৈ চরামক্তি হেনখিদরে

খল্লুবদা। মচাশিংগা চঙমিন্নরকই।

"ববাদো কদাইদগী পৈশানা থক্লিনো খঙদে। অয়ুক ঙন্তাদগী য়ু ঙাওরিবনী।"

হায়বগা নীংবগা মান্নে। থোংজিন কানশিনদ্রি। চৈ অমা পায়রগা হাইরং হাইরং লেপ্তুনা লৈরম্মী,

"ঙসি চঙলকপা য়াবোই, চৎখ্রো চৎলু। নঙনা লৈনীংবা জগাদা লৈরু চৎলু।"

থৌ ব্রা শাদনা চংগে তৌই।

"হে লমচৎ নাইদবী নঙবুনীনে ঐনা হায়রিসে?" মচাশিং তুমিন লেপ্তুনা লৈ। তোয়রবনীনা হামুগী হামু ওইরে। কপ্লাউবসু তৌদে।

"থেংশ্রে সে। ফৈবেং তুরেং হেক ঙাঙলদনা।"

নমদুনা ইমুংদা চংশিনগে তৌই। মাঙ্গোলজাউনা মঙক পায়দুনা ইল্লকপদা খোঙফম চেৎহৌদদুনা তুশিল্লে। মখুত্তা পায়রিবা চৈ অদুনা কন্থগদবগী তৌরকই। হন্দক্কী মায়পাকপী হান্নগীদু ওইদ্রে। ফুক হৌগৎলকই। ইল্লম্বা ইন্নফিদু শৎ লৌথোক্লগা খ্বাংচেৎ লাকশিল্লী। নাম্থোকখ্রবা শম্বুন পুনশিন্দে। চাইনা তারি। মমিৎ অনীদু মৈবুলগুল্লা লংখ্রে। ফি ফি কাল্লি,

"অসুক কুইবসি নঙগী নথৌনা নবিংজেন ঐনা য়েংদুনা লাকপনী ঙসিদি নঙনা ঐগী অমুক য়েংবা তারে।"

মাঙ্গোলজাউ মায়পাকপীগী অমুক্তা ওইখিদ্রিবা শক্তম অদু উবদা ঙকচানবতা নত্তনা অকিবা অমসু ফাওরে। চপ লেপ্লগা লৈ। তানজাদুদা মায়পাকপীনা হোৎচিনখিদুনা মাগী মখুত্তগী চৈ অদু মুন্দুনা মাঙ্গোলজাউদা কন্থরকই। মখুৎ পায়দুনা শ্রো শ্রো চিংথোক্লগা চুরি মখাদা ইন্থখ্রে। য়ুনা চাহৎলবা হকচাংদু পাঙ্গল অমত্তা য়াওদ্রবজাৎনী। মদুগীসু মথক্তা মীকুপ্তুদা মহাক্লা মায়পাকপীবু মায়পাকপী ওইনা উখিদ্রে। মখুৎ তরা পানবী দুর্গা ওইনা উখ্রে। শুমাং মতোন্দা ইন্থুরগা মমাই মমিৎ মফম মরাং খঙদে। পঙফুদা ফুজিল্লী। য়ুমলোন্নবশিংসু খামদে। য়েংদুনা লৈ। খরা তৌরসনু খন্নে লোইনা। মায়পাকপী ইমুংদা চেনশিনগ্রে [illegible] পায়দুনা চেন্থোরকই। মচানুপী অহনগা মচা নুপাগনা খাম্মী। মুন্নে। থাং তেন য়াওনরক্লবদুদদি ময়াম চেনশিন্দুনা খাম্মী। ময়াম চঙদুনা মায়পাকপীবু থেমজিল্লী। মাঙ্গোলজাউদসু চৈবা য়াবা চৈরে। খঙহৌদনা লেকখরক্লিবী মায়পাকপীবু ময়াম চঙদুনা লাইকন্নে।

***

